# নোংপোক-লৈম

( ছাত্রশিংন ইব অমসুং উৎপ তমুব )

লেংখিব।

জি. সি. তোংব্রা
যামিনী সুন্দর গোল্ড মেডালিষ্ট,
হেদ ওফ মণিপুরী ডিপার্টমেণ্ট, ইম্ফাল কোলেজ

মমল, লুপা ৩.০০

# লীলা মীকোক

## ( পাঃ )

১। লালুপচিংব — পাবুং — চহি ৪৫
২। ময়াংবম দিলিপ — মতৈবুংঙা রাজকুমার— ,, ২৫
৩। কেপ্তেন রনজিৎ— সেক্রেটারী — ,, ২৪
৪। চৌঙ্গাবম অহাওবচাব— ,, ২২
৫। বসন্ত বাবু — — ,, ২৫
৬। নবদ্বীপ শর্ম্মা — কোর্কেক পায়ব — ,, ৪৮
৭। তুরেঙ্গাও মিঞা — দূতী — ,, ৫২

---

## ( পীঃ )

১। নোংপোক লৈমা (১) গি মঙ্গাইবেম্মা — চহি ২১
২। সনারৈ — মমাশিজ্জ — , ৪০
৩। চৌঙ্গাবন লশীংলৈ — ,, ২২

---

# নোংপোক-নৈমা



## ১বা উৎপ

অয়ুক্তি, লাল্লুপচিংবৈ য়ুমদ। নোং থর থর হাংলকপ থল্লান থামৈদনি। বাঙ্গলা অমনবদ ফজরব ফিরাংজি থাব তাংবন অম লৈ। মচি মচিদ ফম্নব চৌকি মোড়া থারি। মীথাম তিম্নব হোল ওইন তোই। কেরবী সনাবৈ উরৈ-রোম শংব ফনেক শেং, ইন্নফি মোইরাংফি চনব ইন লাকমিন্নে হোল মমুংদ, পায়জামা শেংপ, খুদাং লাওবীদ নেহরুকোট নম্ব, টুপী জম জম লাওব পাঙ্গলগী উপ্প তুরেঙ্গাও মিঙাগ রারী শাহ্নন। মিঙাহু মৈতৈলোন ভাংবদ খিংতমক খোই-রব ভাংনি।

সনাবৈ— তা তুরেঙ্গাও নংন থল্ল'ন থাগী থামৈসিদ ফাওরকপসি নোং পুরকপ্রাও, মুংশা থীরেদা লো শিগদ্র হায়হুনা ?

তুরেঙ্গাও— শকহেনবী সনাইবেম্মা, মীগী মাংনব তোব তুরেঙ্গাও নত্তে, লো হোম হোম চাওহনগে, মহৈ মরোং জুম জুম পালহনগে ফাওঙ্গরকপনি। শক ফজববু শুকহন হম্মদবসি নৈরাওবগী চহি থাবদ নৈ চিথহোব কয়ারক শুবিরবগে?

সনা— নং হেক লাকপদ তা তুরেঙ্গাও ঐমু শকসি থর ফজথংপ্রা

থল্লি। থাগৎলি হায়ব খডন খডন হন্নাওদব ভমদে ঐদি মিঞা সাহেব। তশেংবনি—

তুরে— তাঙাংনে সুম সুম পিকশিল্লে খুইজিল্লে, সনাইবেম্মন হকচাং ফগৎলিব কুচুন লম্খংলিব— সত্য চাক য়েঙ্গাং তাংই হায়ববু কাওইদা! নহা ওইরিবৈদ ফজবন য়েংববু ভম্নরিরোইদা অল্লাই কসম!

সনা— করিনো তা তুরেঙ্গাও, ঐন লৈশারিবৈদ হায়রব নিংথৌ মচাশিংদু করি করি দেশতগীনো মশক ফজরিব মগুণন লৈরিব য়ামখ্রেদা! ঐন মিন্নুংশি য়েংব ভমদতুন সত্য কাংগ্রু অমগী শ্লেট ওইতুন মাংহৌবনিনে।

তুরে— কাংগ্রু হায়বদে সনাইবেম্মা?

সনা— হেরা নংগী তাডাং লালুপ চিংববুনে।

তুরে— হো—হো, পক্ক হায়বিরেদা; করিনো রাশি য়াম্ন লৈদা ইবেম্মসা! চৌংডাগী কাংগ্রুদি নত্তেননা।

সনা— ঐ লৌদ্রবদি শিন্ননি হায়তুন ইকাইব খডদব মখৈ মান সত্যাগ্রহ তৌবনিনে ঐথোয় থোঙ্গান্দ! ইগুংলাংগী মীগী মচা মথন্নাই মাংহনব হৌনদে, মবুক্ক চপ্পু য়ুংলবদ মশাক নত্তব লাথপতিগী মচাস্থু পামজদ্রে হায়তুন ঐন চরা হেল্লিব কাংগ্রুদু থক পোথৎলগ চেনবনিনে।

তুরে— খেডক য়ু, অতুনিদন নুংশিহৈবী পূর্ব্বাচলগী চন্দ্র হায়তুন। থায়নবিনিংবদি কয়া কুইরবগে?

সনা— তা তুরেঙ্গাও নংবু মীগী ইমুং মন্নুং য়ুখান, ইনপেক তৌব চৎলিব্রা অতৈ করি থবক লৈবগে?

তুরে— নামৎ শিংপ থবক ভোব মী নত্তে ইবেম্মসনা, ভাম্নু খুহ্ খিব তোকচরে। ফজবগী কাববার ভৌজরে। ফজব লৈরগ ফজব মকমদ ফজন য়োনব— য়ুম অপৈব ম্নাওরম্মগ চুম্বিব, য়াম্রগ থুদেক্লম্ব অনৌব শাজনব।

সনা— তা তুরেম্বাও নংবু মীন লাইব্রা হৈ হায়নৈ, খুবাক মই য়েংবম্ম চুমখ্রে হায়নৈ— অতুগ

তু— ঐনবু শেম্মবদি ন্নুপী খণ্ডদে, নিপা খণ্ডদে শোইব লৈত্তে হায়নরিবনি।

স— হোয়নে অতুম্ন ভায়নে। ঐ ম্নুংশা থীরক্লে নঙ্গী মতৌসি, মাইবীনগ ইমং য়াম্মু হায়বনে—

তু— করিগীনো ম্নুংশা থীরিববু ? নীংব থু'দব কনা লৈবগে ? অহল খণ্ডদে নহা খণ্ডদে, মতিক মপা চাব চা'দব— তুরেম্বাও ঐ লৈবি— ঈশিংন অনেম্বদ চেম্বজবগুম চেম্নুহল্লাক্কে সনা খুংতা।

স— ঐন ম্নুংশ থীরিবদি অত্তৈগী নত্তে, মখোয়গী ভাডাংম উথ্রগ ফত্তে, লাইমন হৌথিনি। নংন হায়নীংবতু করিনো হায়রো। ঐখোয়দি বেবা লৈবিপোৎ নত্তে হায়ববু নং ভাডাং খোয়দি হৌনৈ হৌনদে, চংনৈ চংনদেন মখো ওইরিপোংনি।

তু— ঐন ঙসি হায়জদোরিব ম্নাফমসিদি সনা ইবেম্মা ভাডাংন লাইমন হৌগদব ম্নাফম নত্তে। নহাল নজা ইবেম্মতু কাং মমুংদ লম্বীদ থেংনৈ, ঐন খুবাক মই য়েংববু করিনো ইবেম্মতুদি মীচম্ন লৌব ম্নাব মী নত্তে, কম্বান তোংউ, নিংথৌ লাইবক য়ুমদিম্লৌ হায়ব লৈনে।

স— মাগীবুদি মাইবী পাঞ্জিন শোইরবোই, মহাক লৌব নিপান পূর্ব্বাচলগী নিংথৌ ওইনি হায়নরি থওডি। মতম থর রাংথৈ ডাইনরিবনি।

তু— হৃজিকপু নজাইবেম্মা নোংপোক লৈমবু কদোমদ লেংথিবগে ?

স— মহাক্কি মুপা থিব কোইন চংখি। মতিক চাবসি কংদহুন ঐথোয়স্মু থন্নরি থিনরি— মশানস্মু কোইন থিব চংলি।

তু— য়ান থিদৌ শরুক নোংপোক্রোমদ নিংথৌমচা ফরব অম লৈনে সনাইবেম্ম। পূরান্দ হায়নব অডাংব শেংপন পূর্ব্বাচলগী ফম্বান তোংলনি হায়বহু ঐন হায়রিব মীশকসি থোকই —থাজবিযু সনাইবেম্মা।

স— নোংপোক্রোমদ লৈব নিংথৌমচা।

তু— অহোয়, অডাংব শেংপ ডাংবমরি।

স— নং তাডাং লালুপচিংবহু ঐজ্ঞা নদ্বীপ পাঞ্জিগ রা তায়নি হায়বহুন চংখি, ময়াম তায়ব হায়হুনি। থওদেদা ঐগী মডদদি ঐথোয় মুপীমচাসি মুপা লৈরে, চাওরব মতিক মগুণ লৈরব নিংথৌমচা অমন লৌখ্রে হায়গুমস্মু তৌই। মাগী রাহু লাইরি, লৈবাক্কী য়ানি। ঐগী লম্নাই থুবাক মইসি অমুক্ত মুম য়েংউ। নত্তে ঐন পোকপনিদো নোংপোক লৈম হায়রিবহু, ঐগী মই ইফং ফত্তন মহাক্কি ফব হৌনদে হায়ব। ঐবু কাং-গ্রুগী শ্লেট অরাওবী ওইন সুম তোক্লজা থওজে!

তু— করিগী ফরমদনগে, অমুক্ত তিংথোকপিয়ু লাপ্ন য়েংজগে।

স— নখুৎন পায়রগ য়েংউ, মাংব শেংবগী রা চংবিব মুপী নত্তে ঐথোয় ইমা ইচাদি।

তূ— (পাম্নরগ মুন্ন য়েংই) য়ান্না কৈনা করিনো মইসিদে ! মুপীমচা নোংপোক লৈমগীগ খেন্নবসি থিত্তুনি, থুবাক ময়াইদ থিঙ্গং-লকইব মইসি থিত্তুং কৈরুপ তৌই, মাগীন চুমদ্রিংন থর শাংব হেন্ন কাই।

স— মইসি থিত্তুং চুম্ন শাংদোক্রব শেন্বকা য়াদেকে ?

তু— মই অমুক শেম্মুদ্রবস্নু ফমনখ্রপোংনি, পুকচেল্দ য়াংবিন্নু, লেপখ্রব রাখল পাক পাক হোংবিন্নু। তুংদ য়ান্ন মুংডাই-রকখিনি সনাইবেম্ম।

স— তুং ঙাইবদ কলাপ চোক্রবনিনে ইবুংঙো। কান্নপোৎ নত্তে থুবাক মইসি থর চুমথোকপিরম্মু, থুন্নং মী ওইজনীংদ্র, তুংদি ভেল্লম্মনি – মাং শাংখ্র। নঙ্গী কাএক কাবক য়েংবতুন চংন-পোৎ নত্তে, চাস্নু থকউথিসি থর মুন্ন য়েংলম্মু।

তু— নঙ্গা ইবেম্মগী রাসি রাথল মুন্ন তৌবিয়ু, ঐন হায়জরিব ঙাংবম মচাসি মশক মতৌ, মতিক মগুণ চপ চাব জাংনি।

স— থন্নসি নং তাঙ্তাংস্নু লাকখিসন্নু।

তু— মুংঙাই য়াইফন লৈবাকসি অমুক্তং পালহন্সি হায়রবদি সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু। লৈতব লাইরব, শেংপ চাব মনীং থুংদব লৈবাকসিদ লৈহনবিরোই হায়রবদি নোংপোক্রোমদ লৈরিব নিংথৌ মচাসি সঙ্গ তৌব য়াই। (চৎমিন্নখি)

স— নংন নোংপোক্রোমগী নিংথৌমচা হায়রিবসি তা তুরেঙ্গাও, অচৌ অপিক থায়দব মী পুন্নমক ফিভম মান্নন থম্মি হায়বতু ওইরম্নি। ঐদি মতু তম্লিবো, খ্বাইগী মকোক থেংন কেম্ন পানবন পাম্মি। (চৎন চৎন ঙাংখি)

তু— মাহৈ হায়বদি সনাইবেম্মা, মী পূম্নমক কনান মান্নকগবনো খুবী খুনাও থায়রি— মকোক ফম্ব য়াওদব য়াত্রা উৎসব চাবদ। (চৎখি)

( কৈজেংম শেংপ, ফুরিং খুদাংলাওবী লিংপ, চন্দোল কঙ্গন থিনব, মুগা য়েংপ বোর পার্টিন য়াওবব মোমোন নোকপা বসন্তসিংগী মখুং পায়দুন চৌংফি শেংপী চৌংগী চম্নু কেরবী লশীংলৈনে শাওবপ লাকই। )

লশীং— কদায় চংলুরিব অশেংব তাক্রোইরদি, ঐদি ডম্মোই দিয়ার বসন্ত? ( চিংদুন পুবকই )

বসন্ত— তপথো লশীংলৈ, মাই দার্লী— শান্তি। ঐ মরুপ অমগী লুহোংব, মেরিয়েজ চংলুবনি। ঐ ইশাগী লুহোংব নত্তে, ঐ হুজিক অতৈ কনাগীম্বু নত্তে— লৌদুন থম্মিব পথওনি ঐদি, কনাগুম্বী শকহেনবী অমগী।

লশীং— ডাহল্লু নাকোংদ লশীংলৈ ঐগী, কনানো শকহেনবী লাইবক ফবী কনাগুম্বীত্রু? লাংতক্রবে থম্মে ই নোংহাংন লাকপদ লুহোংনবগী পাওন মনম মনম তাবনে, তমগী খোইমুন পুকচেল খোইগনবনে—

বসন্ত— লৈরাং মউ তবু হায়রগ কোরৌ শাম্বৈ মানব লৈ, লৈরাং মান পোম্মিবৈদা লুপা কোন্দুম মানব লৈ, লৈরাং মান শাংলগ লিক্কোল থবক মানব লৈ, শিংডেন মাবু পুদুন চংপদ সিনেমা লমজাও ডান্নবৈ, মরুপ মশাং অচৎ অওক্র ইঃ ইঃ কনানো হায়নবৈ, শিডেল মাবু চিরগ মোংব ইরান য়াইদ চংখিবদ, পলেম পম্বৌন করম্মো করম্মো থম্মাই রানবৈ,

লৈরাং অতৈ নত্তে, শিঙেল লশীংসৈ নঙ্গীনে পাখং ঐহাকসে।

লশীং— ( বেগতগী চুকট অহাওব ১ লোথোক্লগ মচিন্দ চুপহল্লি মৈথেং খেংলগ চমহল্লি, হবাওই ):—

নুংশি নুংশিরব থম্মোই ইংব ব্লাহৈ ব্লাতাসি ওাক্ত, তম্পাক্ত তোইন তাব ফংবন চৌংদ থক কুইন লৈনীংদে, মফম চাদন চাংমাইদ খিনব নুডুমগুম ঐগী থব্রাইসি তুরেনগ লোইনন তম্পাক্ত হেক্ত চেন্থনীংই ইবুংদো। ঐন হুজিক তাজখিব নুংশিব শৈরেংডুবু কদায়দগী চেন্থরকপনো ?

বস— বসন্ত বাবু ঐগী চিনবান্দগী চেন্থখিবনি— চৌংদ শাংপী শকহেনবী কাওগে কৌবদ ডমদবী।

লশীং— বসন্ত বাবুগী চিনবানসিবু মতম নাইখিব্রা নীংথমথাদদি ডারেল হৌবব্রা ?

বস— মতম পূর্ব্ব, নিংথম কাম্বী, শরৎ বসন্ত থান্নদন ঐ নংবু নুংশি লশীংসৈ।

ল— চৌন ডাংখিবিব অপুব ব্রাহৈসবু পুক্লীংগী অশেংব লোক্তগী চেন্থখিব্রা ? নম্রগ চিবান্দ তৈখিবব পাম্পিক ওইরব্রা ?

ব— অপুব ব্রাহৈ ডাংখিব চিবান্দু ঐগীনি, চিম্বান্দ ডাংউ ইস্লিনখিব পুক্লীংডু ঐগীন, ঐ অাসন নঙ্গীনি। চৌংন কোইব পূর্ব্বাচলগী নিংখিরব তম্পাক চৌংদ শাংপী শিঙেল লৈরাং শিংন ডান্নকনি।

ল— তম্পাক্ত ডানদ্রা হান্নববু খুইডুন তোকপ্রা কব্বিনো থওদ্রি দিয়ার বসন্ত।

ব— করিগী হাই? বসন্ত ঐ লৈরিক্তৈ মতিক লৈতে হল্লকপ রাকচোংগী উন, লশীংলৈবু খুইহল্লব, লাক্লরোই অমুক হল্ল অকনব নোং, নুংশিৎ, লেন লমহেনব। নীংভাইদন লৈহু তম্পাক লম ভাল্লরৈ, নংবু থাদোক্লুন কৈদৌৰৈদ ঐহাক মপান থোকপ য়ারোই।

ল— অদুদি অশাই, ঐগী ওইজরব নংন করিগী হায়খি?

"শিভেল মাবু চিল্লগ মোংব ইরান য়াইদ চংখিবদ পলেম পন্থৌন করম্লো করম্লো থল্লাই রানরৈ।"

ব— থল্লাই রানরৈ হায়বদি ইবেম্ম নংবু ঐথোয়গী বাক্সিগ ইমাগন য়াদবগী রা নত্তেনে। ঐদি ইপা লৈতে, ইমা লৈতে— চৌংগ তমগ অমত্ত ওইন তিনশিনবদ বেরা তৌবিনব অহল লম্মন মরী মত লৈজদে—। ইশাগীদি নংন থডইবহুভাই নংবু থাদোকপ য়াব চাওখত্তব মী নত্তে লশীংলৈ।

ল— পলেম পন্থৌন থল্লাই করিগী রাদোরিবা?

ব— থল্লাই রাবগী মরমদি নথোয়গী চৌংমী ইপা ইপগ ইমা ইবেমন শাওগত্রা হায়বগীনি।

ল— চৌংগ তমগ চাল্লবদি ঐথোয়গী ইপা ইপুদি পাখিবনিনে। তম নথোয়ন ঐথোয়বু নয়ুমদ চংহল্লিংদবদগী শাওনিংঙুব ভকশমদ নেকটাই পুন্নখিবনে। চৌং তম্ন লিংজেল মাল্লত্রবদি অরাপ্প লৈবাক্তি মীন হরাওখিনি; নথোয় ঐথোয়ন কপ-হৌগনি। মরম অদুননি ঐন নংবু অদুক লুংশিবিবা।

ব— হোল্লনে ঐহু লুংশিরিবনে অদুগী। মমাংতৈদ অহল লম্মন্ন পডলমহুন চৌংগ তমগ তোভান তোভান তাল্লরম্মবন্নু নথোয়

ঐথোয়গী হাক্তক্তুদি অমত্ত ওইরসি চান্নরসি হায়দুন ন'বু মু'শিজরিবনে।

লশীং— মুংশিনবসি চৌং তম মীয়ামগী মমাংদ লৈ পরেং হুরুদুন ফোংদোকসে। চৌন্দদ মুংশি মুংশি হায়নবনদি কান্নদেয়ে ইবুংঙো

বসন্ত— ঐ ফিভম অম চাদ্রি ফুরিং অতুমন লৈত্রি লশীংলৈ, মুংশা থীগন্নু, ঐ নঙ্গীনি— কনাগীস্থু নত্তে চান্নথে ইবৌ।

ল— ইনাক খুনব মহৈ হৈব সাহেব পাথং কয়া কয়ানি ঐবু মথোয়গী মেম সাহেব ওইরগে হায়রিবা। ঐদি ইবুংঙো ফৈজোম ফুরিং পামহৈ, নেকটাই ট্রাউজব পামদেয়ে।

( মীতৈ ফনেক মপান নাইব শেং, মুগ ফুরিং লৗং, ইন্নফি ফজব অম ইন, কবো ছাতিন অম তুপ. ফেনাং অম তোং— থেক্ক থেক নোংপোক নৌ নোংপোক লৈম কেন লাকই। মতা লশীংলৈ উবদ পরপ পরপ চংশিন্দুন— )

নোংপোক— ও ইতা ইবেম্মা লশীংলৈ! গুদমের্নীং!

লশীং— হেল্লো ইতা ইবেম্মা, নোংপোক লৈমা! উন্নব মুংঙাইবেদা ঐহাক ইতাবু থিজরকইবনে।

( মনাক্ত চংশিল্লি মবুং থনম্মগ )

নোং— ঐবু থিবিরকপ ওইরবদি ইতা ইবেম্মা কব্নিগীনো ঐথোয় তাচৌগ অদুক চৌকথন ব্রাবী শারম্মিবা? ঐবু ইতান থিবিরকপদি থোক্তে, ঐন ইত্তাবু থিবকপদ তারে হুজিক্তে।

( থর লোন্ন ভাংনৈ)

ল— ইত্তাথোয়গী তাচৌসে মবুকচেল চাওয়ে, মরম অদুন ব্রারী

শামিন্নব মুংঙাইয়ে । ইত্তাবু থিমিন্নরুসি হায়জরম্মিবনে ।
ইত্তাবু কদায়দ চংপিরুবগে ?

নোং— ঐসু ইত্তাদোন মী অম থিব চংলুবনে। উন্নরক্তে — ঐগী
করি করি পুবিন্নকপগে চৌংলৈবাক্তগী ?

ল— অথুম্ব অহাওব উহৈদি ওইরোইদ্রা খঙদে, ঐগী ব্রদয়ন ইত্তাদ
থম্মোই মচেং অম ফক্লগ পীরকই ।

বস— অছদি নথোয়নী ব্রারী ঙহাক শাখো, ঐহাক চা লোল্লুখি-
গেকো ইচন অনীমক । (চংখি)

নোং— ( নোকক্কেং তোরগ ): ইত্তা নংবু তাচৌন ইচন কৌখিবহু
চুমব্রনে ?

ল— ইত্তাগী হেক পোকমিন্নব ইবুংদি নত্তেকো ?

নোং— নত্তে, ইপল পোকমিন্নব ইনেমী মচানি। মাগীদি মপাসু
লৈত্রে, মমাসু লৈত্রে, ঐথোয় পাবুংন য়োকুন ঐথোয়দ
লৈমিন্নৈ ।

ল— নঙ্গী তাচৌবু ইত্তা, অচুম্ব ব্রা ঙাক্ত ঙাংবিব্রা ?

নো— কারগী ঙাংদদগে ? কৈদোরবগে ?

ল— মহাক্ল অচুম্ব ঙাক্ত ঙাংবিরবদি মান ঐবু মুংশিবিরে, ঐনসু
মাবু ইম্মোক্ল নুংশিখ্রেবো ইত্তা ।

নো— মুংশিনৌ বেরা লৈতে, চৌংপ তমগ মুংশিনব ফত্তব নত্তে।
অতোপ্প লৈবাক্কী মীগ মুংশিনরুরবদি নথোয় ঐথোয় কায়-
নরক্কনি। ঐথোয়গী পাবুংগুম্ব কয়া চাওথংভব থরমদি চৌংগ
তমগ লোন লৈনব য়ানিংদব য়াই। ঐথোয় নহারোলদি
অমত্ত ওইন চান্নবদ নরুব মশেল মুংশিনবদ য়ানীংদব য়াও-
রোই। নথোয় তাদন ঐঙোন্দ করি পাউ চেন্নকপা ?

ল— মহাক ঙসি নম্রবস্থু হয়েং লাকপিগনি হায়বিহৌই। মহাক্ন নংবু মুংশিন শোনবদি ইতা ইখেম্মা করিগ প্রমান তৌসিরা!

নো— অওইব্রনে ইত্তা ? মহাকপু নেকটাই পুল্লনি, খোঙ্গাও অচোনব শেৎতুন নোংচুপ্ত ভিল্লনি হায়বদায়নে?

ল— ইয়াঃ, কনানা হায়রিবনো? ইতান পাম্বিদে হায়বগী নোংচুপকি লৌচৎ শাজং ধর্ম্ম লৌবিসিরা, মখোয়ন লুন তৌবিগত্রা, মেম লৌব ফংবিগত্রা— পাঃখংব খনবিরুবননি। ঐগী ইবুংঙি ইত্তবু য়াম্ন মুংশিবিব মীশক্লিনা! মতম পূম্বদ নোংপোক নৈমদ শোন্দুন নৈব চীংজাও খোইমুনিনা মাদে। পান্দুম অমত্ত চারবস্থু নঙ্গী শরুক তমদব উদে। মাইরেম্ম মপান শাৎপদ ইতাগী মশক্লি ভাকইদো। ঐডোন্দ, মাইরেম্ম মুস্নব মতম অম্নক চাওব মতমদ ইতাদ পীনবনি খাকপ নিপানিন মাদে।

নো— ইত্তা নঙ্গীসি ঐদু হরাওহনগে হায়দুন পংহায় হায়জিনব মাল্লিদা!

ল— চীংগী লাইস্নু তম্পাক্কি লাইস্নু খঙ্গনি, ওইদব ভাংবিব লশীং নৈ নত্তে ঐদি।

নো— ইবু' অহাওব চাবব্ব কৈদৌডৈ লাক্কদগে ঐখোয়সিদ?

ল— ঙসিমক লাকপিগনি। ইতাগী য়াথন্দ মহাক থবক করিমস্থু শূবিনিংদে।

নো— নোংচুপকি ইনাক খুনবশিংন মুংঙাইহনব— শেম্বিব ঙম্মি ইত্তাখোয়বু। মখোয়বু পামদতুন তম্পাক চম্নু নোংপোক নৈমবু চীংজাও খোইমুন মুংশি হায়বসি থাজবদি খর য়োৎপ ভাংনি ইত্তা।

ল— চাৈং মচা লাইরৈ, শেল পামই হায়ব চুমই ইতা ; অড়বু শেলদগী মুংশিবন হেন্ন মমল য়াম্মি হায়বসিদি চাৈংমীমু থডই, তম্মীদ নত্তন।

( খোঙ্গ্রাও শেংলি, বুস সার্ট লিংলি, চাৈংফিদি মরেংবান্দ য়ানবোই ইনবোই তৌদুন মিষ্টর অহাওব চাব শৈরে' ইব বহি অম পায়দুন লাক্লগ লাপ্লপ্ল মূপীমচা অনীদু উবদ কৌরকই।

অহাওব— হেল্লো ! মিশ নোংপোক লৈম !

নোংপো— হেল্লো— মাই দিয়ার অহাওব চাব। মতম কুইববগী তুংদ অমুক উব ফংব দ মুংঙাইরেদা।

অহাও— চাৈংদগী তুরেল্লন তমদ চেন্থনীংবাদ করিবু হায়নি তম্পাক লৈম। ইশান চাৈংদান্দ লৈববমু ইথরাইবুদি তম্পাক্ত লৈবনি থড্ডু নোংপোক পাংহ হবৈ। চাৈংমী ইপা হপল, ইকুপ ইপিজাগী মমাংদ ঐদি তম্পাক্ত তেইন কুম্ববগী হকাহব-নিনে। ভরাং চংসিরা নহাল চংসিরা থনবিবান, মুমিং খুদিং ইকাইবগী মশুং কাংগ য়ৈথোকপনে।

নো— ভাসদ কমদোন ফাওরকহ্ৰা ইকাইথাবাও ?

অহা— ভরাং নহাল তৈথিব ইকাইবৈ পাউদরদু ভসিদি কোকথে, তম্পাক্তি কুম্মৈ য়েংবাগে হায়জিন্দুন লাকপনে।

নো— পুজাম্ম রাংলি হুজিকপু করি কুম্মৈ য়েংদোরিবা ?

অহা— ও ! পঙলেদকো 'নোংপেকে লৈম'! কুম্মৈ অতৈ নাত্তে —নঙ্গী কুম্মনে, নংন লম্বাদ চংপ, নংন রা ভাংব, নংন চেপ্প য়েংলগ নোকপহু ঐগী মুঙাইব কুম্মনে। চফু অহোবদ

ঈশিং খিনব য়াদবন অহোবদ শিকুন চংথিবগুম ঐগী পুক্নীংসি ইকাইবগী পন্দগী শিকুন তম্পাক্ত হেক্ত চেম্থি। ইহে, ঐদি কাওবিরে, লমীংবৈ— নংবু করি তৌরিবা ? বসন্ত বাবুন চা থকসি লাকউ হায়ত্বুন কয়া কুইরে ও ইহৌবা।

লমীং— ঐভোন্দদি তাকপিব কাওরগ ইবুংনা। ইতা ঐবু চা থকউসিরা ?

নোং— থক্লম্মু ইতা, ঐখোয়মু লাক্লগে। অপাম্ব য়ারো মুংডাইন শারম্মু।

লমীং— নবুকচেন শেংবিয়ুকো ইতা। চৌংগী খোইমুদি লৈরাংগী লোনম থওজদবনি।

অহাও— ইয়া! নংন করি থওবিবা! (লমীং চংথি) মান মবুংবু মুংশিবগী পওহায় হায়খিবনি, শাওব ওইগমু নোংপোক লৈম।

নোং— করিগী শাওরুদগে, শাওরোইয়ে পাথও। নহাক লাকত্রিভৈদ নচনমুপীন মুংশি নপাও পুবক্লম্মিবনে। মুংশিব মীন থারকপ মীদি মুংশখ্রপোৎনে।

অহাও— নঙ্গী ইপা নঙ্গী ইমান ঐবু থরখিজিক মুংশিবিরবদি শকহেনবী নংন ঐবু লাইবক ফবহনগদ্রা ?

নোং— ইম ইপান য়ারবমু য়াদ্রবমু, মথোয়ন ঐবু অত্তোম্ন নিপাদ থাজবিখ্রবমু ঐদি পাথংবু লাইবক ফহনব পামই। ঐবু মুংশিবিব মীগী মমাই থীহনব পামজবী নত্তে। নোংদম থীবদ্দী ঐবু মুংশিবিব নিপাদ ইয়ুম পানব ফংহৌদ্রবমু মাবু ঐন কাওজরোই, মুংশিহুন অহুম লৈখিশনি। মুংশিব হায়ব

লৌচিংসি লংগী লংজাগুম্ন থদংপ য়াব পোংচম নত্তে।

অহাও— মদুনি ঐগীসু তম্পাক লৈম, মুংশিব হায়বসি কুইর কুইরগ কনব হেনগদবন, মাদি কায়গনব পোং নত্তে। অতোপ্প নিপান নংবু— লৌখ্রবসু ঐন নংবু মুংশিবদি কায়খিরোই কৈদৌউদ— অরীব য়ুগুম মহাওহুম হেঙ্গংকনি।

নোং— করিগুম্ব ঐন লাইগী নোংদমদগী নঙ্গোন্দ য়ুম পানব থোক্ল-বদি ইবুংঙো— ঐদি নখোয়গী য়ু থকপ হায়বহু য়ারোই হায় থঙজো— পাবুংনসু মহু ওন্থোক্ল পামখিত্রে।

অহাও— মুংশিব মীন হায়ব রাদি লাইগী য়াথংনি ঐ ঙসিদগী মীবু শাদ হন্থহনব য়ু থক্লরোই নোংপোক লৈম, নংবু ঐন লুহোংসবসু লুহোংত্রবসু। মুংশিবীগীদমক নিপান ভৌব ঙমদব থবক তাইবংপান্দ করি লৈগদগে?

নোং— মুপীবু মুশিংব থঙব নিপাবু মুংশিদব মুপী তাইবংপান্দ পোকপ হৌনদে ইবুংঙো।

অহাও— থাগৎচরি শকহেনবী নোংপোক লৈম, নংদমি তাইবং-পান থুংন নমিং চৎসমু।

( রারী জবেং জবেং শাতুন লালুপচিংব অমদি নবদ্বীপ শর্ম্ম থোরকই। অনীমক চন্দোল চরা ইরং লংন থিল্লকই, নবদ্বীপ্প মপোক য়াম্ন হোরে, নাকন্দ কোর্ব্বেক য়েপই, চৈগু অম শুরকই, মশা নানব মরল লৈব মৈতৈ অহলগী মতৌনি অনীহু। )

নবদ্বীপ— য়ারোইদৌরে লালুপচিংব ইবুংঙো কররো ইচিমাও ঐখোয়ন থিংদোরিব পলিবো?

লালুপ — মতমগী ঈথীঙন অশুম্ব চাংদগী চেম্বরকপগুম মপাঙ্গল কনব, ইচিম্নাও ঐখোয়ন ঈরৈদ হঙ্গৎন ঈরোইবগুম পাঙ্গল খোক্তবননি আজ্ঞ। ইপুইনাইখোয়ন ওম্বমথৈ কন্ন হোৎনহুন থিংহুন য়েংব হায়বহুনি। য়াদ য়াত্রগ করিদোনি পন্সি লাউন হোগায়হুন থনম্লগ লোইরে।

নব — বেদ শাস্ত্র ধর্ম্ম গ্রন্থ, কোর্ব্বাক্ত খোৎলম্ব লাইরিক্ত ইরম্ব য়াবু অপাম পামদ য়েংনবগ খোঙ মোঙ্গাগুম্ন উপনিংঙ্গগ উপ উপ্নিংদ্রগ তোক, নগুণ থাংনিংলগ থাং থাংনিংদ্রগ তোক, চাক চাত্রিবৈদ ঈরুনিংলগ লু, চাকচা তোক্লগ চন্দোল থিন্নিংলগ থিন, চীংবৈ চিম্নিংলগ চিন, পাঙ্গলগী য়েঙ্খাং মহাও ওংনিংলগ ওং — করম্নো থওদে নহারোলগী মতৌসি ইবোভাং লালুপচিংব। ঐখোয়ন থারিব সমাজগী পন্সি মকম মফমদ ফোং ফোং কায়রে হায়, থিংব য়াদোরি।

লা — ঐখোয়ন পাংদবননি আজ্ঞ নবদ্বীপ। অহল্লোন্ন মপাঙ্গল হুম্বরকপ নহারোলন মপাঙ্গল ফগৎলকপ— অনৌসি লাম্বা চাদব অহুননি। থকসি থাসি থওহনব তায় মুপী অভাংন মপাঙ্গল য়াৎলিবৈ, ঐখোয়ন য়ৈথব ওম্মিবৈদ। খুংফম থওলবদি মখোয়স্থ চাওরগ লম পংহেন হেল্লোইদবনি, ঐখোয়ন শোইহৌবনি আজ্ঞা নবদ্বীপ। ঐগী য়াদি য়ুম খুদিংমক, লৈকাই লৈকাই, খুঙ্গং খুঙ্গং খুদিংমক সিফাইদ কাজ্ঞ তম্বিবগুম চৎনরোল, থকসি থাস তম্বিদব য়াদে। ঐখোয়ন ইচৎ নাইদ্রবদি নহারোলন ইতৌ তম্মি আজ্ঞা। ঐখোয় অজ্ঞা নবদ্বীপ্প মুপী ৩ লোম্লম্ব নত্রা? আতম্বাহু মীতৈ নিঙোল

নত্র ? নহা ওইরিবৈডদ ঐখোয়গী অ জ্ঞাসি ভাওরমখ্রেণকো !

নব— মচু হুজিক পুখোরক্লমু লালুপচিংব, থাইন চংনরম্বগী তৌ-বনি। হুজিক মুপী অমত্ত লৈত্রে, নহারোলন থভহৌব নত্রব অধ্যায়ত্থু ইচিন্নাও ঐখোয়ন পুখোকপ কায়দে।

লা— কানবুদি কদায়দৈ কাম্নগবনো আজ্ঞা। ৱাবু হায়রিবা— ইচিন্নাও ঐখোয়মু নহা ওইরিভৈদদি মুপী শেমদোক শেমজিন, চেস্থোক চেন্সিন, অরানব মীবু চুমহন্নব সাক্ষী ওইব, মীগী মতৈ মনাও খংননব ইন্সিনব, হূরানপোং লোংপ য়াওবিব— আজ্ঞা, ইপু ইনাই ঐখোয়ন খুঙ্গং অম মাংই হায়জিনবহু থরাইবু মংসম্নিদা—

নব— ডাইখোনে লালুপচিংব অভাংমুবীন তাখ্রগ ঐখোয়বু ইৱা চন্নহুন তোক্কনিনে। অসিদ লৈরিবসিবু ইবোভাং নখোয়গী মুপীমচা নত্রনে— অহেম! (অনীন লাপ্লপ্ন য়েংই)

অহাওব— ঐবু কদায়দ লোৎসিরা নোংপোক লৈমা ? নঙ্গী ইপান উখ্রগ শাওব ৎইগত্র ?

নোং— করিগী লোংলুদগে ? করিগী শাওরুদপে নহা মশেল ৱারী শাম্নিব্রবু হুমুব মখোয়গী করি মথৌ লৈগদপে। মখোয়মু নহা ৎইরিভৈদদি মরম করিস্থ ৎক্লম্পোং নঙ্রেয়ে।

অহাও— চুপ্পি শকহেনবী, হুমুব হন্নুবী ৎইরব মতম্নদদি ঐখোয়মু মরম ওক্কনি, অরানব পাপকি থবক ওইব অমস্থ তৌবি-রোইসি।

নোং— মানি, ইচা ইশুদ ৱারকপ মতমদ মরম ওক্কপ শাহুন ভাংলগ লোইরে। ( নোকমিন্নৈ )

লালুপ— (মুখ, মথুৎ খন্দুন য়েংকহ্নদনা): ইবেম্মা! মচুদ মথন্দ ভাল্লিবদুবু নোংপোক নৈম নত্রা৩ ঐন অমত্তং পোকচবীদো?

নোং— মানি পাবুং নমে'য়, ঈখন্দ নত্তে রারী শারম্মিবনে মরুপ অমগ।

লাল— আয় আয়! অত্তোপ্প অমসু য়াওরিব্রা? নংন খানীনগুম ভানবদুদদি খব'ন মচাদুদি ইপান উরুদ্রেদনা। মাংদ থোকই-বসি অ'জ্ঞা নচন সিজ সনারৈন পোকপ খাজ মানবীদুদ নত্তে, অনী শুরিনে অজ্ঞা পণ্ডিত উবিব্রাও?

নব— ঐদি অসাইন উরপোংনি লালুপচিংব, ফজদে হায়গত্রা হায়দুন ভাক্তবনি। মতম অসিন রারী শামিন্নবগী বেরা নৈনদ্রবনিন শারিব ওইরিনি। রারী হায়বসি'দি শাববু হৌখ্রবদি মথং মথং পংশাংদ শাংদোকপ য়াবনিন—লুখ্রে।

লা— (মনাক নকশিন্দুন মুম্ন য়েংলগ): হায়মা! ঐদি অতৈ কনা কনা ওইরবোই নীংউই, নংদি চৌঙ্গ'বম অহাওব চাবনিনা?

অ— মানি ইপা, খুরুম্নিরি। নজা ইবেম্মগ Love talking তৌব শ'বনি নহ. ওইবগী। ( নোংপোক ইকাই)

নব— কবি হায়রিবনো লালুপচিংবা?

লা— লৌউব তোকপগী রারী শারিবনি হাইয়ে আজ্ঞা পণ্ডিত।

নব— চৌদ লৌউব তোক্লে, তম্পাক্ত উরগে হায়রিব্রা পাখভদুবো।

লা— মচুগী রাখল খন্নরিব ওইরমানে, মথোয়সে।

নব— মডেন্দ লৌফম অম হেক পীথোকপদি কদায়দৈ—

লা— কদায়দৈনো রাবী শাব হায়দুনি— অহল লম্মন য়াওদব দুজিক কান্দবু লৌব সিয়োন তাংলবদ। ভাইখো মুপীমচা, নমাসিজ্জবু কদায়দ নৈবগে?

নোং— য়ুমদ লৈরিনি ম'ংলম্মোই পাবুং।

লা— তুক কৌথে'কউ, নবুংখোয় করিখোয়স্ তুমিংসি খেংখ্রে— ময়াম অমুক্ত পূন্ন থকসি খাসি ঐরাইসি। সমাজগী পন্সি মেনব তনব য়াদে।

নোং— ফনি পাবুং কৌথোরক্লে। লাকও ইবুং চা থকউসি, শিং খায়ব, খোংবান তৌবকাম্ থন্ন পাংবিরম্মু নচনখোয়দ।

অহা— কয়া য়াম্ব থবক ওইত্রা? ঐদি লৈবাক শূদব, শীং চন্দব কুইবিরেদ!

নোং— অয়াব থবক শূদোব নত্তেবা। (চংখিনখি)

লা— মুপীমচা, হঙ্গাম হয়াই মতোন হুমব মনীংগী কাংলৈবুংদো —লোইন—

নব— বিষ্ণু ভগবান! মতমসি মতম অমনি।

লা— চীঙ্গাবম মচাশিংসে অজ্ঞ কায়খ্রে ননাই ঐথোন্দ। মখোয়ন য়ুম শানব মুং, উ, লী, পৈমা, খানব শীং, ই, চানব মহৈ মরোং, পান মাইরেন, হয়াই চেংয়াই পীদুন ননাই ঐথোয় য়ুম পানব য়াদ্রিবনি। মখোয়সি লুন তৌদব য়াপোং নত্তে। মখোয়ন পূর্বাচলগী মাইকৈ মরীমক ডাকইবনি। মখোয়নবু ঐখোয়দৈ মমাই লৈথ্রবদি তম্পাক মচা মথৈ মুং চাদুন খাংব তায়।

নব— মখোয়ন য়ানবনি হরাউনবনি হায়দুনমু লালুপচিংব হুই-নাওবু লৈতোন লেকহনবদি অচুম্ব অফব নত্তে। খেম্মগ কা হেন্ন কেথোকহল্লগ হিংচাবী তোইন চাদুন ওক্রা। য়াম্ব তিংবগুম, লাই ফত্তবন চানবিনব খুম্ন য়েনবা য়েহ্লোং তোইন

থাহুন অপডব ভাবগুম থোকপসু ইকাইনীংঙ'হনি লৈবাক্কী ওইনদি ।

লা— মহুসু অচুম্বনি আজ্ঞা পণ্ডিত। চপচাব থিবসি ওম্বোক্ক লুখ্রে। মীন মুংশিবিনব মীন য়াবিনব হোৎনবসিদ কয়া য়াম্ন কদায় ফাওব ওইজব থাক্কনি? য়াথল অসিদ অচুম্ব অকম পাম্ব মী পুম্নমক জ্ঞান মাংনবনিনে আজ্ঞা ইবুংঙো। কনান হায়রি ভোট অম থাদবিগে নচামুসী অম পীয়ু, কনান হায় চা কপ অমত্তং হায় পীথকউ থাদবিগে, অতৈদি কিস্তি মানি কারণ —মীন য়াবিনব ঐন মীডোম্দ পীগদব মদৎ নত্রগ মতোংসিবু চেং মণ কয়ানো কিলোগ্রামদ এনগদ্রা? নত্তে, পণ্ডিতনি আজ্ঞা অমুক্ক ভাকপিয়ুনে।

নব— চেং য়াম্ন তিংবনশেল য়াম্ন চংপন ডাক ভোট কংওই লালুপ-চিংব। মখুং তিংথোক্লে। মীথুং তিংথোক্কনি হায়তুন থর শান মখুং তিংথোকউবদগী মৈতাল অচাকপ হাপ্লক্কুন পোক্কব য়াম্ন য়াওখ্রে।

লা— চাইথো আজ্ঞা, ভোটকি য়াহু থমথিসি— পূর্ব্বাচলগী সনা ভাংবম হাংলকইবসি মতম কুইরে. ননাই ঐ চীং তম প্রজা অয়াম্বন ওথাক য়াবিরব মীশক অমনি। মমা মচাদনি ঐডোম্দ ভোট পীরোইদব হুজিক। কনাগী ককা ল'ইবক য়েংহুন ননাই ঐবু স্না ভাংবন্দ কাহুন কম্মসিরাও?

নব— ভোইহদে ভোম্ন লালুপচিংব নত্তিক নপা চাদব থবক্ক নখুৎ বিংজিনগমু মৈন পোক্কুম তোক্কনি, মৈগী চীংখুলদ কম্বগুম হুমাং কাঙ্গনি, লৈবাক্ক ঈমু মাইমু ভাহুন তোক্কনি। নচা মুপীন য়াদব নংন কাব য়ারোই।

লা— কনান কনায়দৈ লাক্লুন ফম্মনি অত্তুদি পণ্ডিত ?
নব— নজা ইবেম্মন য়াব নোংপোক লৈমগী মতৈ থোরকখিনি ।
ঐগী ইব্না নত্তে কোর্ব্বাক্ত য়াওরি ।

লা— লৈমুংদগী থোরক্তদোরিব্রা ? কয়া য়াম্ন রাংলি অত্তুদি ?

নব— খণ্ডহৌদন নোংম অন্নাংবদৈ পোপ তারকনি ; কুইররোই হায়রি ।

লা— কনানোনে ঐগী ইমাক ইবুংঙোত্তুবো ? মশক খণ্ডনিংলেদা সত্য । মতৌ মওংদি কমদৌনি হায়বগে পূরান্ন কোর্ব্বেক্ত ।

নব— মশক মতৌ ফজৈ, য়েংবদ পুক্নীং হূই, চাং লেম্মি । মহাক্ক লাক্লগ তাংবন্দ মথন্দ চংতুন ফম্মনি । নজা ইবেম্মনা মাবু লুন তৌগনি, কুইন লংফৈদ লৈরুরব মতৈ ইবুংঙোবু মৌ-নহাশিংন ময়ুম য়োরকপদ তরাম তরাম তৌনবগুম ।

লা— ডাইখো পণ্ডিত, ঐগী ইচামুপীদি লৈশাবীনি, মৌ নত্তে ।

নব— কোর্ব্বেক্ত ইরম পুরানগী রা থাজগে হায়রবদি লানুপাচংব, নজা ইবেম্ম তম্পাক য়ুমদ লৈবী নোংপোক লৈমদি মতৈ ইবুংঙো অম লৈব কুইরে ।

লা— ঐ খণ্ডদন ইচামুপীবু কনান থাজরম্মিব— চহি কয়া শুরে— কোর্ব্বেক্ত ফাক্লুন য়েংউ পণ্ডিত, শোইরবদি পাণ্ডুম তাহ্নন তোকচনি, কোর্ব্বেক্লুন কে.ফুর্ অমুব ফেংনহ্নন তোক্তনি । অমত্ত ডাইজবী ইচাগী মিংচৎপু থোঙ্গুন ডাক্ত ডাইব লৈমাইব থাদবগীদমক ।

নব— ( কোর্ব্বেক ফাক্লুন য়েংলগ ) : নজা ইবেম্মগী মতৈ ইবুংঙো

লৈখিবসি চহি ১৭/১৮ শুরে, ইবোডা'ন থাজখিব নত্তে, নুপী মবুধো হাক্তক্ত বাক্যদান তৌরম্বনি।

লা— ঐদি করম্ন খভহৌত্রিবনো পণ্ডিত ? অঙকপ তানিংদব রাবু কোর্কেক পায় হায়তুন পংডাং ভাংব শারতুন।

নব— নচা নুপীগীসি অহানবদ পূর্ব্বাচলগী তম্পাক মচা অমন লৌরম্মি। মতোন্দগী নোংচুপকি পান্নাওদৌন ভৌব মরেপ রাংব নিংথৌ অমন মুন্দুন লৌখি— মতু চহি ৭৪/৭৫ শুরে। মরেপ রাংব অভৌপানবসিদগী পুলৈ কুচু তাব মবুক ফব ফুংলনব চাইথদ লৈব অমন মুন্দুন নচা ইবেম্মবু লৌখিব চহি ১৭/১৮ শুরে, নবুধোন য়াহুন পীখ্রবনি। নমাক লৈ অতৈ থিরুনু।

লা— রাদি রারৌনু আজ্ঞা নবদ্বীপ শর্ম্মা ঐ খুৎশা মরেং মরেং চংলে মী য়ৈনিংবন— ইখুং চাব মুংতুম অমত্ত পায়নীংখ্রেদা!
( কোইন থি )

নব— নংন ফন শাওনিংতুনস্থ ভরাং নহাস থোকখিব নুমিৎতু থোকখিদে হায়ব য়ারোই— ভসি নুমিৎ তারনু হায়তুন থাম্ব য়ারোই।

লা— চহি ৭৪/৭৫ গী মমাংদ ঐগী ইচানুপী নোংপোক লৈমবু অভৌপানবন লৌখি হায়ব রাসিবু— ঐগী ইচানুপীদি চহি ২০/২১ গী শকফমদ লৈরি। মমাসি সনারৈ হায়বী মীন শক ফজৈ হায়ন কল্লর্করিবীসিবু চহি ৪৫ শুফাত্রিনে পণ্ডিত, পান্দুম ওন্দুন তোক্কদব রা ভাঙ্গমুদ ইপু ইনাই ঐথোয় তিন্নসি হায়রবদি।

নব— ভাব তাদ্রে ইবোঙাং লালুপচিংব, নজা ইবেম্মসি চহি লিশীং কয়া শুরবী লাইরেম্বীনি, চহি ২০/২১ গী শকফমদ ভান্দুন লৈবননি। মাগী নহান মপোক্কি শাইওন্নি হায়ন লৌগে লৌ। থাজদবদি তৌন্নু, মীচমগী লোন নত্তে— পূরানগী ৱানি— কোর্ব্বেক্ত ইরম্ব।

লা— খওদ্রে— ভসি ঐবু মডলা হাবা! ঐগী ইচাসি লাইরেম্বীন অবতার তৌরকপ ওইরেকো। অদুদি ঐ মীচম নদ্রেনে গুরু।

নব— কদায়দৈ মীচম ওইদগে নোংপোক ভাকপ লাইন ওনবনি নং।

লা— ঐবু নিংথৌ ওইহন্দ্রিবদি করিগীনে অ'জ্ঞ?

নব— মতু নঙ্গোন্দ তাকপ য়াদে শাওরকনি।

লা— মহাদেবন সাক্ষী ঐ শাওজরোই— খওদদি খওজগে।

নব— অঙাং হাৎপ, হোদোং হাৎপগী লিংজেল অম নঙ্গোন্দ লৈ. অদুগ নংন লৌরিব ইবেম্ম সনাতু মমিৎ ফত্তে মবুক য়াংই লৈবাক কায়নি।

লা— (শাওরপ ৱাথল ডগাক তৌরগ): সনা. সনারৈ! মেরা থা থিব চৎলব্রাও?

সনারৈ— (অরাপ্পদৈ): কনা ওইরবনো? ঐবু কৌখিব য়াও-বিব্রাও?

লা— ঐগী ইংথোক্সেন কাওতুন খুম্মিব মরোলসি ঐবু শাওদব য়ারিব্রনে গুরুজা! হুজিকমক লাও, নশা চাব চৈ অম পুরকউ। পূর্ব্বাচলগী সুপীশিংসি মনা থোইদ্রেদা!

নব— শাওগৎপ য়াদে, লালুপচিংব, নজা ইবেম্মগী মঙ্গল ওইনব

নবুক ইংথন লৈগদবনি, নথো নিংখিন পাংহুন। শাওনিংব থাংববু হিংহুন লৈব কৌই— হূই হৌদোং, অডাং মুবী রা-রকপদ কা হেন্ন চোপ্প নঙ্গনি।

লা— ( মথুবাক্ত মন্ত্র ওইন শোল্লি ): "ফিংগংকনু লালুপচিংব, নং মীচম নত্তে, লাইরেম্ম পোকপ মীথোই মীহেনব নিপানি।" ( মমাইদ নাল্লি ও লক ) রাদি য়ারৌম্ম গুরুজী ননাই ঐ রা অমত্ত হংজগে।

নব— হাইয়ু পূর্ব্বাচলগী চৈরাক য়াচল।

লা— ননাই ঐগী ইচানুপীবু লাইরেম্মগী শাইওন্নি হায়বসি করি প্রমান্দে খঙগদগে?

নব— মহু নংন হংব চুম্মি লালুপচিংব, প্রমান য়াওদন মরম চাদন মী অমন হায়ব রা মিৎ উইশিল্লগ থাজগদব নত্তে। মোইরাং থোইবীবু লাইরেম্মগী শাইওন্নি হায়বদি মীচমগ মান্নদন মরৌ-শিং মথোনা লৈ, অফব অচুম্ব মশক খঙই, খঙইবহু পাংনব অরাব ঈচাওগী অকনব ঈরৈদ হঙ্গৎন ঈরোইব ওম্মি।

লা— চীনথূব যুবরাজন থাজব নোংবান্দ লৈদো শরুক কবোদ লোই থাবিয়ু, নুংশি মশুং লাঙ্গী অরা লৈবাক্ত রাজকগে হায়খি থোইবীন। মমৈদ য়ৌখি পামু কাদ, কাও ফাব কৈ ভম্ব থম্ব থোইদ। অহুদি আজ্ঞা ইচানুপীদ ঈমাক নিপাদ খুরৌ চন্দনব, নোংবান শাববুম্ম কৈগী খুজিন মচু শংমদনব নমাই ঐদি ইচান পামজবদ থোরী লীশাং থান্নুন কুরু কা-হল্লগেনেকো?

নব— মী অতৈগীদি খঙদে, নচানুপী লাইরেম্ম শাইওনসিগীদি থাদোকউ থিংমু।

লা— ভাইখো গুরুজী, অতুক জ্ঞান তান উরগ শেল পামইব লাইররিব করিগীনো ?

নব -- কোর্বেক্ত য়াওব ব্রা পাবদ শিংবোই মীংজবনি নংন ঐবু। ঐদি লাইরিক্ত য়াওব ফর ফরব ব্রাহু ইবব ঙমদহুন মাংব-নিনে লালুপচিংব।

লা— চুমই গুরুজী, খুডইব ব্রাহু থবক্তবু পাংব ঙমদ্রবদি কবিস্ম কান্নদে। বিএ, এম, এ, পাশ তৌরব অঙ্ক হৈরব বাবুশিংহু দোকান্দ পোং লৈব মতমদ দোকান্দারগ য়াওব মান্নন পোং-কি মমল পাব ঙমদবন পীরম্মু হায়ব শেলহু থনম্মগ ময়ুমদ লাক্লগ খোত্তুন য়েংবদ হেক্কিন্ন পীরম্ম থোক্লগ কোন্ন খোইদৌ শাওগংনব ডাক্রি। আই, ঐন কৌখিবহুবু লাক্নব তারিখ য়ৈথোকখ্রব্রা লাক্তিবসবো ( কৌই )

(সনাবৈ, তুরেঞ্জাও লাকমিন্নৈ ব্রারী শাহুন)

সনা— তা তুরেঞ্জাও নং কাওব য়াদে, তান চাব মত্তমদ ঐখোয় নং তাডাং লালুপচিংবৈ খুবাক মহত্ব অমুক্তদি মুন্ন য়েংউকো।

তুরে— কারগীনিনা সন ইবেম্মা ?

সনা— মাগী খুবাক মইহু নুপী কয়া লৈবগে থর য়েংউ— পুক্রীংস ইচিং চিংনৈ।

তু— কদায়দগীনোদ চহি অতুক য়াম্মবনবু,— চিংনবিক্কনু সনা ইবেম্মদৈ হেনব ফন খিদনস্মু ফংদৌব লৈতে।

সনা — নংন খুডপোং নত্তে ইবুংঙো, চহি ৫০ তাল্লক্লব মান নাম শোনগে লাই নীংগেদি হায়দন ফিল্ম অনৌবদ থিহুন র্রবেম ডাংহুন পাথং মচাগদ তিন্নহুন লৈরিপোংনি।

তু— ইমা ইমা। ঐথোয়গী তাভাংসিদি য়াম্ল ভাওবিরিবোইরে কাংগ্র, মুং চংবদোনা!

( থর লাম্লিভৈদ লাসুপচিংব সনারৈদ মমিং থান য়েংলগ )

লা— আজ্ঞা নবদ্বীপ— ঐসি ঈচিং ফংখিদ্রে ইমান্নবদ য়ৈব ভমং দ্রবসু অভাংমুবাদি তপ্তাবমথৈ ফুদৎপ জাংনি শাওনিংলগ।

নব— মুপী অভাং ফুব ফত্তে, ফুব থোক্লবদি থর খৗরপ ফুবন নিরম্নি —তৌরুসু তুংদ য়াম্ল নীংভমদবনি করিগুম্ব লৈখিদব থোক্লগ। ফরবসু কত্রবসু অম লৈরিবতু নরাইবক ফরিবনি। নিংখিন ফজব রাহৈন জ্ঞান তাহন্নব লাক্লৌ।

লা— লম্বীদ শক য়োন্দুন লৈরনো, পরপ পরপ লাকও হায়রবতু ননা তাত্রাও? ক'রনো পূর্ব্বাচলগী মুপীন মোরোক অতেকপগ রারেম ভাংবগ মুক পাম্বসিবো!

সনা— রারেম ভাংব নচ্চাদেয়ে ভোট থোমজরিবনে।

তূ— নমস্তে গুরুজী, নমস্তে ভাভাংবু।

লা— ঐমা! তুরেপ্পাও নং ওইরে— ঐথোয় সনাদ লাইরা মন্ত্র তম্বিরিবদে। ঐদি কনা কনা ওইরবোই নীংতুন য়েনীং-উরেদা।

তু— অশেংব হায়নি ভাভাং, ঐদি মীনম্ব হৈজদে, ইতৈম শিজসি মবুক্লীং থর মুংশিরে।

লা— অমুক কনাদ মুংশিরে? করিগীনি হায়বগে মিঞা সাহেব?

তু— নমাক নিপা মতিক চাব থিগনি হায়তুন চাকভন চাতুন চংখ্রগ মমা অতোম্বী থিব চৎপতুম ওইরম্মি হায়রি ভাভাংবু।

লা— মতু ফনব নংন করি লাইরা তাকইবা?

তু— ঐদি খায়নরো হায়দুন ইন্সিল্লিব।

লা— মশান য়ারবদি নং পুজখ্রোনে।

তু— মশান য়াদে তাঃাং, ননাই ঐগ্নু মরী শুনব নৈজে—

স— মখোয় পাবুংন ঐবু শিংনব য়োনবিরিবসি আজ্ঞা ঐবু মশিং-লরোইদ্রনে, ব্রাহ্মন অহল্লি ধর্ম্ম য়েংদুন অশেংব অমত্ত হায়বিয়ু। ( খর লোম্ন ভাংনৈ )

নব— চেং তাংবসিদ থাকপ রারে সনাবু কায়থোক্লগে হায়ব শেংলবদি ঈশ্বর সেবা ভয়ব তর্পণগী দক্ষিনান ঐ লেপশিন-গেনে। ভসিদি ফাগী তৌন্নু সনা, মাগী পাবুংসি মচৌং হৌবনিকো।

সনা— ভসিবু ঐডোন্দ চৈ থাঙ্গৎলবদি ইপামদ হেক্ত চেনখ্রদৌবনি আজ্ঞা ইবুংঙো।

নব— অহিংদ নপাম তান্ন চৎপ লাপমল্লি হায়রবস্নু ঐখোয়দ হেক্ত চংবিরকউ সনা ইবেন্মা।

লা— মতম অসিদ নিংথৌকাসিং ওইদুন নৈবাক মরা তপ্পব লম-হেনব থেকসি খাসি নাইদব প্রজা ময়াম ভাকপসি সত্য রারিনিদা। হায় সনারৈ শকহেনবী, ননম রাৎপী নরাল তাওবী !

সনা— অয়ো য়ো, মাই পাবুং করি ওইরবনো ?

লা— ঐ শর্কসি কয়ামুক ফজৈ ? চুম হাইয়ু।

সনা— হৈয়াই চারিয়া অমুনব, প্লেট কাংগ্র অমোনবমুক ফজৈ।

লা— নং ঐবু কয়ামুক কি ? লারবদি য়ৈরে।

সনা— থাবক মতোঙ অগাওবদ য়াওব মরূ থৌনাওদ পনবমুক কিজ্জে।

লা— চুমই অদু ওইরবদি য়েরোই, নিংথমথাদ শামতুগী ওভর-কোট অম তুবিনি।

নব— নখোয়না খৎনরবদি থাম্বিগে লাকপনি, চান্নরবনিন ঐ হল্লগেনে।

লা— গুরুজীবু কদায়দ লেঙ্গদনা থবক লৈবিবগে ?

নব— মতৈ মনাও খৎনব থিরগ থামদোকউগে তৌবনি। লৈবাকসি খৎনগল্লি, চান্নব হৈনদে।

লা— লৈবাক শেমগৎপগী থবক ওহাক্ত য়াওবিখো— লেংবিথিব য়াদে। সনা ঐখোয়দ য়ারেম ওাংনদুন লৈয়িবু নহা অহল মুপী নিপা লোইন কৌথোরকউ চংলু। (চৎথি)

তু— আজ্ঞাহন ব্যবস্থাকারী, য়া অমত্ত হংজগে ?

নব— করিনো হাইয়ু মবীগী মতৈ?

তু— নমাই ঐখোয় বাঙ্গলা লৈবাক্তগী লাকপশিংবু পুর্ব্বাচলগী কুঙ্গাদ পূনব য়াহন্দবসিবু করম্ব মুংওাইতব লৈবগে ?

নব— মুংওাইতবগী য়া নত্তে, নখোয়বু কিতুন তৌবনি।

তু— করিগী কিবিরিব ঐখোয়বু ?

নব— নখোয়গী লাইনীং পরৈন ঐখোদৈ চেংপ হেল্লি, নখোয়গ ঐখোয়গ তোংনরবদি ঐখোয়দ মীশীং হন্থনি, নখোয়দ হেঙ্গৎ-থিনি অহুননি।

সনা— হায় অওাংশা নখোয় লোইন থোরকউ পাবুংন কাজ তথিনি, থকসি থাসি থওহন্ন হায়রি।

( বসন্ত, লশীংলৈ, অহাওব, নোংপোক লৈম পবুং লেংহুন থোরকই সনারৈন মাংদ চংলগ— থোঙথাং খুংহাই মায়বহু হরাওন মুম য়েংই ঙহাক )

লালু— লেপ——পো। (মায়ন লেপথি)

নব— ময়াম্মক লিংজেল মায়ব হায়বসি কয়াদ ফজখ্রবনো! তোঙান তান্নু তুরেঙ্গাও নংস্নু য়াওক্ল।

( তুরেঙ্গাওন মাং ইথং থংউই )

লা— তান নাইন নথোঙ থাঙ্গদবনি— য়েং ওই, য়েং; য়েং ওই, য়েং; য়েং ওই, য়েং। মাঙদ—চথং—লু।

( থর অমুক চংলি ) খুংলেপ—লেপ। ( মায়ন লেপই )

নোংথক য়েং, ননা তাও! ( নোংথক্ত য়েংই )

লা— ( নবদ্বীপকি নাক্ত লৈরগ ): আজ্ঞা নবদ্বীপ, অমময় লাথ অমমম ওইরবদি, মী লাথ তরুক লাকপ, মী লাথ তরুক্তি থবক পীব কয়াদ লুখ্রবনো!

নব— মানি ইবোঙাং, মী লাথ তরুক্তুন লিংজেল মায়ন থবক শূববদি, চায়ন লৈমিয়রবদি কয়াদ নুংঙাইগবনো।

লা— লিংজেল মায়ন চায়ন মুংশিনন লৈমিয়রবদি করিগী নংদগে কনাবু কিদগেনে আজ্ঞা? মতুদি নত্তন ঙসি মথোয় ময়াম সিন হিঙ্গোলসিদ তৌরম্মিব চাইথাইরম্মিব মাং তাকহল-লম্মিবসি অমুক্ত য়েংবিয়ু। চাক থোংনব ঈশিং অশেংব লুন য়োকইব পুখ্রী নৈথায়রিবসি তুরেঙ্গাও মিঞা নংন ওইরিনি?

তু— ঐংভোন্দ তাইনমুদ তাঙাং, সনা ইবেম্মন থগৌ তানবীয়ু হায়বগী কুম্মুবনি।

লা— চুপ রহো, ঐগী সনা মশংগী পন্দুন করিগুম্ব রা অমত্ত ভাংব য়ারোই, খবরদার ! পুংভতোন হেকপদ নত্তন নোংমৈস্নু পান্দনব মশা ফাওব থুদেক্লম্বিব য়োংজাওসি কনা ওইনি ঐগী ইমাক বসন্ত বাবু নং নত্তনা ?

বসন্ত— নমান্নবন য়ুমদ লাক্লবদি পুংভতোন্দু অমুনব থন্দুন থর হেক্লগ পীজো হায়ত্নুন ইনেমসিন জাকপিবগী তৌবনি।

লা— নমান্নব হায়বদি কনানো ?

লশীং— কনা ওই বদগে ঐনে মামভাং।

লা— ইমৌ ইবেম্ম নংবু পুংভতোনগী মশা তেকইব মনা কেল্লিব ময়ামসিবু চংদোরিরাও ?

লশীং— মত্নুদি নমাক্লিপান ঐবু উ কাব ভম্বিবদ তেকখিব ওই-রিগরা ?

লা— মুনস্নু মুনফাত্রিব পুংভতোন চাবদি কক্ত নহায় ইমৌ ইবেম্মা।

লশীং— কদায়দগী ককপিদগে ইমান ইবুংভো, ইয়া করিব ঐথোয়-দদি শংমুম্নবন হাওব হেল্লে।

লা— চাখুমদ চায়থায়রিব ময়ামসিন করিগীনো— চাক থোংবী শান্নবৈরা খুল্লাকপী শান্নবগীরা নুপীমচা— নোংপোক লৈম।

নোং— চৌঙ্গাবম ইবুংন রসগুলাসিবু করি পাম্বীগী মহৈনো, পাম্বীহু হৌরবদি চারা অমত্ত পীয়ু হায়ত্নুন নিবত্নুদ রসগুলা থর শারগ পীজরম্বগীনি।

লা— ইবুং অহাওব চাব নংদি রসগুলাগী মহাওহু কমদোই হৈনরা ?

অহাও— য়াম হাওবিখ্রে, পাম্বীহু ফুক্লগ ইপাম্ লমদ থাবিনিংই, করম তৌসির ?

লা— নয়ুমদ পুবদি য়ারোই, চানিংব কান্দ লাক্লগ চারো। চায়-
খায়রম্মিব ময়ামতু সনা নংন থর লোইশিন থমজিনবদি
কৈদোই ইবেম্ম ? নংন পাল্লিব য়ুম্বানসি করি য়ুম্বাম্মো ?
ফৌ খিল্লিব কোং অসিন শো হাংলগ থোঙ লাওন হাংহ্রন
থনম্মগ লৈকাইদ খুংলোকপী শাম্নব চংলুরিববু কুমশি চাব
ওক্লগদ্রাও। চাব হায়বসি চাদব য়াদবনে— চেং ফৌ
মীরাইরবদি য়ুমতু মুংঙাইরকখিদ্রাও? নংন নহান পোইমুদ
ব্রালহনখিব ফৌ ময়ামতু লোয় কোংহনখিনব্রাও?

সনা— ঐবু ইপামদ হন্দূন চহি ৫/৬ তং য়ুম্বান লোন জম্মুখিসিন্না
খঙদ্রে।

নব— নপামদ লাপ্ল চত্তৌ শরুক তেম্বু তমগে হায়রবদি মুমিদাং
য়াই হেক হেক চখোরকউ ঐখোয়দ চানক্যগী অর্থশাস্ত্র
তম্বিগনে।

লা— ঙহাক্ত লাইবিথোদ খাক্তাহন, স্কুল ওইন লিংথংকে লিং-
থংপিয়ু প্রাইভেট ওইন তক্সনবদি তল্লিদা। পূর্ব্বাচলগী
মীবু থাজদো শরুক কেতকী লৈহাওনচিংব মনম কনব
শিঙেলগী জাংসিদি ফি উপুদ হাপ্লগ শো লোন্সিজ্জন থম-
জগে ঐদি।

মুম তাও অঙাংশ, লম হেনগন্সু অহল লম্মা লৈবাকি
কনব হায়ব রা ইল্লু। নক্ত লুকথহ্রন য়াথগ তৌ!

(ময়ামতু মরু লুকই)

লৈবাক অসি মুঙাইন পান্নব অহল ওইরপ তৌব, মবুদ্ধি
লৈব মশাদি ফরিব অম ময়ামগী মকোক ওইনব হাপ্প তারে।

হায়রিব মীশকসি ময়াম চংহুন ভোট থাদনরগ থনি, অপাম পামদ নখোয়স্মু হায়নৌ। ঐগী মোত্তি, করি হায়বগে গুরুজী, ঐ অম হায়রিব মীশক্কু ওইবদ ওথাক মতিক চায় নীংজৈ। ঐগীসিবু গুরু চোপ্প তারব্রা?

নব— করিগী চোপ্প দগে, মবুক্তি শেংব ইকাইবদি থগুদবগী য়ানি; নত্তে লৈবাক্কি ফনবদি দোষ লৈতে। শ্রীশ্রী লালুপচিংবন পুথংলকইব মীশকসি ঐস্মু পামজৈ, অহল মশেম্নিন শোৎ-গৎনদব য়াদে। ময়ামস্মু অপাম পামদ হায়নবিরকউ।

তুরে— মতম কুইন পূর্ব্বাচলদ লৈঙ্গরক্লব ঐখোয়বু মপান্দে লাকপ মীত্তোপ ওইন থমবিদোব মাল্লি— ঐ অম্ পামজদে, য়াদি য়ারৌবিস্মু— অশেংব হায়জবনি।

সনা— মখোয় পাবুংন লৈবাক্কি খুজ্জী পায়হুন হেক ভাকখিবগ অডম অথৌ ওইরবনি হায়হুন মিৎ য়াম্বিগদব অনৌবদ পাম্বিদোব ওইরবদি ঐ অম পামজদে।

লা— সনা, নংস্মু ঐবু থাজদবকো?

সনা— য়ারৌবিস্মু পুক্লীংদ লৈজব অশেংবদ হায়জবনি। মখোয় পাবুং মিৎয়েং অম চুমদে।

বসন্ত— মামঙাংন ওইবিবসি পামদি পাম্মি হায়ববু অহল থর ওইমনবসিন নহাগী পুকচেল থঙবিরোইদ্রা হায়হুন থর চিংনৈ।

লমীং— ঐস্মু বসন্ত বাবুগী পুকচেলসিগ মান্নসিন্না থল্লি।

অহাও— চৌঙ্গাবম ঐখোয়ন পূর্ব্বাচলগী লৈঙাক খুজ্জী অমুক্ত পায়রক্তিবনিন মখোয়দস্মু চান্স অমদি পীবিহুন ঐবুহুম থনবিরবদি মুংঙাইব ওইদ্রা থল্লি।

নোং – অহঙ্গংদ পাবুং ইলেক্সনগী কেনদিদেট ওইবিক্কম্নু করি কান্নগবনোদা। কাদব থোক্লগ লৈক্রক্ত লোৎপস্নু য়াদ—

( নোং খাকপগুম মখোন তায় ওহাক্তং )

লা— য়েংউ, য়েংউ লৈবাক মচাশা অতিয়াদগী তারকইব মৈবুন অসে।

( ময়াম গুরু মাইকৈ অমত্তন য়েংনৈ, মখুৎ খিনব য়াও, "করিনো করিনো" হায়নৈ। )

লা— হরে হবে লৈবাক্কি করি থোক্লগব ! মুহারাত্রা করিনো আজ্ঞা ঐগী কোক্লরা ?

ময়াম— ( মশা মান্নন নোমহুন ): চাকডা, চাকডা, চাকডা চাকডা !

লা— থর করত্র হুক্কিকপে ?

ময়া— করে, করে।

নব— খডত্রে, লৈবাক্কি করি থোক্লগবা।

বেঙ্গুল থোংব মখোল তারম্বদগী লাকই: কেপ্টন রনজিৎব লানকি শেৎলি, নাকন্দ পিস্তোন য়াল্লি। মতুংদ আজমেরী য়েৎপ, ট্রাউজর অমুগ্নী শেৎপ রাজকুমার দিলিপসিংহ ময়াংবম, মখুত্ত উতোংদ হানব দলিল অম পাম্নহুন চৌংলেম্ন লাকই। কেপ্তেন ফুরিৎথাওদৈ নক্সা ( মেপ ) পুথোক্লুন য়েংলগ লালুপচিংবদ হংই।

কেপ্তেন— লম অসি করি মমিং কৌই অহল ? সুরাইদ লাও।

লালু— পূর্ব্বাচল কৌই। করিগীনিনা ?

কেপ্তু — চুপ্নে, নখোয় চাক চাবদ য়েঙ্গাং মখেল কয়া কা চায় ?

লালু— অয়াম্ব মীন চরা অমমমদ য়েঙ্গাং অমনে, অহেৎপ অমমুং অচৌব অমনে — অহুম অহুম চাজৈ ননাই ঐখোয় হা আজ্ঞ নবদ্বীপ ?

কেপ্তে — নখোয় মতুংসিদদি ইন্সং মখেল ৫/৬ তগী তাদন পীজরনি। ফিরোলদি মী অমমম্ম কয়া কয়া শেৎচৈ ?

লালু— ফৈজোম অনী ফুরিং ২, অম শূরিচৈদ অম শেংনবন অয়াম্বনি। মুপীম্বু শেংন ইম্নব মী অমদ ২/৩, ২/৩ থাবিয়ু।

কে — মতুংসিদদি মী অমন শেংনব লিংনব ইম্নব ফিরোল ৬/৭, ৬/৭ লৈনব তৌরনি।

দিলিপ— কদায় ঐগী মুংশিজরবী মুপী নোংপোক লৈমদ ?

নোং— ঐ সিদ লৈজরে। করি তাকপিগদবা ? (কেতুন য়েংই)

দিলিপ— ঐ লাক্লগ নংন তুমিম্ন লৈরিব করিগীনো ? ঐগী ইনাক্ত চংলকউ নোংপোক্ত থোকপী থবা।

নোং— নমস্তে রাজকুমার, চৌকীদ লেংশিনবিয়ু।

দিলপ — (চৌকীদ ফমই) : লাও, নংমু ফমোরও রা থর ডাংনসি চাম্নবী।

( নোংপোক লৈমন পাম্ন তৌই য়েংজৈ কেন, চৌকী ১ চিংশিন্দুন মনাক্ত ফম্মুই। অতৈন ভক্ত য়েংই, অহাওবাবন মমিং থান য়েংই )

দি — ( মথুক্ত পায়রিব দলিলচু ফাক্লগ য়েংহল্লি ) : নং ভাব তারত্রাও ? য়ানিংদব করি লৈ হাইয়ু ?

নোং— ভাব তাজরে, ঐ কারমক্ত বেরা লৈজদে।

দি— নখোয়গী লৈবাকসি য়াম্ন ফজৈ, ঐ লম থর য়েংব পাম্মি। নং ঐবু থর কোইন পুন্থন চৎলু। নঙ্গী পাবুং কদায়নো ঐগা শক খঙনহল্লু।

নোং— পাবুংদু রাজকুমারন শক খঙনব পাম্মি হায়রিবি।

লা— ( খুরুম্মি নালপ্পু চংশিন্নগ ): ননাই ঐগী মিং লালুপচিংব কৌই। সনা নংম্থু লাউদনা। (সনা লাক্লগ খুরুম্মি) ননাই মসিন নুপীমচাগী মমা শিজ্জান।

সনা— ঐখোয় ইবুংঙোবু করি মিং কৌবিবগে?

দি— রাজকুমার দিলেপ হায়রগ ঐবু মীন খঙৈ।

সনা— অহান্দ মাগী পাবুং, ইয়া হবুংঙোন হানব করি করি লাঙ্গানি?

লা— নংন থোকপ লাউরো মদু। ঐ অমুক্ত খনখিগে, করি করি কুম্মে, জগোই ইশৈ, কাংজে মুক্না মমাক ইবুংঙোন সনা মিংয়েং তাবিবদ মুংঙাইনব অমুক্ত রাথল তৌখিগে।

নোং— পাবুংখোয় ইমাশিখোয়ন থোকপ লাংবিহৌরো। ঐদি রাজকুমারন ঐখোয়গী লম য়েংনিংই হায়রিবসি অমুক্ত কোইপু পুন্থন য়েংহল্লুখিগে। লেংলসি রাজকুমার।

দি— খেঙক য়ু। ময়াম্মক নমস্তে। (মথুং লোয়ে)

( নোংপোক লৈমন রাজকুমারগী মথুং শমজুম পুখি। কেপ্তেন রনজিৎন পিস্তোল লৌখোক্লুন চেকশিন্ন ঙাকপৈ মতৌদ মতুং ইনখি। ময়াম্ন ঙঙক ঙঙক য়েংথুন লৈহৌই জ্জান মাংন। )

অহাও— নিপাহুবু কনানো খঙবিরা পাবুং অমহিকস্নুং ইমা শিজ্জনা?

লালু— ঐদি কদায়দৈ থৎদগে ?

সনা—ঐসু থৎদে, মশক মতৌ মগুণদি লৈ চপ চান।

লশীং— ইতাগী ইপাগ ইমাগন মশক থৎদব পাথং অমদ ইতা লৈশাবীবু পীথোকখিবদি কৰি ওইসিরা ! ঐদি ইওক্লুম ওকপিরে।

যস— মামডাংসু ইবেমসিংসু হুঞ্জিক লেংশক্লবহু রাজকুমারনি হায়ব মশক তশেংন থৎবিদব্রা ও ?

লালু— ঐসু অমুক্ত উশিত্রি, নানেমসিংসু মশকপু থৎসবদি থৎই হায়নি— মাদি অমুক উথ্রব নিপাদি মশক কাওখিব বুদ্ধি অচম নত্তে। ঐদি ওক্রবনিনে আজ্ঞা পণ্ডিত !

নব— লাক্লম পাথং, মশক মতৌ মণিক মগুণ র ভবহু ঐখোয়গী ইবেমশিংগ হান্ন থৎনব, নজা ইবেমগী হায়ন শিংনখিব-কাসু করিমত লৈতেকো ?

সনা— ঐগ হান্ন শকথং মাইথৎনব হায়ন শিংনব লৈখিব নিপা ওইরবদি করিনো আজ্ঞা নুপীমচাগ চংমিন্নখিদ্রে, ঐগ চংমিন্নখিদৌবনি। সে মমাংদ উইরে. মশান মডক নোমহুন য়ানাংব উংখ্রে, ঐগী ইচাহু জ্ঞান তাত্রিবী নাবা লক্ষা নত্তে, কোইন চত্তুন মপা চাব থিবদ থৎদ্রহুন য়ুমদ ফমহুন ডাই-রিডৈ তাইবং মপুন অতিয়াদৈ থাদবিবকপনি।

নব— মানি অহুনি ঐন খল্লিবসু, ঐখোয়গী ইবেম থম্বাল চাম-নিপাল মানবীগ ঐগ পুকচেল তিন্নরে। নুপীহুগ নিপাহুগ হান্ন মশক থৎনবগুম, হান্ন থৎনদ্রবসু হেক মাইয়োক্লবদ মমিং

মন্নী্তু মিংয়েং তিন্নখিবগুম্ন অম তৌরে। ছিরম অসিদ ইবেম্ম সনাগা ঐগম্মু মিংয়েং তিন্নরে। (সনাদ য়েংই)

লা— ভাইখে পণ্ডিত, ঐগী সনাসিম্ম মুপীনি, আজ্জা নবদ্বীপম্ম পাখ্র হায়দুনি, নখোয়না মিংয়েং তিন্নরগা হেক চৎনদে। কোর্কেক ফাকুন অমুক্ত য়েংবিয়ু, লাইরিক মিংয়েং তিন্নব্রা, নৈবাক্কি অকবগা পূকচেল অমত্ত ওইব্রা য়েংসি।

নব— ( কোর্কেক ফাকুগা ): ভো, সিদ নৈরিবসিনি য়েংউ:— ভেম্পাক ভম্পা লাইনৈমা অভোপা মশাপীক কংলা লম্পাক্ত ওকনি হায়তাপাল। মিংয়েং শমচিননা মোমোন নোক ভাইননা মাংমিন্নকবগা মরাল য়াইতা হনমিন্নরকুন কম্মান তোংমিন্নরনি হায়তাপালা।

লা— অদুদি আজ্জ মখোয়সিবু চেনখিব হায়বদুব্রাও?

নব— চেনখিব হায়বদুদ তারেদনা— হন্দি হল্লকখিনি।

সনা— হনবু হল্লকদব ওইরবদি কয়ানিনো চেনগে চেঙখিসন্নু মাবু অভাং পিশক্ল।

অহা— আজ্জা হনুবগী লাইরিক হন্নুবন হায়ব ব্রা খাজবিনো। মশক খংদব পাখংন নৈশাবী হোইদুন পুখ্রবদি য়েহন মুনব তাবনি ইপা। ঐখোয়বু নিপা নৎত্তব্রা?

লশীং— আজ্জা হন্নুবদি মশক খঙদব পাখংদুগী মীচং ওইবিব্রা? শেল কয়া পীব ওইবগে মীগী মচা শেমদোকপগী।

বস— মামভাং, ময়াম হৌদুন চৎলগা ইনাও নোংপোক নৈমবু থিরুব চুমই। ঐখোয়দি ভসিগী মন্ত ওই হা ওই তৌব আজ্জা নবদ্বীপকি চালাকু য়ানীংদে।

অহাও+লশীং— ঐখোয়স্ না নীংদে, য়ানীংদে— ফাকুব তায়, থিক্লব তায়। কন্নিগী নুপী ইলাই লাইন চেনখিব য়াবিভগে।

লালু— চংলু অওইবনি, খিক্লদি ফাকুসিদ হায়, আজ্জ নবদ্বীপসি ঐ পুন্নীদ চিংনব অম লৈরে। লাইরিক ফন হৈছুনস্থ মমিং অম চুপ্‌দেনে মা। চংলু সন', নং মাং থাও—নুপী চেনব হায়বসি লান্নি— নুপীমচা লশীংনৈ নংস্থ মাংদ চংলু নুপা ঐখোয় তুং থাঙ্গ— নখোয়দ খিস্তং হেক শোকপদ ঐখোয়ন চোংশিল্লক্লগ চোংশিল্লে, চেনব খোক্লবস্থ মীন তাম্নব ফংদনব। (ময়াম চংখি, চৈ মুং পায়ছুন)

নব— (তুং থংন, ভম ভম্ন ইল্লগ): ফন চুম লাইরিক্কি ম্না হায়ব-বস্থ মীবু থাজহনব ভমত্রবদি কন্সু কান্নদে— খভাত্র ঐগী ইমিং অম চুমদে হায়ন লালুপাচিংবন হায়রিবসিবু য়েংথংব ওইরিত্র ওইরা, আনোক অম উপ্লগ চুম্মক্তা! আনোক উপ্লবদি লালুপচিংবনদি ঐগী মিংসি নিংখিন উরোইকো। (তুংদ চংখি মুক্কম মুক্কম শোল্লগ)

সনা— অ জ্জাস্থ নুপীমচাগী মচিন হংব য়াওবিয়ো। লৈথবিহৌর-গেরাও? তুংদ লেপ্লিবদি য়াইদন নুপীন মাং থংলবদে।

নব— লাকচরি লাকচরি সনাথম্বাল! আনোক অমুক্কং উপ্লি। (পরপ পরপ উপ্লগ চংখি)

লালুপচিংবগী কোষ্টীহু কয়া কুইন পুন্সখিদগে অমুক্কং মুন্ন য়েংব তারি।

---

## ২ শুরা উপে

রাজকুমার দিলিপ্প মাং থং, মৈতৈ ফিজোল্দ কেরবী নোংপোক লৈমন মনাদ লৈ নাচোম অম থেং লাকমিন্নে ওইন ওইনন। দিলিপ্প পরপ পরপ চথংখিবদ লৈথজুন তন-শিন্নজুন লৈহৌই তুংদ।

দিলিপ— অমুক লৈথজুন লৈহৌরব্রাও পূর্ব্বাচলগী মুমিংনৈ, চাদ-শিন্ন চথোমজাও উদশিন্ন মিংলাওবী? লাক্লো হায়মি থেংঙ্গে।

নোংপোক— ঐন মপা চান থুম্লক্লবদি শাওবিগে হায়রোইদ্রাও বিলাতী পুংজতোম।

দি— হায়ুনে করিনো অচুম্ব হায়নববু করিগী শাওনরুদনে? শিঙেল লৈরাং নথোয়গী জাং অসিমক্তবু উনাগী মরুমদে মুন মুন নমিং লাওদ্রাও স্কুটরন ঙংব তাবদ জীপকি মথোলন নক-শিল্লকপদ। মতৌদি চথাম অমন ওকচরনি চাক তাংব মতম্নি, হাপ্পু হপ্পুরবদি চাকলুক অহুম শাইদন য়োংপী কুং কুং, ওক্লে কৌবদ হায়দবী।

নোং— চাক চাদ্রিডৈদ চফুদৈ কোংজুন চাব, য়েঙ্গাং শোবদ ডাইরিবজু মহাও তংবদ লৈ পোকপ ইবুংঙো— অতাব অমন তারগ নোক্লখিনি অতুম্ব রাজু গৌদোরক্কনু।

দি— চৈনমুসি রাজৈহ রাতা কজব ডাক্ত ডাংনসি হায়রগ পীরো কদায়নে নঙ্গী পীনিংজুন লৈরব লৈ নাচোমদো, থোইদো শাওগংহল্লনু হৈরাংথোই।

নোং— পূর্ব্বাচলগী পাম্নোইবীদি ঈনায়দ চাব লেৱৈ ভাবু নত্তেয়ে, নবুকচেল ভিংদন ফাব য়ারোইয়ে ভারেং খোই।

দি— ঐন খোয়রিব পুকচেলসিবু কদায়দনো ? ঐবু অহোংব তাৱান কোন্দুন শাব ডথা খোইবাও ? চহি কয়'গী মমাংদ নবুধোগ ইবুধোগ য়ানখিবরানি— নবু ঐডোন্দ থাজরম্মে মরম অহুন নং ঐগীনি— লম হেনগনু ঐগী ইনাক্ত লাও। ঐস ইতিক লৈব নিংথৌমচানি হায়ব নং খঙব্রাও ? করিগী লম হেল্লিবনো মুপীনা ?

নোং— (শাওরপ্ল মমাই লুকথন মনাক্ত চংলগ লেপ্লুই) : মতিক লৈজদবী লাকচরে।

দি— কদায় নঙ্গো লৈ নাচোমহু হর'ও হরাও পীয়ু ঐডোন্দ।
(মখুৎ ভিংথোকই)

নোং— (মখুট্ৰুর্দি পীদন লৈবাক্ত থাদৈ)—

দি— শাওরিব্রা নঙ্গোসে কংফাল ইকাইথবী ?

নোং— শাওজব ইতিকলাও পাংদবীন ময়াং য়োংপাক ? ননিং তম্ন ফুক্কংপিয়ু য়ান্থংপিয়ু, ইমিৎ উইশিন্দুন থাংজগে অয়ো কোবদ হায়জরোই।

দি— ডাইথো মুঙ্গারৈ নঙ্গোসিবু হায়ন শিংনব হৈপাল উপাল মথোংদ হোজগে মশাদ য়েৎচগে হায়নথ্রবকা লৈ লাকপ্রবে ?

নোং— লৈবুদি লৈ হায়ববু চীংদ হোব উপান্দ তম্পাক্তি উন্নী মচান কৈদোদগে ?

দি— অহুন লোইরব্রা ? চীংজাও পুম্নমক তেমথোক্লপ উপাল মথৈ শিং থাননব কংহুনব তায়।

নোং— মতুদবু নত্তে, নোংপোক অনকপদৈ, অৱাং অরাঙ্গদৈ চেঙ-লকপ পাউমু পিথৱ লৈরি— ঐনীদি য়ামথ্রবগোংনি।

দি— কনানো করি লমদৈনো ? মাগী করি মতিক লৈহুন ঐগী রেসন কার্দ মুন্দোঃব্রিবনো ?

নোং— ভাংবম মচানি নোংপোক্লোমদৈ, নংন কৈদোব ভমদগে মতিক লৈরব নিপাহুদা ?

দি— মাগী মতিক্ক করি করি ? থৌন্দন হাইয়ু তাগে, রাজকুমার দিলিপ ঐডোন্দৈ হেন্ন মমল কান হুনব ভমদোরিব নিপাহু কনানো ?

নোং— মখোয়ন হায়রিব— জ্বাং বিজ্রাং খায়দন, অচৌ অপিক নাইদন মী পূম্নমকপু চাব রাংহল্লোই হায়রি ঐখোয় লৈবাক্ত।

দি— নোংপোক লমদ লৈব, অৱাংদ তাব লৈবাক অমত্ত মতুগী কিভাহু তাব ভর্মদ্রি, মচিন্থীব রানি। মরৈবাক ফাওববু মুংডাইহনব ভমদব মখোয়ন মুপী মপামগী লৈবাকপু করম্ন শেমগৎতোরিবনো ? য়েংউ, ঐখোয় পাবুংন ডাকইব স্বাধীন গণরাজ্যদ মী খুদিংমক মতিক চান মথৌ শূরি, মনীং মথা তম্ব ফংই, শেৎপ চাব য়ুম্নাম কৈবান ফত্তব অমত্ত য়াওদে। মতুগী কিভাহু নখোয়গী লৈবাক্তমু থোকহনগনি— মসিনি ঐন নশুংলাঙ্গী হুনগৎপ ভম্মব মমল। পামজ্রগ তোকচৌ।

নোং— শোইহনবদি য়াদেদো রাজকুমার। ইরৈবাক মচাশিংবু পরপ পরপ মুংডাইহম্নব থৌরাং কম্না নংন লৌথৎকদবনি— ভমজ্রবদি—

দি— ঙমত্রবদি মুংশিরবী শকহৈনবী নংবু থাদোক্লম্মগ হিমাল্লয় চীঙ্খোংদ কমত্তুন লাই নীংউগে চদংনন। ঐগী হৌতিক, ঐগী রাশক নং লোইন তারে, ইশকমু মুন্ন উবে নং। হাইয়ু তাস নোংপোক্ত ভাম্ন থোক্লিবী মণিরৈমা, নং ঐবু মুংশিত্রা মুংশিদত্রা ?

নোং— নপাঙ্গল কল্লি কিবিব নত্তে, নরল লৈ হায়বগী মিহৌবিব লাইরবী নত্তে রাজকুমার। নতৌ য়েংগে হায়ত্তুন লক্লবান ইবুংঙো, নঙ্গোন্দি হেন্নথোইদাব মুংশি খুদোন কংনিংব তাইবং পান্দ অতৈ লৈরম্মি থাজত্রে। লৈরম্ব থোক্লবমু পামজরোই, নংন হেন্দোক্ল পেলহল্লনি তাইবংগী অরাম থোরাংব পুম্নমক।

( তারব লৈ নাচোমত্তু লৌথৎলগ ফুরিৎ কোট্ৰ থেংপি কেন য়েংজৈ )

দি— ওঃ, পামদি পাম্মিব রা ওইরে নারক্ত লোংপী চিনিচম্প্র। মত্তুম হায়ন মুপী নংন থনবিরবদ, নিপা ঐন পাম্মুগদব ইরলসি করিনো, ইশাগী ইরলদ নত্তন ইপা ইমাগী মক্লপ মপাঙ্গীমু য়াওন থম্বাল মানবী নমিত্তুদ থুপহল্লীংব জাংনি। নমিৎতুন খিত্তং থান য়েংব লৈরী কারিব নাংমৈ চীন্দোন্দু থবাক্তি ভোংসিন থেম্নব চংব কিদবনে। ইমা ইপান মমল য়াওদন লেমন শীব থরাইসে নশুংলাঙ্গী য়োনবদ পাম্মু দোম্নিব করিগনো ?

নোং— নোংমৈ চীন্দোন্দ কৈদৌবৈ চৎহন্দোরিবা, নথরাইকা মাংথিব য়াদে চম্পকোলা, নোংজুথাদ নথোঙ ফাওব লৈথোম ভোংহল্লোই ইবুংঙো, ঐগী বেগ মমুংদ হাপ্তুন পুনি। লাল জাক্লবমু হাসপাটালদ অবাব শাত্তুন থৈদোক্লমি নংবুদদি।

দি— ইন্দ্রোক্ত খোইথুম্নন নুংশিখ্রেদকো নংসে ইবেম্মা কুব্রাকুম্মানবী, তাইবং শেম্ব মপুগী অচবপ মহৈ নঙ্গোন্দ য়েক্তুন লৈরে হায়ব নংদি থচভিরোইদকো! (মগুক পৈদুন য়েং লৈ)

নোং— মিংশেল মংদ থাদুন য়াম্ন য়েক্লক্লিবনি, ঐন শেমজব ইশকপু ঐ কার থচদদগে। নংন মুংশিরিবদুদি ঐগী খুৎয়েকপুনে, তাইবং মপুগী অচম্ব তীন্দু নত্তেয়ে ইবুংভো।

( নোকমিন্নৈ, মশক শেম্মিন্নৈ মিংশেল অম লোথোক্লগ বেগতগী )

( উতুপ অমমম পায়দুন অহাওব চাব অমদি বসন্ত লাকই পরপ পরপ— হেক উবদ চপ লেপমিন্নরগ )

বসন্ত— ঐথোয়ন অরেম্বদ ব্রান থিরুরিব মথোয়ন সোমদ মুংভাইন মংলান্দ ইরোইরম্মিব, দায়বু হল্লেদা দিয়ার অহাওবচাব।

অহাও— ব্রান থিরুবগী মতিক চান কন্ন য়ৈবিসিনে দিয়ার বসন্ত। ঐদি য়াম্ন শাওখিবনি নচনগী মশক উবদৈ থর ফর্সরা?

বস— ইচনগী মমাইগ উবগ, নিপাসিগী মশক মতোনগ থর চৌং লেমদুন ঈংবগ ঐবু পায়রিব চৈসিন দোপ থাদুন য়ৈব ভমগদ্রা থচদ্রেনহায় দিয়ার। কমদৌরগ শাওশিবা!

অহাও— ঐস্নু খনবিরিবনি করম তৌসিরা। ভাইথো দিয়ার ঐন থচবরে হায়,— মিংন উদ্রবদি য়াম্ন শাওনি হায়, মপা মুন্ন রোংলগ মিং উইশিন্দুন দম দম হেক্ত ফুরগ লোইরে। লাও চংশি করিগী চিংনব।

( চৈ হায়গংলগ মমিং উইদুন মথোয়নীহু চংলকপ উবদ )

নোং— ( মতুংদ দালিপ্প লৈহল্লগ ): করিনো ভাচৌগ ইবুংগন

তৌরকইবসিবো ? ঐভোন্দ পান্দোরে চৈতু থম্মিরে। (চৈ থাদরগ অনীহু মাবু য়েংই ) য়ৈন শুনব য়াব মীতোপ্পু অমত্ত য়াওদেনে, ঐখোয় মীচং ভাক্তনে য়েক্কব থিংনব।

অহাও— কনানো অমসিদে মীতোপ নত্রবদে ?

নোং— মীতোপ নত্তে ঐগী নিপানে ইবুং, ( দিলিপ্ত ) নমস্তে তৌনৌও রাজকুমার মহাকসি ঐগী চান্নবব মরুপ অহাওব-চাবনে।

দিলি— নমস্তে মরুপ চানরব।

অহাও— নমস্তে মরুপ চানব তারব। (তম্ন)

দিলি— নমস্তে ইবাইবু, য়ারোইবব য়াদে, ঐদি থভজরুদ্রে।

বস— নমস্তে, হোয়নে অত্নম হৌনব থভলবদি শাওনংব ফৈদনা। ভাইবংপান্দ শক মুংশিহন্দবসি হৌনব থভদব থকসি থাসি নাইদব হায়তুন মহেল্লবনে। ভাইখো নখোয়নীন করম করম্ন ভাংনরবগে লুহোং খোংদোংবগী রাদি ?

নোং— মদোমদ থল্লুরবদি— থ্বাইগী মম্বৎত— য়ুমদগী ঐন চেম্নো-রকইবসি ওসিগ থান মভানি শুবরিনি তাচৌ।

বস— য়ুমদদি অমুক্তোইন রা থোক্রহৌরবনে। চেনখিব মভানি শুরফাওব রা হন্দোকপ থারক্তবতুদদি মৈ হৌন শাওনরবনে।

অহ— হেক উন্নব মফমদগী য়ৈতুন অমবু থনম্মু, অমতুন থেম্নতুন নিংথিজন পূবিরক্কদ্রা হায়তুন ঐথোয়বু থারকপনি।

বস— য়ৈরম্মু ফুতুন পুরকউ হায়বনি। নখোয়নীন চানব উবসিদ চিংখিব নত্তমানে হায়তুন ঐখোয়নী তনবনে। নত্তে নখোয়বু লুহোংব তারিব্রাও ?

নো — ৫ নী গুরবদ হুজিকপু হোংউহুন কৈপোশবমো তাচৌ, ইকাইরে। চাক কৌব হাংবহুয়া কয়িনো মৌগী মচাসি য়ুমদ অমুক্তং পুরগ অহল লম্মন থর থুরুমহঙ্কিই।

বস — হোয়দ লুহোংব হায়বসি মৌগী মমাংদ লেয়বনি, ময়ামু সাক্ষী ওইহনবনি। সাক্ষী ওইবব অহল লম্মন থর ৫ নী চাক-কৌবদ য়াওহল্লগ লোইরে। অরেম্বদ শেল তিংহল্লুন কাম্র-পোং নত্তে।

নোং— অতুদি তাচৌ ডসিসি ৫ নী চাকৌবব য়ুমদ থম থৌমাং তৌবিবম্মো, ঐখোয় হৈদেম্মী পোংচৈ থর লৈজবকখিগে। নিপাসি মত্তিক মরল লৈ তাব তাবিয়ু তাচৌ।

বস— ফরে অতুদি ঐখোয় হল্লগে। চাক তাংবসিদ মৌদি প'য়াম য়াম্ন পুরক্লমুকো মমিং ওইনবদ— হা?

নোং— ঐখোয় অছমখক্ত লাকনি।

অহা— হায়নখিব মমাংগী ম্না কাওনবদি য়াদেকো শকহেনবী।

( খিত্তং লোয় )

নোং— ঐ করিমত কাওজরোই হৈবুং।

দি— নমস্তে।

বস + অহাং— নমস্তে। ( চংখি )

নোং— অহাও অথুম পোংচৈ থর লৈকনব থৈদেন চংসি রাজ-কুমার।

দি— চংলু চংসি. নংন অপাম্বমথৈ লোইন লৈনি। বেস্কত চং-হনখিব নিপাচু হুজিক ফাওব হল্লক্তে নহায়।

নোং— লম্বীদ উম্মনি চংলসি। ঐখোয় লৈবাকসিদি নিঙোল

মরানী ককা হায়দুন চ'ওখোকচন্থু টৈ চাজনিকো। (চৎখি)

দি— (চংন চংন): নঙ্গী চানরব মরুপ্তু বু করি মমিং হাইয়ে ?

নোং— অহাওব চাব কৌয়ে।

দি— মিষ্টর অহাওব চাবন "হায়নখিব মমাঙ্গী রা কাওনবদি য়া-মেকো শকহেনবী" হায়রম্বদুদ করি রানো নংন কাওজ-রোইদৌরিবরো ?

নোং— মান ঐবু য়াম্ন নীংজৈয়ে। হয়েং ঐন অতোপ্প মী অমদ য়ুম নাইপ্ত্রবম্ব মাবু কাওবিন্থু হায়জখিয়ে। ঐন করিগী কাওরুদগে হায়বদি মশক অম্ব মুম্ব খওখ্রব মীবু করম্ন হেক কাওরম্মগে হায়বনে।

দি— মতোঙ্গী ঐবুন কয়া য়াম্ন হেন্ন মুংশি ? নবুক শেংন হাইন্থু ঐ খরাই মুংশাইগে।

নোং— য়ুমদ লেইব ভেনরা মরোল খোকপগুম্ন ঐন মাবু মুংশি ইচম চম্ন।

দি— ঐবুদি করম্ন মুংশি থাজ মানবা ?

নোং— থাজ ঐঙোন্দ ইঙাল খোকহনবিব কোয়ৌ মুবিংকুম মুংশি-জৈয়ে লাইরবীগী শেঙ্গাও।

দি— খেঙক য়ু দার্গীং, অহুবু ওইরবদি ইরল খঙদে ইপাঙ্গল খঙদে নখুত্ত লোইন তুমজশম্নু। (চংমিয়খি খুৎশম্নন)

---

## ৩ শুবা উপে

চাক্কৌবগী চাক চাব তোক্লহুন ক্বা চানব য়াও মৈথু থক্লব য়াও, মথুং হাম্বদ ভাইব য়াও, মবুক নানব য়াও থো-রক্লগ য়ায়ী শাহুন ফম্লে। কনান চাক য়েঙ্গাং হাওবগী থাগৎলি, কনান চাক য়াম্ল চামনবগী ফত্তবগী য়ায়ী শাই, কনান নিঙোল মরাগী মশক মতৌ মভিক মগুণ থাগৎলি। লালুপচিংবন মাং থারহুন নবদ্বীপ, তুরেঙ্গাও, অহাওবচাব, বসন্ত, লশীংলৈ, সনা, কেম্পুন রঞ্জিং থোরকই।

লালুপ— য়ারৌবিব য়াদে আজ্ঞাথোয়স্থু মিঞা সাহেবথোয়স্থু, চাক য়েঙ্গ্‌'ং য়াম্মনখ্রহুন জুগাৎ চাথিদ্রে,— লৈজহুন তোব নত্তে. চাক ভাংবসিদ য়াওহন্নিব মী য়াম্মনখ্রহুন মফম মরাং থংভথিদ্রে।

তুরে— ওস্থোক্ল হাওখ্রে তাদ লালুপচিংব, লেম্ল চাবগীদি হাওমন-খ্রপোৎনি— মপোৎ মচৈন য়াম্ল লাংইব, য়েঙ্গাং মথেলন য়াম্মিব, বামন বুজ্জারীন হৈমন্দবগী, পাংমন্দবগী চাভম থর থঙদে হায়বতুচাই। ভা মথেল থর থর হাওবমথৈদি মুপী অঙাং ময়াম কম্ব পারেংলোমদ চংথিবদৈ অহুম লম্মাংনখ্রে। করিনো ঐখোয়গী মাইকৈদোমদদি হঙ্গ'ম থোংব, উতী, লফু ইরোনব হেক্ত হৈথবনিনে— চাব ঙম্নদহুন চাকলুক্ত পৈহুন লৈহৌই।

লালু— থঙদ্রে ইবুংঙো হাওখ্রে, চাব ঙম্নদ্রে ভাক্ত হায়নখ্রে।

ঐখোয়বু মুংশিবিহুন বার্তোনগী মী পুম্নমক নোক্লবিব অমত্ত য়াওদে, থাগংপিব চাক্ত চাইখ্রে।

নব— নংন ভোগ্রব কর্মন নংন ফংজব হায়হুনি লালুপচিংব। শরেং থোংব, রেী থোংববু মী অমত্ত থাবৈ মচা অম চাব ওয়দে হায়ব— সোদিবাইকাব থাক্লে হায়হুন কয়াদি ফজন থোংখ্র- বগে হায়ববু বুজ্রাগী ইবুংডোশিংহুন— চাকপু ভেকচাও ভেকচাও লেমহৌরেদন। নরল নৈখ্রমানেদ লালুপচিংব ইবুংঙো নংসে, শিনব লাংবন হৈরিব, মুপীন মশক ফজব লৌরিব, নচামুপীন জ্ঞান নৈরিব। অতুক য়াম্ব মীহ্ বামোন অশিংবশিংবু থোংহনবন চাক য়েঙ্গাং ওক্লোইদোবোই নীংবহ্ লোম্লেদনা।

সনা— ঐখোয় আজ্ঞা নবদ্বীপ্তি হকচাংবু ওম্থোক্ল মমুং শেংইমানে চাকহাপ খুদিংগী অমুক্ত খুৎ থন্দেনে।

নব— ইবেমম্মা চাক মথেলদি য়াম্বনিন মনম থর হম্বব ম্যাওরমগ্রা য়েংবদৈ তোখ্রিবনি। অঙ্গাগী অঙ্গা ওইরম্মি গুদাম ভিম্ন- মানে। পাম্মুখ্রেদা অরেম্বদ লেঙ্খোরিব চাক য়েঙ্গং ময়ামদো চাক্তাং থাদ।

সনা— চাক য়েঙ্গাং পুব ওম্বমথৈ পুবিখিব ম্যানিয়ে আজ্ঞা।

নব— চাক য়েঙ্গাং অরেম্বদ মাংহনগমু নিংথিন থমজিল্লু সনা— হয়েং ফাওব নখোয় ইমুংগী চানব ওক্লনি; ঐখোয়গীদি সন ইরোই, হুই হৌদোং লোইদবনিনা চাবিনব নৈজদে পুম্বঃরাই।

বসন্ত— ঐখোয়গী মরূপ অহাওবচাবনি করিনো। ঙসিদি ঙাব্ ইচা চাদে ইচম চৎ চক্ষ্ংকুপ্ত উত্তীপ্তত থরদ চারগ তোকইনে। ইহাও হাওত্রবা করিনো ?

অহা— য়াম্ন হাওবিখ্রে বসন্ত বাবু। ইথরাইসি নুংঙাইবিদবগী করিমত্তবু মহ'ও খঙবনি— অহুবু পংচাহুম চাখ্রে চাবনি কাওহুন শান্নবগুম থল্লুরে।

বস— ইবেম্ম নংদি কমদোই য়েঙ্খাংশিংহু ইহৈ হৈনত্রাও লশীংলৈ।

লশীং— চাব হৈত্তে হায়খিনি হায়বগী নুংশা থীবিহুন ঐদি – পংচা চাবিবনে— চাক লাম্ননিন অপুম্ব চেংসু হাওবিরে চেং ঙাংবগী ঙা খোংবদ উত্তী থাকপসু পংহাও হাওবনে। ঐদি হয়েং কাওব চাক করিসু চাবিদব ঙমগনি।

লা— ঐদি হরাওবনখ্রহুন আজ্ঞা নবদ্বীপ রাথল অমবু ইত্তো তোহোদে। ঙসিদি জাং বিজ্ঞাত করিমত্ত থাইদন মী পুম্ন-মকসি ফম্মিন্নহুন চাক চাবেদো। হয়েং ভুংদ লৈবাক্ক ঐক ফত্তে মাংই শেংই হাঙহুন বেয়া তোনরকত্রা ?

নব— মাংব শেংব, ফব ফত্তবগী রাথলসি অচৌ অশাং, অঙম অখো য়াওরবদি কনান থিগংলকপ মতিক্রোদা লালুপচিংব! থিগংপিনববু লৈত্রবদি অফব অয়াব ঙাক্তনি। রা ওইন থল্লুনু তুমিন্ন লৈখোকউ। দক্ষিনা ঙাইখিত্রা তুমেল্লাও ঐখোয়বু হল্লসিরা ?

তুমে— লিঙোল মর'হু মশকসু য়েংখিনি, দক্ষিনাসু মায় তৌনি হায়ব তারি, ঙাইখো আজ্ঞা পংফিং ফিংদংকহু।

লা— আজ্ঞা লিপাম্মচাহুব ঙমজব মায়দোব নত্তে, খর খবদং চাগী থরচতসু ওইনব কচ্চরব য়াই— মহুদদি ঙাইবিখো।

সনা— করিনো দক্ষিনাদন তুপী লোল্লগী ইমাক খুল্লিব অজ্ঞান দক্ষিনা য়াওদন হনবিদোবিবরে ? ঐথোয়বী ইমানিপাসা ভাব তাবিয়— মীওং অমনি— ময়ান্ন ফনককপ পাও তারগ হায়েং তুংদ নিংডমহৌরোই । ইবুংঙো কেপ্পুন রাজং নাবু চৌকিদ ফম্মোনে । ময়ামস্থু চেং য়েনবগী লেপ্পদোন করিনো ফমকম কোম্লব্রবাও— লেংশল্লে ? ইবুংঙো নংদি হাকথং ওইন ঐথোয়গী নিপাম্মচাগ তিন্নবানিন থডইনি— মহাকসিবু করম মীতানো ইনেমসিদ অমুক্ত তাকউনে— ময়ামস্থু তাসগু খেরা লৈতে ।

রঞ্জিং— থাগৎপাদি নত্তে, রাজকুমার দিলিপ, মদুকাল চাওব মতিক মগুণ লৈব, 'নিংথৌগী' ধর্ম্ম কায়দব য়ম্ন লেম্ব রাজকুমারনি । লৈতব লাইরব মীন শেল থুম পাংচৈ নিরুবদ পাম্মুব লৈতন পীথোক্কনব নিপানি । খিত্তং শাওগাল্লিদি হায়গত্রা থাজব হাৎপ লৌনম চাওব মীপদি । মান শাওখ্রবদ থেমজিনব থর লুই । ঙসি ময়ামদ দান তৌনি হায়ত্থন বেক্কত শেল য়াম্ন থনম্মে, চেক ওইন পীরনি । লৈতব লাইরব প্রজাশিংন অপাম অপাম্ব, পোৎ থডদে শেল থডদে— নিবিহৌ মথরাই মুংডাইব মুমিৎসিদ । মবুক অস্মুক্কি মতিক কৈ মহুদি মীন মাবু পডই হাম্নব য়াই, পডবদি নাত্তু মহাক । মহাক্কা তিম্নবিগে হায়রবদি ধর্ম্ম কায়বিবদি য়াদে । এঃ, লেংবু লেংথোরক্লে ।

(ময়াম মুম তাম্নরম্বদগী লাকপ উহন হৌগত্তুন য়েংনৈ)

ওকই তরাম তরাম দিলিপ অমদি নোংপোকলৈসবু। নিংখৌ মান্ন আজমেরী য়েন্নুন কোট, ট্রাউজর শেত্তুন থোরকই। লৈমন সারী শেত্তুন বাঙ্গালী নুপী ওই মেমসুবী ওই কেচুন লাকমিন্নৈ।

দিলিপ— (ময়ামগী মনাক্ত য়েৌরক্লগা): ময়াম্মক্ক য়াম্ম য়ান ঙাইবিরম্মে নীংই, ঐ শপ্লপ্প খুরুমজরে, নমস্তে, ( মখুৎ লোৱৈ ) ঙকশমদ উবীং অম থুংসত্নুন নোঙ্গব য়াজম্রে য়ারৌবিম্ম।

লালু— ইমাক ইবুংঙো চৌকদ লেংশিনবিসি। দক্ষিনাগী মচুৎ ওইন ঙসি লুহোংব মতুং ৫ নী চাক্কৌব মমিৎসিদ মমাক ইবুংঙোন প্রজা ময়ামদ করি করিনো অপাম অপাম্ব নিনবিব য়ানি হায়ন তাকপিরি। য়াগী ময়েক পুক্নিংদ লৈবচুদ হায়জখনি, নাপঙগী য় নত্তে। য়ারৌবিচুন মমল য়াম্ম য়াম্মব পোংচৈদি নীংবরক্তুবো পীক্ক পীক্ক নীনচুন পুকচেল চাওনসি।

তুরেঙ্গাও— পুকচেল চাওরব রাজকুমার, পূর্ব্বাচলগী মমাক ইবুংঙো, য়েনপ্রজা ময়াম অমগী মপি মপা শকপিদোরিব ইবুংঙো। য়েনবীন য়েরুম কোনবগুম লাইরব ঐথোয়বু কোনবিয়ু। নঙ্গী লুহোংবদ করি খোইদোকপ কৎনিংঙাই লৈজদবন য়েরুম খরগ হিদাক মনা মপুন ১০ দংগ কচ্চবনি লৈজদবন। অঙম্ব ইবুংঙোন চানবিচুন পূর্ব্বাচলগী চাক য়েঙ্গাং, ঙা য়েরুম, চিনি সাঙ্গাম ঘীনচিংব মঙ ওইব চিঙ্গাক হুনাববগী ঠিকাচু ননাই ঐথোন্দ পীবিয়ু।

দি— অশেংব পোং, য়ান্দব অফব পীব তাম্ম, অকক্লব মমলদ। অচু ঙমদোব লৈরবদি ঠিকাচু নংন লোব য়ানি। নংন পীব

ঙমদোব মমল পোং থুদিংগী ইরগ চয়েং আকিষ্ট পীরো।

তু— তুদি নমাই ঐ হপ্তারে, (মথুং লোইরে) নমস্তে। (চৎখিবদ) তাঙাং লালুপচিংব ইবুংঙো, নমাক ইবুংঙোসিদি ওংম্বোক্ল কখ্রে, ওংম্বোক্ল মবুকতেদ চাওংখ্রে। নরাইবক কৈদকো সনা ইবেম্ম, তাঙাং!

লালু— তোয়নে মিঞা সাহেব খোয় ময়াম চংতুন ফজরিব লাই-বকসে মচেং মচেং ফক্লব লাক্লবিয়ু—। (লেংম্ল) ঐখোয় আজ্ঞাম্ব অপান্থ অমত্তদি নীবিসি, থনক্কম থঙবি-ত্রবাও? ঐগী সনাসি নত্তব কোরী, লুপা, পিথাইগী পোং পূর্ব্বাচলসিদ অমত্ত লৈত্রবাও?

নবদ্বীপ— যুবারাজ, ঐগীদি লম্নাইগী ওইন অপান্থ থইদাকপ লৈজদে, চহি ২০ মুক্তং লোথোক্তুন নগা হইখংহনব কনানম্ব ঙম্মোইদবনিন। অত্তবু লাইরব ইবৈবাক মচাশিংগী মত্তেং থরদি পীনিংই। ময়ুম শাব ঙমদতুন নাং যুব ময়ুশাংদ, শঙ্গোন্দ মী লিশীং কয়া কয়া লৈনবি, মথুং মশা ইহব মী কয়া কয়া হোদোক্লব শেল্লেপ লৈজদবগী য়ুদ্বান জুগোৎ চাদন মাংই। মখোয়শিংসিদ য়ুম শানব অমস্তুং খুংশা হৈবগী থবক নিংখিন পায়খংনব লুপা লিশী ৫ থদদে ১০ থঙদে থঙবিরবদি পূর্ব্বাচলগী লৈত লাইরবসি চহি ৪/৫ গী মন্নুংদ মৈরা চমত্তুন পিবদ উরোই হায়ন নীংই।

দি— অহলন তাকপিরিব বাত্থ য়াম্ম কজখ্রব কাম্রখ্রদোব রানি। মহুৎ শেল য়েনবগী থবক্তু ধর্ম্ম লৈরব তুং শাংখ্রব মাংন তেলহোৌরব অহলন পুবিয়ু। মতিক মতিক চাব মী থল্লগ

খেলসু মত্তিক মত্তিক চান থংবিয়ু-- অপূব মীন শেল মাং- হন্দন ময়ুমসু শাহৌব ভুম্বব, থবক শূত্নন শেল ফংজনব অমসুং লৈব ক্কি পোংথোকসু হেঙ্গংনব।

লী— মতদমী হেম্ন লৈবাক চাওখৎনব তৌনিংঙাই থবক্তি লৈবু লৈরেত্না হা গুরুজী! লাইরবশিংবু ময়ুম শানব শেলগী মতেং পীবিব, মবুক থম্নব থবক পায়খৎপদ হৌরোক্লব শেল থংবিব — অসুক ফজব থবক্তি মতম ফাওব থোক্লোই।

নব— মবুক শেংব মীন মসিগুম্ব থবকসি শিল্লবদি পরপ পরপ চাওগত্রব লৈবোই।

দি— মাখি, মীচং মীথাঙ্ক নাইদন, মীশক মীমাই য়েংদন মত্তিক চাব মীন শেলশিংভু থংবিরদি লাইরবশিংগী হৌদোকলব ফরব পাইখিনি ধর্ম্ম লৈরবব অহলন মীচং মীথাই নাইদন থবক্তি শিনবিনি নংঙ্কে। অরাংপ শেল পূম্নমক বেঙ্কগী লৌবিব য়াবি। লুপ লাখ অনীন অহানব হৌদোক্লবিয়ু।

( চেক ইরগ পী )

লৈ— ঐংথাগী গুরুজীন শিল্লবদি থবকসি পোইরোই—নত্তে যোগী দৌম য়ুম পাল্লে, নুপী অডাং মরী মডা মীচং চংনিংঙাই খোঙ্গৌরোকপ লৈত্রে, মতুংদ লৈরকপদি থডত্রেকো।

নব— ঐদি মতাংসিদ লামূপ চংব লৈবাক্কি অরুব থবক, থাজনব মীশত্রদ পুগদবত্র ইত্তো শিল্লবদ বিশ্বাঘাটক্কি থবক তৌনিং- ঙাইদবসি ঐঙোন্দগী হেনব মী অতৈ পংচোং চোংথোকপ ডাম্ম ইদ হুজুক্ত, তুংদদি থডদেকো, হুজিকমক্তি থম্মোইসি হোগাইদ্রন য়েংনবদ দেশ ভক্ত হায়ত্বন ইরম্বদ লৈয়ে। (চেক

পায়শিল্লি) অত্তদি যুব'বাক্ত মঙ্গল ওইবিয়ু, মতম কুইন পুন্সি-
তুন লৈবাক্কি সেবা তৌবিথো। হঙ্গরে লাপ্লুপচিংব, কো
ইবেম্ম সনা— কোম্ন হ'ল্লী শা'স, ঐ রা খণ্ডব মী নত্তে,
ইচিম্না ও ঐথোয় তাম্নগ থোক্কদব ডাক্তনি। নমস্তে—
(চংখি) জয়, দয়াময় ভগবান— নহা ওইনিংখ্রেদা; কল্লকইদা!
(কপ্পুন চংখি)

সনা— ঐদি করি থবক পীদৌরি ইম্মা ইবুংঙো?

দি— ইমাসিজগীদি— মুপী পুন্নমক্কি য়াইফনব শিনব থবক পায়-
বিরো। রাগদব নত্ত, লাইরিক লাইম্মু থর হৈবী লৈশাবী
নত্রগ মৌনহা থর হাপ্লগ ইরাই লাইন তৌবিব য়াদি।

সনা— ঐন হৈগদব থবক্র'ও? করি করি তৌগদবনো?

দি— মশক মতৌ য়েংব মুংঙাইবী মাফ নাম্ন শেংপী লৈশাবী
নত্রগ মৌনহাশিংতু কারদ হাপ্পুন পুবিরগ— লৌরাই থরাইদ
কোইপু পুতুন চংলগ "চাওখংলো চাওখংলো" হায়তুন লাও-
বিক্লরগ লোইরে চয়োল অমদ অমুক্তং। তোলোব চাওন
চাওন চাহল্লবদি মথোয়স্ু কেন কার তোংতুন চংপসি হরাও
হরাও য়ানি।

লা— নংন হৈনগদব থবকমক্কি হায় মত্তুদি সনা।

সনা— মুপীমচা লশী লৈ, নংস্মু ইমাগ কার তোংতুন চংপ থর
য়াওকে?

লশীং— য়াওজনি ইমাশি। রারেম ডাংব, শক উংপ ঐস্ু য়াম্ন
হৈজে।

দি— ইবেম্মা নঙ্গীস্ু তোডানব থবক অম পীগে।

লশীং— ঐখোনি কদি থবক পীবিসিরা ?

দি— লুহোংবগী লাইসেন্স পীব অফিসার ওইব য়াদি। মুশীন চহি ৩০ শুদ্রিব মথৈ নিপাস ৩৫ শুদ্রিব মথৈ লুহোংব য়াদব। চহি শুদন লুহোংব মথৈ জেলদ চহি শুদ্রিব ফাওব তোডান তোঙাম্ন থদ্বিব।

সনা— মচুদি কদ্রিগীনো হৈবুড়ো ?

দি— চাক তাংদনবনি হৈমাসি। মমাংদৈদ লান তোইন তৌনচুন অমসুং শন্দোকপ লাইনান লান্দারকুন মীয়াম তাকু তক্ক শিংনবচু তোইরম্মি। চুঙ্ক্তি মচু কয়া তোইদ্রবনিন চাক লাম্ব ফনব নোংমৈ মরু পীজংস্নু কান্নদ্রবনিন লুহোংব য়াব চহিসি ৩০/৩৫ দ হায়গত্তব দাদ্রবনি— অডাং মশীং য়াম্মক্তনব।

লশীং— লুহোংবৈ লাইসেন্স ফিদি লুপা কয়া কয়া লৌসরা ?

দি— লুপা ১০০ দগী ১০০০ ফাওব লৌব তায়। মী য়ামদন লাংদন হৈসম চয় হোংব জাংকি লুপা ৫০, নাপল তৌচুন শামু শগোল কার মাইক বেন্দ পার্টি য়াওব, শেল চাইব, নোংমৈ কাপ্প, বাত্তোন্দ থবক লৈবোকপ মী লিশীং য়োংহন্দুন লৈবাক্তী পোংথোক য়াংহনব, হকচাংদ কায়দব অথুম অহাও হাপ্পিন্দুন হাসপাটালদ ওংলগদব লুহোংব জাং অচুন লুপা ১০০০ অম লৌব তায়।

লশীং— লুহোংদোরিব বোর কন্যাগী মশা কৈ ফস্তে, লুহোংবদ মতিক চারে চাদে হায়ব ডাক্তরন য়েংবগী ফিদি লুপা ১০০ চুদ য়াওরব্রা ?

দি— য়াওরে। লৈবাক্কি থৌওইন থম্ব অথয়ব ডাক্তরন য়েংগদ-

বনি, লম্লাই নেক্রুফপ ডাক্তরগী সার্টিফিকেট্ট লুহোংব য়ারোই —লাইনা লন্দোক্তনব, মতিক চাদব অভাং পোক্তনব।

লা— নিশাম্মগা বসন্ত, নংস্থু নাশন ইবুংভোদৈ ওল্লিদৈদ নকম অমত্তং পালহোদনা— করিনো নংবু থাবন্দ ভূম্বিত্রাও? মুংভাইগে য়াইফগে হায়রবদি মাইদ কোন তোপ্লে', পাউদর তৈবন কান্নবোইয়ে।

বস—মামভাং ঐবু লাইরিক লাইশুশু পংযাম য়াম্ন হৈহৌদে কৰির থবক্লো ঐন পীয়ু হায়গদবসিবো? ঐন হৈগদবসি করিনো থল্লিবনি।

দি— ঐথোয় ইবাইন পূর্ব্বাচলগী অভংশিন তম্নব লাইরিকি লম্বী সেম্বসি পায়বিরে', তম্নব লাইরিক থনব, তম্বিদৌব ওঝা থনব, স্কুল লিঙ্খংপ লম লমদ। থবক্তি থর লুব জাংনি, লৈবাক অম চাওথংহনগে হায়রবদি নহারোলগী তম্নব লম্বীসি নিংথিন থমদব য়াদে।

বস— থভদেনে মামভাং ঐবু হৈতহুন হয়েং মীগী মমাংদ পংচোপ চোপ্তুন তেক্লগদ্রা!

লা— থপভবসিদে, হৈতববুদি লায়বনি, অয়াং লোমদৈ অহৈব মী থবক শিনবিনব হিমালয় চীংথোংদৈ সবস্বাস্ত চাক্ত চেম্থোক-পিগেনে— মীন মংভান্দ তর্ক তৌব কিনদৌব জাং। মীন নোক্লব, মীন ভাংনবসিদি ননা ওইন তাক্লনো তোপোব শোইদ্রগ লোইরে, শেনথুন য়াম্মগ লোইরবনে।

নোং— পাবুংস্থু ফম অমত্তংদি নাইবিহৌও, থুদোং চাব হায়বসি পাক পাক ফংব নত্তে। হয়েং মফম চাওব অতৈন থবক অমত্ত পায়ত্রবদি পাবুংবু উশিংলকওইয়ে।

দি— পাবুন ওইবিগদবা ফমদি হাইকোর্ট জজ ওইবিয়ে। পূর্বিচপদ্দ রাথোক্লবা কাংবুশিংন মথোয়না পাম্ব বিচারপতি ১ নত্রগ ৩ থল্লগ থংনরিবা য়াফমতু শম্ম তেনশিন্নগদবনি। মতুদ য়ানমক- ত্রবদি পাবুংব আপীল তৌনবক্লদবনি। নেকপ মাব জজ ১০ মুক্তং হাইকোর্টকি মথাদ থম্ব তায়।

লালু— ঐদী ইথাদ নৈদোরিবা জজ ১০ চুদি ঐ হাপচরগেকো— ইমাক ইবুংডে?

দি— ফনি ইকু ইবুংডে।

নোং— ইবুং অহাওবা চাবদি য়ারৌরবাও— অপাম্ব অমত্তদি হায়বিয়ে।

অহাও— কোংন হায়বা ইকাইবিরে। হাইযু হায়রবদি নোম্ম হায়বিগেনা।

নোং— লাওনে করিনো হায়রনে নবুক নোংবা, নঙ্গী অপাম্বদো। (পুখোকথি)

অহাও— ঐন পাম্বিবদি— শকাহেনবী নংন ঐবু মুংশিবিবনে। ঐন নংবু মুংশিবদ শাওপিকনো।

নোং— অহম মুংশিয়ো বেবা নৈতোয়। ঐগু করিমত কাও- য়োইয়ে। মুংশিবদনদি পুক পনবা য়াদে য়ুম্বান চাওথংপ য়াদে, মরম অতুন অহাওবা চাব ফংনবা নকম অচোব অম পাইহৌও ভান চারিডৈদ।

অহাও— অহাওবা চানবা ফমদি তুরেঙ্গাও মিয়ান ওইবিখ্রেনো— ঐদি করি ওইসির ।

নোং— ঙাইখে ঐ ওম্থে ক্লব য়াত্র হংখিগে। রাজকুমার, ইবুং অহাওব চাবদ চিঙ্খাক পান্নবৈ কবকসি তুরেঙ্খাও মিঞাদৈ লোৎথোক্লগ পীব য়ারোইদ্র'ও ? খর য়াহল্লো হায়ব ?

দি — য়াব য়াই— মশাদ অমুক্তংদি কোহ্ণুন হংখিব তায়। কেপ্তেন রঞ্জিং তুরেল্লাও কৌক্ল।

রঞ্জিং— য়েস সার। (সলাম তৌরগ চৎখি)

লা— শেল চারোইনব মবুক শেংব জজ তরাখক্তং ঐন পূর্ব্বাচলদৈ থিদোৎসি লুদি লুখ্রেদা। ওইনিংব মতৌ মান্দোব মীদ পংলৈ লৈরমগনিকো হা সনা ?

সনা— জজনি হায়হুন মৌনহ নত্রপ লৈশাবীকাদি হাপকে থন-বিরুন্নুকো মাগী পাবুং।

লা— তাদমক তাও, হাইকোর্ট ঐন বিচার তৌব মতমদ নং য়েৎ-লক্লু ইংবম্বা, লৈবাক্ল য়াম্ম থিন ঙাংনৈ। মবুক শেংব থনব তারবদি মুংথিল পোবোপ্ত মৈরা চমহুন থিব হায়বহু নত্রবাদ ফংবদি রাদোরিদা! খংদেনে মুপাগ মুপীগাসিবু— মুপীন মবুক শেংব খর হেল্লিদ্র ?

সনা— মুপীনবু কনান মবুক শেংজক্লগবনো।

লা— অহুদি নংস্থ ঐঙোন্দ নবুক শেংদব তারেনে ! নং লাই প্রসাদি খুন্দুন আজ্ঞা নবদ্বীপ থোয়দ লৈক্লরগেরা ? মীঙোন্দ য়ুম শাবগী লোন, ইন্দস্ত্রীগী লোন পীবদ মীশক থন্দোক থঙ্গিন তৌব য়াওক্লবোনে পাম্মবদি।

সনা— য়াওরোই, জজ থনবদ য়াওনি। বিচারগী রানোম্ব লাক-পদ অমুক্তং পোংহুন শরেং চাগে শেমক্লিব কুইরব পোংনি।

লা— ঐবু অহনথংদ চৌপ্তোশরুক ইকমসি কংখোকহৌরসিন্না থভদ্রে !

লশীং— দিয়ার বসন্ত, অসুন্নাইদ অসুম কোইখোকপিসিন্না ? নংবু চহি ৩২ শুদ্রিবা ?

বস— কৈনে চা থকউসি, চহিদি ৩০ মুক্ত ঙাইরি।

লশীং— চহি মঙাহু পূব তারে মেট্রিক সার্টিফিকেট অম শারগ। সার্টিফিকেট নম্মগ য়োল্লবদি ওঝ ওইনিংব মী কয়া কয়ান নংবু থাগৎপিগনি। ঐস্ত আজ্ঞা নবদ্বীপ্তুগী চহি তরাথরুং রাইরুব তায়।

বস— তুমিন্ন লৈয়ু, ওঝা ফত্রবদি সার্টিফিকেটন লাইরিক তম্বিয়ু য়াগদ্র ?

লা— ছাত্রনবু ওঝা অহৈব মানবদ করি হায়ব ঙমসিব ? মীপী রা থঙবিদে, ঐগীদি বি, এ, গী সার্টিফিকেট অমা পীদব য়াদে, লৈকে হায়রবস্থ লৈপিয়ু।

বস— স্কুলগীদবু কদায়নো হান্নবনি। বি, এ, গী সার্টিফিকেট ওই-রবদি— নঙ্গী নহুত্ত ঐন পরীক্ষ থারুথ তারেদবা।

ল— ওহ, মহুন্ন ভৌবিসি। (চৎমিন্নখি)

(রশ্মিংন তুরেঙ্গাও পুহুন লাকই. তুরেঙ্গাওন নমস্তে তৌই)

দি— মিন্না সাহেব, নঙ্গী অচা অথক হুনবগী থবকু মিষ্টর অহাওব চাবদ পীব তারে। নঙ্গী অফব থবক অম পীগে।

তু— মত্রক্ত ননাই ঐদি অকরুব মমলদ পূর্বাচলগী ফৌ অহেনব মথৈ পুন্ন রাজিলুরেদে। হয়েং নোংজু থাদ চাক তাংদনব হায়হুন।

দি— নঙ্গী করিসু মাংওই, মন্দা লুপা। অমম্ম হাপ্পুন লৈহনগনি লৈবাক্কি শুদামদ থমজিন্নব। নঙ্গী থবক্তু ঐন মিৎয়ৈ অহাওব চাবদ পীখ্রে। মান তৌব তারে— অতুগ নংন লাম্মীগী কর্ণেল, ওইতুন জেনেরেল রঙ্গিংকি মথাদ লৈব তারে। থবক্তি নংন লোইন পুগদবনি। নঙ্গী নমিং অশেংব করিনো?

তুরে— ননাই ঐগী তুবেঙ্গাও হায়ব মিংসি লৈকাইন খোনবিবনি —ঈনৌ তাবদ তুরেন্ন চাওথংলকপগুম ঙাওই হায়দুন।

লা— নঙ্গী বাবা খোয়ন বিবি খোয়ম খোনবিব মিং অশেংবতু হাইদুনা।

তু— বাবান খোনবিব মিংদি আয়ুব কৌই. ইমিং চৎলু হায়ব লৈ হায়দুন আয়ুব হায়ব মিংসি ঐন লোৎচবনি।

দি— অশেংব নমিংতু তাক্লবনি, নবুক মাংব অচোপ্প থংক তৌব য়াদে— নখুত্ত পূর্ব্বাচলগী থৱাই মম্নামসি শিম্নরবনি কর্ণেল আয়ুব ওসিদগী। রায়েন পুরেন পাবুংগী মাংদ নবুক শেং-গনি হায়দুন রাশকউ।

তু— কর্ণেল আয়ুব ঐডোন্দ শিম্নরিব লৈবাক্কি য়েক্লব ঙাক্লব থবকসি ইবুক শেংন পুক্কনি অল্লাকি কসম। ইথক্ত লৈব আফিসারশিংন হায়ব ইঙ্গনি অল্লাগী কসম।

দি— করে অতুদি মাগী মাগী মথৌ নিংখিন পাংনব লাক্লিরো। ঐখোয়গী পূম্নমক্ক লিংজেল মান্নন ইবুক শেংন লৈবাক্কি সেবা তৌরবদদ লৈবাক অসি সুংঙাইগদবনি। নংন রাল্লুব কৌতু

কর্ণেল আয়ুব মিষ্টর অহাওব চাবদ পিয়রু — মান লৈবাক্কি চুমথো পায়রগদৌবনি। জেনেরেল রঞ্জিৎ নংন কর্ণেল আয়ুবকি মথৌ তাকউ,— ট্রেনীং থরম্মু পীরু। (চংনখি)

লা— সনা ইমানীস্থ ইথৌ ইথৌ নিংথিন পাংনব ভয়ব রাথল তৌনরুসি। নঙোন্দ ঐন য়েক্তব, নংন ঐঙোন্দ য়েক্তবা।

সনা— ঐন কার তোংহুন লৈবাক শেম্বগী টুর চৎপদ মুমিৎ ৭/৮ নি হল্লক্তব বেরা তৌব য়াদে হায়দে হায়নি, রামাং য়ানহৌরিবসিনি ।

লা— তান চাদহুন লৈথোরক— লম্বীদ থোঙ য়াদহুন বেরা তৌব, কার অমনবহু শেমদব য়াদবগী রান অমনি; অহুদি নত্তুন ৭/৮ নি ফাইহুন লৈথোরক্কদবগী ছূটি হায় নিরিবহুবু নবুক শেংইব হায়হুরাও ? নংন অহুম তৌরবদি ঐস্থু রামাং য়ানহৌদব য়াদ্রে,— হয়েং থংনবগী বিচার হায়বসি মুস্মীগী রাথোক কয়া য়াওরক্কনিদো, অহুন বিচার নিংথিন তৌব য়ানব মৌনহা মশা নানব ৪/৫ জজ হাপহৌদব য়াদে ঐস্থু।

সনা— হাপচৌ বেরা লৈতে, ঐস্থু নহা পাথং লাইব্রিক হৈব নেকটাই পুনব ১০ মুক কেরানী হাপকনি কেথে।

লা— বস. মাগী মাগী খুসী। (চৎমিন্নখি ক্কি ক্কি কামহুন)

নোং— মরীমত্তা মরুপ মপাং ভাক্তে থবক অচৌ অচৌবদ হাপচিল্লিবসি হয়েং মৈ য়াম্ন য়ানরক্তুবদি কদৌনি রাজকুমার ?

দি— লৈবাক্ক য়াদব, থবক্ত মতিক চাদবমথৈ পাক পাক লৌথোক্লগ লোইরে লৈম। চংসি হরা চাক্কসি তুরেন মপান্দ। লৈবাক শেম্ব লোইরে মথন্দ হোজরক্লনি হঙ্গাম হরাইমতোনগুম। (চৎমিন্নখি মথুং শন্নহুন)

---

# ৪ শুন্না উপে

লশীংগৈ, ময়ুম সরকারন পীবদা, সুমিদাংরাই মবুং অহাওব চাংবগ ব্রারী শারী। মফম চংওবব ডাক্তরনিন মক্কি মরোঙ্গ নাল্লে, মেম সাহেব মতৌ মাল্লে। চৌকী অমমমদ ফম্মি, মমাংদ থাম্বিব মেজতুদ টেলিফোন তৌনব মপোং মচৈ লৈ।

লশীংগৈ— পূর্ব্বাচলদ চাক অতুক তাংবিবদি করি মরম ওইসিরা ঐগী ইবুং? লৈবাক মীয়াম্ম ঐগী ইপুংন শো পাম্নরিবনি হায়বগী পংশাও শাওপিরোইরা?

অহাওব - ইয়া! ঐন তৌপিপদ নত্তুন করিগী পংশাও শাওপিব য়াব্র? মথোয় অঙম্বা খুদিংমক কনানসু মপূক শেংন থবক তৌপিদে। চেং মথৈ পূর্ব্বাচলগী মপান্দ হৌরা তোংচুন কোইহনখিসি, মশা ফরকব হায়পনে মথোয়ন। ঐন হায়-পিরে, হয়েং চানব ব্রাংসপদি করম তৌসিরা? মথোয়ন হায়পিরে, অচৌব লৈপাক কয়াদৈ মশা ফব চেং কয়া কয়া লাক্কনি করি ব্রাংকনি। অতুকদি টাইফোইদ ফিভরন নারব ডাক্ত থব খিজিক্ত হল্লকপনে।

লশীং— ইশ, অরাপনি! চাক তাংলিব অসিদি থাপল ফবগী করিসু পুক্নীং হয়াওপিদবনে। চাপগী পেনবসু নাইপিদবনে।

অহাও— মথোয় অঙম পূখন লম্নাইগী শেল ফংনব হোংনবিরবদি ঐদি মী ওইনুসিরা? ঐগী নীংব থুংপিদব কয়া য়াম্ম লৈপিব

নং খুডমত্রা ? চাক তাংহনবদ নত্তে, ইনীং থুংত্রিব কাওব কর্ণেল আয়ুবতগী বোম, নোংমৈকক্তা লৈরগ লৈপাক ইরাং তৌসিরা থনবিবনে। তমকি মীদি মবুক কত্তে ঐথোয় মথৈ তোংভান চাসিরা থনবিবনে।

লণীং— মতুদি কত্তে ইবুং, লৈপাক মাহনব, তোংভান চানব চুম্বিদে —তৌবিম্নসিকো। (ক্রিং ক্রিং লাওই টেলিফোন) (টেলিফোন সিসিভর পায়থংলগ): হেল্লো ! লণীংলৈনে, লুহোংবৈ রেজিষ্টার আফিষ্ট। ওহ, গুদ ইভনীং— মাই দার্লীং। য়েস, য়েস— য়ানীনে, লাকপিয়ো— কনাম্ন লৈবিতেয়। ইপুংদি লৈ, করি হায়সিরা ? —কনি। ইবুং অমুক্ত পায়বিয়ো— ইন্টকেসন কমিসনার বসন্ত বাবুনে। (এহাওবদ পীত্নন তারগ)

অহাও— হেল্লো ! অহাওব চাব ফুদ কমিসনারনে— হোয়— হোয়— করি হায়বা ? অকব চেংদি কদায়দৈ লৈদগে গুদামদ। লোরৈদ ঐথোয় ময়াম্ন মুদাংদ হৱা চাব চং-হনখিব চেং বোরা ময়ামতুদি, য়েস, পূর্ব্বাচলদ থর হল্লকপ মতমদ হৱা মুংশিং ওন্নবন ওইবিত্র টাইফোইদন লোইন নারে! —য়েস, সেস,— অকব কো চেংদি অভম অথো ইনাকথুনব থরন ময়ুম ময়ুমগী গুদামদ মাগী মাগী ওন্নব লৈনহৌবনে, মথেয়দৈ লোম্ন পূবিয়ো। য়েস, য়েস,— অপভব লাইরব প্রঞ্জামৈথন রাজব তারে, চরা হেনবদি কৈনে মশা শেনব, শিংব হেঙ্গংনব। প্রজান রাব চরা হেনবদি অরাইবনে, অভম্ব অচোব ঐথোয়ন কার তোংলগ

লোইরে, য়ুম অনৌব শারগ লোইরেকো। (থম্মি নোক্লুন) মত্তিক পায়ব মী খুদিংন ভম্মিবমথৈ মী ওং নৈহুন ইনাক থুঙ্গৎপ পাম্লবদি ঐথোয়দি তুম্মন্ন লৈসিরা ?

লশীং— মহুবুদি চুম্মে, ঐগী ইবুং। করিনো মফম চাওব বাবু মথৈন হাম্ন লৌথিব মুপী খায়নরগে, অনৌবী নহা মচা লুহোংবিগে হায়দুন দরখাস্ত কয়া য়াম্ন থারে। ঐন কনামম্ম য়াবিদ্রে— কয়াদ শাওবিরে ঐডোন্দ— ঐ খডদে কমদো-সিরা ? লুপা য়াম্ন য়ান্ন পীগে হায়বিবনে।

অহাও— শেলহুম পংলৌ লৌশিল্লু, মথোয় অতৈন মরম্নাই শেল তাম্লগ ঐথোয়দি লৈবাক্তি কম্নবদ তৌসিব ? ঐথোয়বু অপংব মী ওইব্রা ? কাম্নদে— ঐ চংলে, তোঙাম্ন তানব কর্ণেল আয়ুব উন্নক্লরগ খুংলাই থব লোম্ন লৈবিগে হায়ব তায়।　　　　(চৎথি)

লশীং— লান্দি তৌগুমসিকো ইবুং, চাক তাংবদি পাল মাইরেম্ন থর থাংব য়াইদে। —ওঃ য়াখ্রেদকো ঐগী ইবুংন শাওবি-বসিদি, ইতা নোংপোক লৈমন খিস্তং মুংশিব য়াৎপিবদ লান হেক্ত তৌগে হায়রেদো। তোঙাম্ন চৌং তম থায়দাক্ল-বদি ঐদি কমদৌসিরা !

অহাও— (হন্নক্লগ) : হায়, য়া হায়বিগে ইচন, চাক তাংলবস্মু, লান তৌরবস্মু, লৈবাক ইংন পাল্লবস্মু লুপা য়াম্ন লৈতন থক মুংডাইবিদে থওহুকো। বসন্ত বাবু লাক্লবদি লুপা য়াম্ন পীব নত্তন করিগুম্ব য়া অমস্মু ভম্মোই হেক্ত হাযবিয়কো। মাগী মচন্দি মীরম্মচাদ পীথোকখ্রগ ঐগী ইচন্দি করিগী

হো'ংন তম্পাক্ত পীথো'কসির ? পামদব শাশিল্লোকো । ঐ চৎপিরে । (চৎখি)

(সুট টাই তৌদুন মফম চাওরব মহৈ তম্বগী কমিসনার বসন্ত ৱাকীং ষ্টিক অম প'য়দুন ফন্দুন লাকই)

বস— হেল্লো দার্লীং ।

লশীং— গুদ ইভনীং মাই দার্লীং ! বি, এ, গী সার্টিফিকেট পুবি-রকপ ওইরা ?

বস— লৈব ফ'দ্রে, মিং শেন্নদ বেরা থর লৈরে । অদুগী শরুক্তি পরীক্ষা থাব য়াওরে', হে'ল মনুংদ লাইরিক থডদে নোট-বুক থডদে নংন ফাক্লিংবদ ফাক্লুন শিনব য়ানি— পরীক্ষা ডাক্কদোরিব ওঝাশিংডু তো'লোব চাওদব লাইরব ডাক্কি ঐন হায়ব ইনগ'ন ।

লশীং— লাইরিক্ত পাব শংদবনিন, ফাক্লুন শিনবসু হৈরোইনে । পাশ তোগদব এম, এ, গুম্ব অমবু ইহুত্ত পরীক্ষ থাহনবদি লুপা কয়া তিংসিরা ?

বস— মতু ঐ খিরক্কে । নঙ্গী ইবুংদি কদায়দ চৎখিব ওইব ?

লশীং— পংশাওদ শাওরগ চৎপিংখ্রে, নঙ্গী ইচন ইত, নোংপোক লৈমবু সুংশিবিবগী মাদি ইডাও ডাওবনিনে ।

বস— ময়ুম পানখ্রবদ করিদি তৌকনি, থর লৈরগ কাওখিনি, মহাকসু সুপী অম খিরো হাইরু । চেং অফব খিত্ত মণ ১০ মুক্তং উৎসব তৌননব, চাক চাননব পাখানবে ।

লশীং— চেং পাম্লব মশামকসু টাইফোইদন নানব চাক নমথোব চাবনে শেন্দোং পান্মনখিবগী । চেং অনাব চাবসিদি খোইদো পংশাও শাওয়ে— ।

বস — ভসিবু হমুব কয়া লুৎহাংগে নত্রগ খায়নগে হায়বগী দরখাস্ত থারবগে ?

লশীং— হমুবদি ২০ মুক শুরিনি ভসিদি। নঙ্গী পাবুংসু ইমাশি থায়নরগে হায়পিহুন দরখাস্ত পীরবনে— মী থঙহনগদ্ম হায়পিহুন, তাকথোকপ য়াদেকো।

বস— তাকথোকওই হায়হুন রা রা লাওনব হায়বহুনি। অতৈদি কনা কনা নংন থঙব য়াওই ?

লশীং— আজ্ঞা নবদ্বীপ হমুবদে', ইস, যৌনহা চহি ৩০ দি শুরব অম পুহুন লাক্লে, লুহোংবিগে হায়হুন কয়া নোক্লে, ঐন য়াখিদরে, চহি ৫০ হেনব অহল পাথংদি মুপী চহি ৪০ দগী তাব লৌবিব য়াদে হায়হুন।

বস— ভকইদা সত্য, পূর্ব্বাচলগী অহল লম্মনশা ! অমুম হরা চাব কোইরুসিরা— মুদিৎ তারেনা— করিগী অমুক থেংন আকিহু নৈবিবগে ?

লশীং— ইমানী মরূপ ওইবসিবু ঐগী ইবুংন রা য়াম্মিদা করমবু তৌসিরা ? মুংদি মুংশিদকো নংবুদি ! ঐদি থরাই রারেদা।

বস— কৈদৌরগ ফগদগে ?

লশীং— ঐথোয়গী মরী মতাদ লাইরিক লেম্ন তম্বিব য়ানব হায়বিগেরা ?

বস— লেম্ন তম্বদ নত্তন, লাইরিক থরবু ফরবদি বৃত্তি পীনি। বি,এ, পাশ তৌরগ মফম অচৌব হেক্ক হাপ্পিনি। লাওনে রাকীং চৎসে।

লশীং— (চৎন চৎন): থঙদে, অতুম্ন তৌরগ কেথোকখিবন ঐথোয়গী

মরী মতাশিংত্থ লাইরিক ইহৈ হৈবিদত্রা খঙদে। লুমা তৌবিরবস্থ তাইবং মীওইব'সি'দি ওক্তে পীখো হায়দুন করি করিনো পংহায়দ হায়রক্তত্রা?

বসন্ত—হায়নীংবথৈ হায়সমু, নশু: লাংগীদমকি ঐন ঙ্গমথৈ মংকং পীনি দালীং।

লশীং— খেঙক য় দালীং। নংসি করি লাইন শাব ওইত্রা— ইঙ্গোক্ল মুংশখ্রেদকো।

( চানন চংমিয়খি )



# ৫ শুবা থংক

কর্ণেল আয়ুব লানফি লেংলি, স্মুট টাই তৌব অহাওব চাবগ য়ারী চিক্ক শাহুন লাকই।

আয়ুব— পুকচেল তিম্নদব, ধর্ম্ম থেম্নব হায়বসি কুইন থক চাম্নব য়াদে। মপান্দ মরুপ মানব মমুংদ মুংতম্ন তম্ব থক কাম্নদে। নংবু পাথৌ নোংপোক লৈমন কয়া মুংশিখ্রবনো মচিনবান অঙাংব ভবা ভবাবহুন, মবুক মমুংদদি করি য়াওরম্মি? দিলিপ,— মমা পোকতৌগী থওনদব ময়াংবম মচা অম মবু হেক উবতৈ নংবু ফৌহামতৌন থম্ভোক্লম্মগ ময়ুম পানখ্রিবহু উত্রাও?

অহাও— মহুগী লম্মন খুম্ব তায় কর্ণেল আয়ুব,— হুজিকস্ম নোং-পোক লৈমন ঐবু মুংশিদব নত্তে, ঐ থওই—। মান অপংবী মুপীমচা ওইবন ইনাক থুনব ময়াংবম দিলিপ্ন লোইশিল্লবদি নোংপোক্ক ঐভোন্দ তিনব নত্তুন কদাইদম্মু চংপিরোই। পূর্ব্বাচলদ লান্দানব নঙ্গী নতেং পামই কর্ণেল আয়ুব, চানবিগেম্না হায়পিয়ু।

আ— করিগী পাংওই অহাওব চাব অথৌব, নোংমৈ পীনী জেনে-রেল য়ঙ্গিন পূর্ব্বাচলগী মপান্দ চংথিবদ ঐন ঐগী লাম্মী ময়াম পুহুনা পূর্ব্বাচল লৌনি, নঙোন্দ নোংপোক লৈম পীনি, ঐন মমা শিজ্জ লৌনি। ঐন হায়গদব হায়ববু নঙ্গী

নেকটাইহু কয়া কান্নদবনি, মতৌদমক মানবনে, নবুক চেংন থদাংদ কোই য়োকউ, তুবু ওইরবদি ইমভানি পূর্ব্বাচলসি উথাই য়েন্ননি।

অহাও— শোয়নব য়াংত্রেদো কর্ণেল আয়ুব, অল্লাকি কসম্নিকো।

আয়ুব— ঐদি শোইবিব মী নত্তে — অল্লাগী কসম। মীত থর থোমজিল্লু, খুংলাই পায়ব, বোম থাদব তম্বিয়ু।

অহা— অদুদি খুংলাই থর পীব হৌরোনে, থীজন থবক পায়থং-লগে— থোড কাপথায়রগে, বাঙ্গলা থুগাইরগে।

আয়ু— নঙ্গী মীচং ওইয়ু য়াদব প্রস্তাশিংদো বোম পীজৌ, লাই-নিংশং থডদে, লাইয়েংশং থডদে বোমদ পংথা থাদহন মীবু কিংল্লু।

অহা— তম্পাকমথৈ কর্ণেল আয়ুব নঙ্গী ওইয়ু, চীংমথৈ চীলাবম ঐথোয়গীনি।

আয়ু— নরিংজেলদ পাল্লু, আয়ুব ফত্তব মী নত্তে, নংন পাম্বথৈ লোচৌ হায়বিরিবনে। খুংলাইগী মমলদি শোংপ য়ারোই হায়, শেল য়াওরকইনিবে, চেং, হয়াই, চিনি য়োনবগী।

অহা— য়াওরকই পোংলোই।

(পাডল নিপা অম চাক লায় মকি মোংন লাকই। কিয়ুংদ থাং অম পায়রকই।)

নিপা— রিক্সা তোংপেরা, রিক্সা!

অহা— রিক্সা তোংহুন চংলসি বোম থর হায় পুথিগে। হায়, রিক্সা সিদ লাও।

নিপা— কদায় য়ৌবিগদবগে ?

অহা— কোম্ম তাক্কে, চংলু হায়ব মফমদ চৎলু লুপা য়াম্ম পীগনি।

আয়ু— নক্সিন্থ হায়দোকউ য়েঙ্গ, ঐগী পিস্তোলসি উব্রা ? পায়রিবন্থ করিনো নথুত্রে ? অশেংব হায়ত্রবদি।

নিপা— থাংনি অচাপোৎ শোইনব। চাক ফংদ্রে, তল ফংদ্রে করি চানি মী লেন্দুন চাব নত্তন! ঐবু হাৎলু চাক লাম্ব ফনব, নত্রবদি চাক য়েঙ্গাংগী থবক তৌব, লৈবাক্ত অরাব নংহনব অডম্ব মথৈ থাংন শোইদুন ঐন চারনি।

আয়ু— নংন চাগদব মীশক্তি ঐখোয় নত্তে, থাংদু কদায় চৎলু তাকপিগে নংন চাবদ হাওগদব মীদি। কদায় থাংদু পীয়ু,— ১০ চৎপিসি পাইয়ু। (পীবন্থু লৌই)

অহা— লাও হোটেলদ নত্তু কায়নব পীডগে, নংন হাৎকদব লৈবাক্কি য়েক্লবদু ঐখোয় মশক তাকপিগে। চৎলু।

(চৎমিন্নথি)

আয়ু— রিক্সা বালা নংবু নমিং করি কৌই ?

নিপা— মহম্মদ ভূতিয়া কৌই।

আয়ু— নচিন্থীন্নু অতুম্ব মিংবু কনান থোন্নিব ?

নিপা— ইমিং অশেংবদি মহম্মদ তুরাব হায়বনি। চহি অম দেরালীগী লগাও থাওভমদ ভূতিয়াদ শেল ময়াম অম মাংথিবতে ইথুনগী মীশিংন ঐপু মহম্মদ ভূতিয়া হায়দুন ফাও হনবিপনে।

আয়ু— ভূতিয়া নং চাক লামদুন লৈদোশক্লক্তি লান য়াওগেরা ? লান্দ মাই পাক্লবদি মন্ত্রী ওইহনগনি ঐবো।

নিপা-- লান ! চংবদ চাকপু ইবুক থম্ম পীজরগ চংহনগত্রা ?

অহাও— অহাওবব থন্দুন পীজনি নবুক থম্ন।

নিপা— তুদি মী পুম্নমক লান ম্নাওগে ওাক্ত হায়বিনিনা। চাক চ'দত্নন তপ্ন তপ্ন শিংদৌথরুক্তি পুক থম্ন চাম্নগ লাইবক য়েঙ্গেনা।

অহাও— মী অতৈ মবুক থল্লগ লান চংনিংব লৈরবদি থিরকউ।

নিপা— খুন কয়াগী মী পাম্মি পীগেনা চাকপু থাকপ ওম্নি হায়রবদি অল্লাইকসম, লান চঙ্গেতা হায়নি, মী ঐংথোম্নন কিবসি চাক লাম্নন মহেল্লে, লান্দদি শিরক্তব য়াই মনাতুম ফংনৈ।

আয়ু— নংবু কংফান্দ, ঈশিংদ নত্রগ অতিয়াদন হৈনগদ্রাও? কদোম্ন হৈননি? নংন অপাম্ব থল্লু।

নিপা— অতিয়াদ লাপ্পংবনদি মুংডাইনকো। লৈচীন মরুমদ প্লেম পাইবগ যোম থাদবিগে মী পংহাং হাংপিগেনা ইবুঙ্গপু থলহল্লবদে।

আয়ু— নংবু প্লেন থৌব হৈগদ্রা নহায়।

নিপা— করিগী হৈরেই, মী মরাম অম তিনব থৈথেন্দ, মী শোক হন্দন গাড়ী মরক্ত উরেম্নীগুম চিং চিং শিন্তুন রিক্সা ফাওব পী পী থৌব হৈব ঐন অতিথাগী লঙ্কাংদ প্লেন থৌববু করি হৈরোই। প্লেন থৌবশিংদি থর হাওন থর য়াম্ন চাবনিকো থডই ব্রা?

আয়ু— নং নরিল হাম্ন চাং য়েংব তাম্ন চংলু।

নি—(অহাওবদ) ঐংথোম্ন বাবুন তাকপিব হোটেলদুবু কদোমদনো?

অহাও— পূর্ব্বাচল হোটেলদনি ভূতিয়া।

নিপা— (ইশৈ ডংতুন হরাওন চংথি)

---

# ৬ শুবা উচেপ

অয়ুক, অফিষ্ট, - চিন্তু তৌহুন রাজকুমার দিলিপ খো-রকই, নোকফেং নোকফেং তৌহুন মতুংদ নোংপোক লৈমে ইগ্নরকই। চিঠি অম পায়হুন রা অমত্তু ভাংদন রাথনা সুম তৌহুন লৈব উহুন নোংপোক্ক রা হৌথি — !

নোং — করিগী চিন্তানে' মতম অহুক য়াম্ন মাংহন্ন থনবিরিবহুরো ? ভাবিরিব্রাও রাজকুমার — ? থুন্নুন চেং থুনবগুম পুন্সি অসিদি য়ারিবমথৈ নুংভাই নুংড়াইব মশান্ন অমগী মথংদ অম পাক পাক পায়থংহৌসিদা হবেং শিরগ অন্নাব নম্বো চাওন পো-হুন হনখিনন তেংজগদ্রাও ?

দিলি — হা করিনে' ঐবুগা ?

নোং — করি যড মডবিরুরিবনো মিকপ থোকপিরব্রাও ? নুংভাইব হৈনত্রবদি পুন্সিসিদি য়াবনে।

দি — মডগ ভাইবংগ থানরিব সম্বন্দ ফমহুন রাথনা তৌরিবনি। মঙসিবু করিগুম্ব মতমদ চুম্বা য়াওবিদ্র ?

নোং — করি মডনোনে ? চুমগদব জাংসা ঐ ভাক্কে।

দি — তুরেন চাওরব অমগী তোর্ব্বান্দ শান্নে ইমানী, লৈডোই পৈ-থংতুন দলাগ শাগংলি, — য়াংখ্রে ফজখ্রে, — তুরেলহু ঈশিং থংজাও চাওরক্কুন কিম্বদোরে, ঐন পাম্মুইদ হায়হুন লৈভোইগী দলালহু নিংথাইদনব লাক্করুবদ ঐশু ঈরৈদ অহুম চেম্বখ্রে মওহুদ।

নোং— ঐবুন কদায়দ লংথোকপিরম্মিবা ইথন্দ ?

দি— নংন ঐবু পাম্বক্রুডুন ঈশিং থুমদব কংফান্দ চেনখংহৌব

নোং — ইমানী কদাইদ অমুক থেংনডুন লাকমিন্নরিব অতদে ?

দি— ঈশিংদ তাওথবসিন সুম তাওথরে, তোর্ব্বান্দ কারকপ সুকডম ডমদবনে। নংন মী অম তাওথরিবডু থর লৌখং-পিয়ু হায়ন লাওর লাওরডুন তোর্ব্বান্দ ইবৈ সুম নখোড কডন।

নোং— লৈরাইদ নকশিন্নকপ য়াম্রাও পাংসু লাইমা পাংখিম্রেরা নিপ নবো।

দি— নংদি চিঙ্খংপ য়াত্র সুপী নম্র'ও ?

নোং— অতুদৈ ঈশিংডু করম্ন কংথখি ?

দি— কংথদে ?

নোং— ঐন অডুক কম্ন কৌবডু মী অমত্ত তম্রাও ?

দি — মীদি য়াম্ন তায়, লৌখংপিয়ু য়াদে অমত্ত, য়েংহুন অডুম লৈ। কাইনথংদ হিদিঙ্গা লপোনব অম লাক্লুন ঐবু মাগী হিদা চিঙ্খংপিরে।

নোং— ঐন কপ্পুন হায়ত্তবদ মান সুশিন্নুন নঙ্গী থম্নাই কল-হৌবনি।

দি— ঐগী থম্নাই কনবগী মমল নংবু মান লৌগে হায়রে নহায়। হিডুদ ঐথোয় অডুম তোংমিন্নরে, হিডু অডুম তোংবদ লুপ-তোরে লুম্মন্দুন, কমদোনি হায়ডুন সুংশা থিনরব মতমদ নিপাডুন তোর্ব্বান্দ হৌব শিংনাং থর লাম্মি— নংন মাবু ঈশিং মমুংদ ইম্বুবিরম্মে।

নোং— ঐদি শিংত্র মুশীমক ওইরবসে ?

দি — ঐবু কনবিব নিপাস্থবু নংন ইম্বুব ভশ্মছু নংসি মুংশিবদি কম্না খণ্ডদব জাংনি ।

নোং— অছুবুরাও ? নঙ্গেন্দ পুল্লপ মুংশিথোকখিছুন অতৈগী শরুক লেমদবনে ইবুংঙে । মথাদি কমদৌই ?

দি— খণ্ডনব মী ময়াম লাক্লুন ইমানীবু কংকান্দ চিংথংপগুম তোখিত্রা কাওরে ।

নোং— মছুদি ফখ্রব মণ্ডনি কৈম্নু তোঁরোই ।

দি— ঈশিংদ লুপক্কং লুপক্কং তাওবদ থকথিব ঈশিং ময়ামছুদি ?

নোং— মছুন ঈশিং খোরাংব ফনবনি ।

দি— ঈশিংন কোক্ত হায়গত্তুন চীকইবসি য়েংউ তাইবংদা — ।
( টেলিগ্রামগী চে উইল্লি )

নোং— আদগী পাবুংন পীরকপ্রা মরোল করি হায়রিব টেলিগ্রামনে ?

দি— নোংচুপ্তগী লান লাক্লে, অয়াংদস্থু লানগী নোং মংলে । শেল পীরকউ, লাশ্মী থারকউ— থীনব য়াদে — ময়াই লেপ্পু ।

নোং— কমদৌ মী অছুদি ?

দি— ঐ ঈশিংদ লুপ্তুন শিনিংলবনে । চাদিং তৌখ্রিব, পূর্বোকখ্রিব শেল ময়ামসি পীথংলকপগী থবক লৈতে পীথরকথো৷ ভাক্ত । লাশ্মী ওইয়ু, — মরুপ মপাং ওইরবদি অয়াব তারুব মণ্ডমদ মতেং পীরো হায়রুরগ মদা পণ্ডব মী ভাক্ত ওইরম্মে পূর্বাচলগী বাসীদি । মথোয় মশেল ওৎন নৈনছুন অকনবন অশোনব ফারগ চাব হৈরুরিবদি ঈশিং লৈবাকী ভাগুম

ভাক্ত। পুকচেল শেংন ময়াম্মক্কি ফনব ভোৗরবতদ মশাগীমু মমৈদ ফরক্কনি হায়ব খঙদব, ময়ামগী অরাইবনি মশাগী ফরগদ লোইরে হায়ন উব মমিং খুব মীন অমুক য়াম্মবদ করম লৈবাক চাওখৎকদগে ?

নং চেৎনু বসন্ত অমদি লশীংলৈ উন্নরু, মখোয়তুবু অগোইদ শাতুন লৈরব্রা লৈবাক্কি থবক্তি করিমত ভোৗত্রবা খঙদে। অতুগ জেনেরেল রঞ্জিৎপু অরৈব লান্মীশিংদগী মখোনা ফব মথৈ থন্দুন পুরগ ভসিমক চৎখিনব ঐন হায়রম্মনি, চৎলো হাইথো তুজিমক চৎলমদব থোক্লবদি ।

নোং— ফনি চৎচরে। তল্লিদ সত্য মখোয়গী লান হায়বদো! হাৎনদোরিব লান্মীশিংতুদি করিমু য়েংখিনপোৎ নত্তেনে, তেলঙ্গা মকোক্ক ভাওরগ মমৈন য়াতেন্দ পলহৌবগুম্বনে।
(মুকম মুকম শোন্দুন চৎখি)

( নবদ্বীপ অমসুং সনা য়ারী শাতুন থোরকই— নবদ্বীপ নহা মাল্লে কিজ্জৎ চাকচা, সনামু ভম্বমথৈ কেরে মহৌশাগী নত্রে। )

সনা— মাদ চৎশিরিব পাখং অসিবু ঐখোয় খাজ্জা নৎপিত্রাও?

নবদ্বীপ— ঐমা ইবেম্মমু শকহেনবীনিনা ? আফিষ্টা লেংবিরিব নত্রাও? ঐমু চংলিবনি কৌখৎলক্কুন ।

সনা— লেংমিন্নসি আজ্ঞা য়ারী শাতুন।

নব — ধর্ম্ম য়েংতুন হাইয়ু সনা ঐসিবু থর নহা ওইন উরব্রনে?

সনা— ইশাগী চহি মতাং খঙবিগে হায়রবদি মরূপ মপাং তিন্নরিব সঙ্গী মাইথোংদ মিংশেল ওইন য়েংবিও।

নব— ঐগ হৌজিন কামিরব ইরামবশিংদি ইবেম্মস্না মপাম্নোকপ উত্রে, মখ্বাং কোনবও, মমিৎ উদবও, মাঙ্গোন্দগী হেন্দোকপ ওমদবও। ম্বেংভম লৈতহন সনাদ হংওক্লিবনে।

সনা— ওরাং আজ্ঞান ফিশা লোরশাগী, য়ুরশা কৈশাগী পীখিব লোন ময়ামহু কনা কনাদ ওইরবনো? নিপাদদি ইপী পীদে নুপী ঐংখোয়গী ইথা মোনহা ওইন তৌরিবদ ওাক্ত পী হায়ন তারি।

নব— নিপাদ তোনখিব শেলসি খৌনব য়াই ইবেম্ম', খংনসি হায়রক্কনি, লংকৈদ চেন্নগে হ'য়রক্কনি। নুপী'দ পূর্ব্বাচলদৈ লাপ্প চেনখিব ওম্মোই, খংনরবস্থ মখোয়ন খর পাংদবনিন ঐন ওমদোরিব।

সনা— পাংদবীবু ওম্নোরিব আজ্ঞাদি পাঙ্গ'হুব নহা নত্রাও?

নব— অহুগীবু হায়রুরবদি লোন লৌব লাকপী নহা মচা পিশক পিশকশিংহুন ঐবু তাদ ইংহো ওাক্ত কৌইদন, ইনা পংনি মখোয়ন ঐত্তোন্দ ইপল কৌব ইপু কৌব ইতা তাংদ্রে।

সনা— তাবিরোই তাবিরো', য়ুম শানব, ফি শানব শেল পূগে লাকইবশিংহু অ'জ্ঞাগী চ'হি হংনরগ লাকপ ওাক্তনি, অহুননি।

নব— শেল পূখোকপসিদি নেশা অমনি, পীব হৌখ্রগ মথং মথং পংপীদ পী'নংবনিনে। নম্না ইবুংগোন নহান শিঙ্গরকপ শেল ময়ামহু লোইখ্রে, অমুক পীস্থু হায়রুগে চংলিবনি।

সনা— লোন ফংলব শেল পুথ্রবশিংহুগ পূত্রিব পূদি পূনীংবশিংগ মশীং কনান য়াম্মি?

নব— লোন ফংলব নুপীমগা অমময় পুরকপ দরখাস্ত কারীসি

১১/১১ দি গুনি সনা। লোইনমক পীবদি ওমদবনিন কংহৌ-দবন য়ামহুন নৈ, ভোট ফংত্রা হায়রবু চেক্লম পুক থন্দোরি। ইবেম্মম থোয়দি কমদৌরি?

সনা— য়াম্মুং, ঐ:খোয়দি কেরানী ১০ হাপকদব মফমদ ১৫০ থক্ক দরথ স্ত থারক্লুন থান্দোকপ য়াদব ৫০ থক হাপচিল্লে, থন-দোকখ্রব ১০০ হুন ১০ গী মহুক্ত ৫০ হাপ্পি হায়ন হুল্লক্লুনরা য়ামদনব ১০০ হুমস্নু থবক পীব তাগ্নি কেরানী নত্রগ ওঝা। ঐ:খোয়ন ইফম চাওরিব— তোংলোব চাওরিবসি মীনদি কল্লকই ঐ:খোয়ন মপান্দ সুংত্তাইরগ থম্মুংদ উ-মোয়োক্ল শাওগংলিবসিদি উদবনিনা—

নব— অঙ্গদি ইয়ুরেম্মা কানী চাব কাংবুন মমাংদ অথুম অহাও মম্লাম পৈবহু উবদ নহায়োলন কানী থক্লসিরু হায়হুন কল্লক-পগুর্ন। লেঙ্খংলু ইবেম্ম সনা, মমাক ইবুংঙোম্বু মতম চান অফিস কাপনবনি ওসিবু কাবমত্র থংজ্রে। অরেবগী ইফম মাইরুব হায়হুনি অহল্লথংদ চোপকে হায়হুন।

সনা— ঐথোয় নিঙোল মরাহু কাবক্লমানে, আজ্ঞা হায় লেংশিন-বিয়ু, অমদ ঙংবহু অমন তানদনব।

(নবদ্বীপ চংশিন্দুন নমস্তে তৌরুই, সনান মপান্দ মথোয়নীন ঙাংনবহু লোয় তাহৌই)

দি— আজ্ঞা অহল করিগীনো স্নুক থেংন কারকইবদে?

নব— মাপ তৌবিয়ু ইবুংঙো, নন্দোম্মগাশিং অমন উৎসব অমত্তং থুনব য়াওবিদব য়াদে হায়হুন য়াওরুবদগী পুং ১১ তাথোক্লত্রে।

দি— অফিস কাগদব মুম্মিংনি হায়ব থগুবিদব জাৎলা ? চাক চবা অমন হেন লুত্রংও লৈবাক্কি থবক্তেগী ?

নব— মতুং মনাও থেংজরম্লোই । (ইকাই)

দি— আজ্ঞ পুংথাকথিব শেলশিংতু শিঙ্গংলকপ ভমদোব মী কয়া য়াম্ন য়াওরি ?

নব— চহি ৪০/৫০ সিদদি শিঙ্গংলকপ ভমদোব মানবনু ইয়াও য়াওদ্রে. পুখিগে হায়ব মীদি য়ামখ্রেদা, থর থুন শিঙ্গৎপ ভমদোব. মপোৎ মচৈ, মাল চাং মতিক চান লৈব জাৎ।

দি— হায় পুখিবশিংতুবু ময়ুম ইঙ্খোংল মালা মাল মতিক চাব ইয়াও য়াহেত্রাও ?

নব— ইবুংঙোদবু থুম্মুদন কৈদোদগে শেল পুনিংব মী হায়ব জাৎসি সম্পত্ত মতিক চান লৈবদি ইহেই ওইরমদ্রে সনা ইবুংঙো, মতুংদ সুম থগুবিহৌ।

দি— লুপা লিশীং কয়া কয়া তিংলগ মতুগী পাউতাক্তু কংলকইত্রাও হগুব ? নংন করিগীনো লুখ্রাবী মৌনহা ময়ুম ইঙ্খোল নাইদবদ লুপা লিশীং কয়া কয়া পুংথাকউরিববো ? স্নো পাউদরব শিঙ্গিন্নবা লম্বীগী তম্নরাইশিংতুন থুংন কৌত্তবগী শেল পুত্রাও ? দূরীদ শাম্নতুন লৈব, মীপাও কোইপু পুব মীশিংদ উ শুব- সনা শাব, লৌ উব, ফুরি তূবগী লোন পীক্লরিব করিগীনো ? থুংস্ন নাইব শেল পুহনবদ লৈবাক্কি তশেংন কাম্নগদবশিংদি ঐতোন্দ লাক্লম্মে লোইন। হম্নুব ডাকু নংন তোব থবকপু ঐন থগুদব হৌনত্রাও ? অতুক চহি য়াম্নব নংন নিংথৌগী মনা ফক্লাংদ থেংলি হায়ব পাউ-রৌতু তাত্রিবাও ?

নব— অহানবগী দমহৎমদি হৌন য়েঙ্গাং হায়বহৎ ওইরক্লুন মকম মরাং খঙজহৌদ্রে, হন্দক লুপা লাখা ২/৩ দংদি থাদবি-রকখো, ফর ফরব মীশক্ত ভাক্ত খন্দুন পুথোকচরগে সনা-ইবুংঙো ।

দি— ইকাইব খঙদব অহল নং ভসিমক জেলদ নৈরগেরা, চরোঙ্গ অমগী মপুংদ শেঙ্গশিংহৎ থোংগংলক্লুন লুপা লাখ অম পুরকপ ঙমগদ্রা ? অপান্ন অম থল্লু ।

নব— থ অমত্তা মতমদিগীবিয়ু । বাবু অমন থর য়াইখি, সাহেব অমন থর শিজিন্নখি –

দি— নঙ্গীসি লংকৈদ চেন্নোরিব জাংলা ? অরুব শেনফমু কোই-সান সান্দোকপ্রাও ? মুমিৎ ১৫ নিদগী হেনব য়ারোই, চংলো নশক্ত য়েংনিংদে থোমজিল্লু চংলু নঙ্গী চুহী মরুপ্ত পুথোকখিবশিংহৎ ।

নব— লুপাসি লিশীং থরদ ওইরবসু থাদবিরকপনি ময়াদ্রবনিকো মমাক ইবুংঙো ? মমৈদ ফর ফরব মী ফাওরক্লেদা নোরোক্লানি ।

দি— পূর্ব্বাচল মানব পোকপ হন্নুব হূরানব মহৎ য়ারোই চংলু । ১৫ নী শুব মুমিত্ত শেঙ্গগ লোইনন নশক উংলদ্রবদি লম্বীদ থোঙ্গোইনহৎন পুগনি হায়ব খঙউ ।

নব— নমস্তে, হুপ্তারে অহৎদি সনা ইবুংঙো ।

(হৈশে ভংহৎন আকিট্টভী মথরাই মুংঙ'ইব মান্ন থোকখি – "ব্রজের পথে যাইরে ধনী কুঞ্জর গমনী ... — করম কাওসিগে! —বাসক ভংখি মতেক অম" সনাম থংজিন্নদন তাশিন্নদন নৈরম্বদগী)

সনা— আচ্ছা, মোন মুংডাইন থোকপিরক্লেদা মঙ্গল ওইবিরকপ্রা কমদোই ?

নব— ইবেম্ম সনা করিবু হায়নি লোইরে লোইরে,— মী ওইবগী লোইরে, অসি মডাইরে— নিপাম্মচা ওইন পোকপগী হায়ববু ....... !

সনা— কমদোরগে হায়বা লুপা অমুক পীথখিনি হায়ব্রাও ?

নব— নয়া ইবুংডোসিদি মবুক ওম্মোক্ল কখ্রে, রাহৈ রাতান মেংলিব —লুপাসু লখা অম অনোঁদ থা মথাই অমগী মমুংসিদ পীথ-রক'ন তাকপিংগোই। কার লৈবগে হায়বদু ঐংডানৈ সিঙ্গীং থরদি রাইবিব য়ানি—।

সনা— লেংমিয়সি আদ থর লাপ্ল ফদিন গ্রাস তৈংথাকপ হোটেল অসিদ লৈবিরম্মু চা য়াম্ল হাওই হায়বনি।

নব— ভাইরমগে লেংশিল্লু। (চংশিন্নখি হল্লকুন য়েন্নথাদ তারৈ) ঐবু হোটেল অনানব মচা অম কমজরম্মবদি অম্মম চোপ- লোইদকো—! মীন হায়রিবমথৈ য়াব ঐবু ইবুক কৈ হায়-বিদে— পংই— হায়নৈদকো!

সনা— (চংশিল্লগ) ঐগী ইয়া ইবুংডোহুবু কারক্লব্রা করিনো ?

দি— ঐ ভাইহুন লৈরম্মিব কুইরে অবোকসি, করম করম তৌবি-রিবগে থবকপো ? লোরাই থরাইদ লৈরিব মুপী নহাশিংবু চাওখংপৈ মতৌ থর উবিরব্রাও ?

সনা— পূর্ব্বাচলগী খুঙ্গং পুন্নমক চাওখংপগী মপা লৈত্রে হায়ব য়ারে। লৈশাবীদগী মো হন্নবা ফাওব সারী শেংকে, সিন্দুর নমগে, খোংউপ খুনীং রাংবী তোংহুন বেগ অম পায়রগ

সিনেমা য়েঙ্গে— লৌ কুমজ্জররোই, হোটেল থগ্নীয়, ফিল্ম অনৌব থাবিরকউ— ইংলিস ফিল্মদ য়াওজগে, চামচ কাটান টেবিলদ ফম্মগ চাক চাগে— স'ব'ন মনম হুংশিব, পাউদর স্নো য়েনবিয়ু ঙাক্ত হায়রে নিপাম্মচা। মহৌশাগী নত্তে, ওস্থাক্ক চাওখৎলব পোৎনিকে:— ঐন পুরিব কোলেজগী ছাত্রো, সহরগী বাবুনী মশক মতৌ ফজবী, খুমীং খুজিন চিম্বান ঙাংবীশিংগী মতৌ তমজগে মাই য়েক্কে ঙাক্ত হায়রে। হন্দক্তি মমাইদ য়েকপ তম্বিব চৎপ তারে।

দি— লৌ কুম্বিনব, ফি শাবিনব, শীং চনাবিনব, কো শুরগ চাক থোংবিনব, ইঙ্গিং লোংথোনবিনবদি কনাদ তারে অত্তুদে?

সনা— মহুদি নিপামচৈথদ শিন্নব তারেদন। সুপী চাওখত্তন নিপা ঙাক্ত চাওখংপদি য়াদবনিন নিপামচৈথম থর অন্নাব থাংবিব তারেদনা।

দি— নিপাদন থবক অকনবস্থু কন্দবস্থু লোইন পুবদি ওইথোক্ত-বনিন অবোক থোয়গী থবক্ত শোইরেনে। চংকদব মাই-কৈদদি চৎহন্ত্রহুন লখৌ লান্ন লান্ন লংচাক চাকশিন্নুরেদা। হন্দোকপ য়ারোইদ্রাও?

সনা— ঙাইথে চাওখংপ হান্নসিবু নিপাম্মচা থুঙ্গংগী সুপী অঙাং শিংহুবু সহরগী বাবুনীশিং মান্নন্দ, স্কুল কোলেজদ থৈদেন কাবী মান্নব শেমগৎকাদোব নত্রাও?

দি— মহুদি থুঙ্গংগী ইমা ইন্দোন ইচন ইচাশিংন শূরিব নোম্মিব লৈবাক পূন্নমক্তি মবুক থাক্কব লাক্করিবহু সহরগী ইবেম্মশিংন শিনক্সিবু হায়ব য়াগত্রাও?]

সনা— সহরগী বাবুনীশিংদি ব্রানীংব, লৈখোম তৈনীংব খুজিন চুনিংব কয়া উদে. অরাম চৌকিদ কেন তন্নিংব ডাক্ত।

দি— খুঙ্গংগী মীন লাইরবদৈ সহরগী মীওয়ম তনব ডমদে, কেথোকপ য়াদে। লাইরব কোক্লব শিংন নোমদব য়াদে, শেঙ্গ য়ায় থোক্লব শিংহনব তায়, হৈনব তখিব তায়. মতো পীব তায়, থবক কন্ন শূহন্নংব তায়। মথোয়বু লক্লব, তঙ্গহল্লুনব সহরগী নুপীন লেন্নব চংপিগদব নত্তে। মথোয়গী থবক্তু থাগংপ, ইচং থোংনব, লূব নানব, অহাংব মতমশিংন কান্নন লেনব তখিব চংকদবনি। অবোক থোয়দুম ট্রেনীং হান্ন চংপিখিব তায়।

সনা— কৱিগী ট্রেনীংনিনা নিপাম্মচা ?

দি— লৌকুম লৌক, ইঞ্জিং লোংখোন, ফৌশু চাকথোং— ফজন হুংগাইন নান্ন তৌব হৈনব ট্রেনীং।

সনা— মদুদি নিপাম্মচা খুজিন চুরক্কনি খুনীং কায়রক্কনি হায়দুন সহরগী ব বুনীশিংদ অমত্ত য়ারকওই।

দি— অদুদি মথোয়বু তৌহনব য়াদ্রে তাম্হোকপিখ্রো।

সনা— সহরগী মো নহা লৈশংবী ৩০০/৪০০ হাপচিল্লুরে খুঙ্গং চাওথংনব থবক্কিন হায়দুন. মশা নানব পাখং ১৫০ ন কেরানী ওইন হাপ্লুবে কয়া গনি ?

দি— মথোয় ময়ামদু থাবল চোংহন্নব হাপ্পিক্রিব্রা ? নত্রগ আন্দোলন খুদিংদ খ্বাইন নেক্লনব থখিরোনে।

সনা— তোলোব চায়. অরাব থবক নত্তে— নান্ন কেন জীপ্ত কারদ চংকদবনি হায়বদুদদি দরখাস্ত পংথাদ থারকই, নোংপোক

লৈমগী মমাশিনি হায়রিবা পংখুদ পুক্লৈম্ম, ভা চাক পংকৎত কংলৈ। শরেং, ভাক্রানচিংব ঐন নংথায়দ খিল্লক্লুন নতৈ ননাওন ভাখিবশিংহুম্ন মীন কৎলবনে। মংথায়হুবু করম্ন থবক লৌথোক্কদগেনে নিপাম্মচা।

দি— মংথায়ন তৌবদ মত্তিক চাগদব থবক নংত্রে খুঙ্গংগী মীন লোইন হাপ্প ভারে মথোয়গী মফমশিংহু।

সনা— অনৌব হাপ্পবুদি ঐদি হাপ্পিংবনে, খুঙ্গংগী মীন হেম্ন অচা অথক কৎলনিয়ে মখুত্ত থোকপনিনা।

দি— শেগ চাহুন থবক হাপ্প য়াদে, মত্তিক চাব মী ভাক্ত থন্দুন হাপকদবনি হায়ব অংবোকপু খভবিদ্রবাও? থবক অমত্ত মতুংসিদ অংবোক্ল হাপ্পিব য়ারোই। ইকুংবাক্লম্ম করি করিংনা য়ম্ন হায়— অবোকপু থাজ্জদবগী য়া। মহুগুম্বহু ঐ কয়া পামজদে— অবোকপু চহি কয়া শুবিরবগে?

সনা— চহিবুদি ৪৪/৪৫ শুরবনি, মীন ৩০ শুরব্রা হায়হুন হংবসিন ভকখ্রংপাংবনি। নকুংবাকসি লম থম্ন হেল্লি হায়হুন ঐন ম্নারক্কে তৌবদ ভাব তাদহুন শাওরিবনি। ভাইথো অতৈ লাইরি নিপাম্মচা— ঐন হাপ্পুব লৈশাবী পাথং ৪০০/৫০০ হুবু থবক শিজিন্নক্কম লৈরোইদ্রাও? ঐবু চোপ্পগদ্রাও?

দি— মুপী মথৈন নর্জ ওইহল্লো, লান্দ শোকপাশিংগী সেধা তৌব ভম্বিব তারে, নিপামথৈন লান্দ চৎপ লৈবাক ভাকপ ভম্নব ট্রেনীং পীব তারে তোলোব কায়জরোই হায়রগ।

সনা— নিপাম্মচা নখোয়গী লান হায়বহ্ তোদোরব্রনহায় ? ঐদি কুম্মি য়েংনংইনে সত্য কেন চংলগ।

দি— লান তৌরিবনি, তৌরক্কদোবনি লন হায়বসিদি ; শেমশাহ্নন লৈতব য়াদবনি মনীং তম্ব পাম্ব লৈবাক মচা খুদিংন।

সনা— অহুদি মখোয়হু অমুক্ত হংবিক্কখিগে লানগী থবক্ত ট্রেনীং চংকেরা হায়হুনা। 'অব্রাব, অকিব থবক্তি তল্লি তল্লিবু হায়রক্কনিদা মখোয়দো ?

দি— মখোয়হুবু হুই হৌদোংগুম্ব অমাম্ব মতমদ ভূমহুন কুন্দুন লৈরগ অহাওবদি চানিংব মী ডাক্তা ? লৈবাক্কী তোদব য়াদব থবক্ত মতেং পীনিংস্রবদি মখোয়হু জেলদ লোইন থম্মি চাক অপুম্বহু চরা অনী পীজরোই হায়বিয়ু। মীশিংসি থর মবুক লাম্মান্দ্রবদি শিঙ্গংলোইদোরিদা !

সনা— ফরে হায়হুন য়েংউখিগে, (চংখি) থাদি কয়া থাজদে।

(দিলিপ্প মেজদ চেগী থবক শৃহোই)

(নবদ্বীপ্প লাপ্প হন্দোকশন্নরগ সনা ডাইহুন উম্প্রে, সনান শুকথন লাকপ উবদ)

নব— কমদোই ইবেম্মসনা নয়া ইবুংঙোহ্ রা থঙদ্রা ? মবুক ফত্রাও ?

সনা— কদায়দৈনোদা আজ্ঞাহন, ঐখোয় আজ্ঞাদদি থিত্তবু চৈথি-দন হম্বুব হুরানব, তাকু— মাইথাবকা হায়হুন, ঐডোন্দদি চুম্মগী মীচৈ চৈদবনিনে। লালুপচিংব ইকুবোক থায়নরো, অবোকপু য়াম্ম ওক্তে হায়রে, থবক হাপ্পদ শেঙ্গ চাব য়াদে, অবোকুসি নহা ওইরিদ চহি য়াম্মমথিরোইকা হায়হুন।

মহাক খঙনি, নুপীম্মচাদ তা'ক্কে, কাহনহনগে— নিংথৌ মচা মহেন্দ্রগী হেন্না মবুক ফব ঐখোয়না হায়রিবমখৈ ইনগদব পীক থন্না লৈ, মহাক ঐগী ইতিক খঙদব শারিয়ে।

নব— মতুম থেংরুব শিল্লু সনা ইবেম্ম। মহাক লৈত্রবদি ঐখোয় হিংলে। (লম্বীদ লালুপচিংব থেংনৈ)

লালু— নপু ননাই হয়াউন লাকমিন্নবদি মঙন ওইহৌরবা থবক্ক কয়দৌরি ?

নব— পাঞ্জি খব য়েং. নারান খুকম্ব থব চং নত্রগ হোটেল অম ফমহুন কেম্ম ভানগদব শেলতু ইকম অচৌব অম পায়রুহুন ইকেক্ক খুং হাপ্নে লালুপচিংব ইবুংঙো। থবক শোইবগী জেলদ পীনি, খোঙ্গে ইননি হায়গৌর।

লালু— মহুন শোইদ্রবদি ফনবু করেনে আজ্ঞা,

নব— করম্ম লালুপচিংবা ? কল্লক পেল্লিব্রা'ও ?

লালু— আজ্ঞাপ থবক্কুবু তোকপিরবদি ঐগী হায়কোংত্তু জুবী ইব যাওগে মাওরিবো নত্রগ ঐখোয় সনান টুর চৎপদ বুজারী ওইন ইনগে ইনবিবোনে। কল্লকপৈ বা নচ্চাদ ননাই ঐ'স।

নব— ফাগিগী মতাংতু হেনখ্রে লালুপচিংব, পি ভানগদব করুন রস য়ৌরবনি হবুংঙো।

সনা— ঐদুম্মু টুর চংপগী থবকসি তেক্কে হায়রি, ঐবু থাজব য়াদবমানি হায়হুন হুজ্জিনব মীম্মু য়াওরম্মে লৈবাক্ক চাওবানবা।

লালুপ— নঙ্গী নকম তাবসিদ কল্লক পেল্লিদা সনা, টুর কেইন চৎপ পাম্বে। ঐদি নংবু ডসি ঐখোয় য়ুমদ লৈহল্লরোই, চংহল্লবোই হায়তুন ঐখোয় ইঙ্খোল অকোইবদো ধারা ১৪৪ চালাইরম্মবনি— চঙ্গরুন্নু চোপ্পিদ্রবদি।

সনা— ঐদি কদায়দ লৈরুনি অতুদি ?

লালু— আজ্ঞা নবদ্বীপ খোয়গী রাজহৌশংদ ডসিদগী চয়োল অমত্তদি ফাইরুরো— । ধারা ১৪৪ লৌখোকখ্রব মতমদ লাকপ য়ানি।

সনা— ঐখোয়গী নিডোল মরাসি ব্যবহার য়াম্ম লৈখিদ্রে মুগীমচাগ খায়নহনব তারে, নুমিৎ অফব অম য়েংলগ কৌখোকউরনি।

লা— নমা নচান সত্যাগ্রহগী লুচিংবী ওইগেরাও— নোংমৈ মরু চারগ পুক থনব্রাও ? ঐগী ইমাকনিপা অসুক ফবসিবু ব্যবহার লৈতে হায়রিববু করি মরমদৈনে ? মতিক চাব সাক্ষা প্রমান পীব ডমগত্রাও ?

সনা— ঐবু চহি নহা ওইরি হায়, আজ্ঞাশু তাবনি।

নব— তাহোই জজ সাহেব।

সনা— লৌরাই খোরাই চাওখংনব থবক্ত শিজিন্নি হায়দুন হাপ্পব মুপী নুপা ৫০০/৬০০ পু লানগী নর্জ ওইহল্লো। লাম্মা ওইহনখো হায়রিব মাবু অচাওব নত্রাও ?

লা— ডাওরিবসি নংনি নয়ানিপা নত্তে। লানগী মতমদদি আজ্ঞা নবদ্বীপ খোয় ফাওব পোৎ থাংব য়াওগদবনি. নোংমৈ কাপ্প হৈত্রবসু। কনাগী লান লাকই হায়বগে ? লানগী রা ওইরবদি ঐ থীনব য়াদ্রে। আজ্ঞা নবদ্বীপ মুপীমচ হু উৎসবকা

খুংদোব লৈরবদি খাওবুনাই ওইন খর পুবিখো। ঐ চৎলে থেংখ্রে —লানগী মতমনিনা।

সনা— মসিগী নিপাসি ওন্থোক্ল ইন্দ্রং লৈতবরা ভাংখ্রেদা। ইচা নুপীসিগী য়েংহুন ঐন খোইদৌ ফাহুন লৈরকইব কুইর-পোৎনি আজ্ঞা ইবুংঙো।

নব— নত্তা ইবেম্মা হায়র ময়ুম পাল্লে, ঐখু য়ুমদ লৈগদব ১৫ নীদ ভাইরে, ঐখোয়দ ৫ নী ১০ নী পনখিগে লালুপচিংবন ধারা ১৪৪ লৌথোক্লি বমথৈ হায়রবস্তু ঐদি বেরা লৈতে সনা। থম্না থকি ঈশিংত মুংশিংন ইন্দুরবস্তু পুখ্রীদ তাদৌব লৈ।

সনা— মানি, লৈরবস্তু লৈজরগে, নুপীমচাগী মরা অমত্তদি তারু-খিগে অজ্ঞা। লেংঙসি পরপ পরপ। (চৎমিন্নখি)

(লালুপচিংবন দিলিপন্থ থবক চিনবত্ ভহাক য়েংলম্বদৈ —খর হন্দোক্লগ খোদেম্মুই)

দিলি— লেংশিনবিরকউ পাবুং। (নমস্তে তৌই)

লালু— ভাইখে, অভাং, লান লাক্লে হায়বব্ কদোমদৈনো?

দিলি— ঐখোয় সুব্রাই অনকপদদি নত্তে, অরাপ্প নোংচুপ অমদি অব্রাংদৈনি। পাবু ময়াই লেপ্পন লাম্মী অমদি অচাপোৎ শেল থুম থাজিল্লকউ হায়রি। সোমদ লৈরিব পূর্ব্বাচল বাসাশিংন মতিক চাব শেল অমদি মীগী মতেং পীবগী মহুৎ লানগী খুদোং চাব লৌহুন মরম্নাই মরম্নাই মুংভাইনব চেং চাক মী লোৎশিংম্নরি— করম্নো থভদে ওন্থোক্ল চাওখৎখিদ্রে।

লালু— অচুম্বনি ওন্থোক্ল পাংনখিদ্রে, ওন্থোক্ল চোপ্পখ্রে পূর্ব্বাচল

বাসী, ইকাইব রানি মীরৈবাক মচাশিংগী মমাংদ। হাইকোরট্ত আপীলনি হায়দুনা থাগৎলকইব কেশশিং অদু মরুপ হাংপগী, সুপীমচা চিংবগী, লৈবাক্কি শেল চাক্কবগী, চিনি চেং ওনবদ থল ফাদবগী, সম্নম্ন হন্নাই মতোন লামতুন চারম্বগী, মপুন হূরানপোৎ য়ারম্বগী রা হায়বগুম...... ইকাই ইকাই, ইকু ইকাই হায়রিবসিনি নমাংদ। ঐ লান চৎলগে, থাইন নিংথৌ পাল্লিডৈদে লানগী লুচিংব লালুপচিংব ওইরকইব নিপানি, ধর্ম্মক্ষেত্র রনভূমিদ ক্ষেত্রি মচাগী লাইবক য়েংউরগে ইমিং পাক্লিল্লু।

দি— পাবুংবু চহি কয়া শুবিরবগে?

লা— চহিগী বেরা অম লৈরগ মেট্রিক সার্টিফিকেট্ত ৩০ দ ডাইন্নি হায়রো নত্রগ ৫০ শুরে জেনেরেল ওইন চৎলগে।

দি— লানফমদ চংবিদৌ শরুক চহি ২০ দগী ৩৫ শুব পাথং লৈশাবী মথৈ ফারগ লাগ্মীদ মমিং চলহনবগী থবক পায়বিরো।

লা— হোটেলদ, লম্বীদ, থকফমদ, কোইভমদ, হুরী শম্নভমদ থেংনবমথৈ লানগী লান্মী ফাব য়ারেকো?

দি— য়ারবি নরমেধ যজ্ঞগী লৈকম চিন্দনব চাক তাংদনব। লান্দ কান্নব থবক অতৈ তৌরমদবমথৈ ফাবিরকপ য়ারনি, দেশ সেবাগী ধর্ম্ম যুদ্ধগী। (চাক চাব চংথি)

লা— ফরে ঐ চংলে লান্মী থোম্ব। (চংথি লাওদুন)

পূর্বাংলগী নহারোল পুন্নমক থোবকও যজ্ঞ তৌরুসে, লান চৎসে। য়েক্কব শোইক্রসে, রাশনা লম্বীদ পাঙ্খোক্রা শোইবগুম। থাবল চোংবী য়াওবগুম তরত রত, নুপীস্তু নুপাস্তু

পৃন্থ লান চংগদবনি। নিপা ঐথোয় মথৈ শিথ্রগ মুপী নথোয়ব য়েক্লবগী খুং কলহৌনব পীরম্ব হোন:দ। হৌনহুন থোরকও ঘেংকো ওইগ, বেন্দগী খোঙথাংদ মোমোন মোমোন, লম ৱাই চিন্দনব, চাক তাংদনব যজ্ঞ য়াওরুসে। নত্তিক চাদন হিংহৌনিংবশ', থো'রকও কুরুক্ষেত্রদ— চানিংঙাই নৈতন নৈভম চন্দন কংবন পামব্রা'ও ?

( লেফট, রাইত লাওথুন চংখি )

---

# ৭ শুবা উতপ

( বসন্ত অমদি লশীংলৈ ৱারী শাত্নুন লাকই )

বসন্ত— নখোয়গী নবুংন ঐবু য়াম্ন শাওই হায় চুমত্রনে থরাই রাকপী ?

লশীংলৈ— ঐবু করম থরাই রাকপী ওইবনো ? ঐদি নঙ্গী মুংশি খুদোন পুনব হি মচানিনে হে হিরোই, মুংশিরোই কৌবদ ভমদবাও !

বস— দার্লীং কৌবী মোটোর বোট মচা ইবেম্ম', নবুংন নবুং বের ভৌবনে, পাবুং শকপন শাওগনবনে, ভমথৈ নাইদব ঈচাও ঈপাক্ত নংবু হোন্দুন পুরসিন্নবনে ঐবো, অকনব মুংশিং, অচৌব ঈথক কয়া শিংনত্নুন ?

লশীং— ঐগী ইবুংন নচনবু শাওবম্, নঙ্গী পাবুংন ঐবু শাওবম্ নংন ঐন সমাজবু শাওবিবম্ মুংশিব হায়ব চংনরোল খণ্ডবিদব য়োং অত্নুন ভাক তৌহনবনে। দিয়ার মোংকৌ, ইমানী মীরক্ত লৈনরম্মসি, মহাবলী উমংদ য়োং ময়ান অমগী মরক্তত্নুম উহৈ চাত্নুন উশাদ য়াইরেক্তুন লৈক্তরসিরা মুংশিবা ?

বস— ভাইখো নং লক্কাদে লান লাক্লে হায়ব ভারত্রা ?

লশীং— তাবিয়েনা অত্নুদে, রাম্ন সীতা হুখ্রে. লম কারম্মে হায়রে, য়োং শওমগী তেঙ্গোল থোম্মনা।

বস— ইমানী লান্দ চংসি চানবী, নংন তুংদ নর্জ ওইনব লেপ্পু,

ঐন নোংমৈ পায়রুন কাপ্পনি বোং দাং, করিগুম্ব নোংমৈব, য়োংমৈদ পাল্লবদি নংন লাইয়েংবিগনি— ইমানী হাসপা-টালদ লৈকব য়াগনি কনাগীম্ব মিংয়েং কারগ য়াওদন— "ফানবিরো পাম্মুবা— কদায়নো অথুমব্রা মুংশিবী ?

লশীং— নংন শিগন্ত্রবদি – নাদমক নারবদি য়াম্ন ফৈকো— নঙ্গী নঙ্গী ইপাংখোয় ঐগী ইবুংখোয় কনা অমম্ব উবিররোই লানগী হাসপাটালদদি।

বস— শানৌ নংন নর্ত্তগী পোষাক শেত্তুন ঐবু লাইকয়ব লাক-পত্থ কয়াদি কল্গবা অপানবী !

লশীং— থৌন্দন নর্ত্ত ওইনিংলক্লে, লান্দ চৎসি ভরত রত মহাবীর চক্র,— লৈবাক্কী পাথৌ ঐগী থরাই হোনব হিরোই।

( নোংপোক লৈম শাওরপ লাকই )

নোংপোক— হেল্লো ইতা লশীংলৈ ! কদায়দ হোল্লিব হিদিঙ্গানো ?

লশীং— গুদ মোর্নীং ইতা ইবেম্মা ! কদায়দ রাকোং চৎপিসিরা ?

নোং— ইতাখোয়বু থিরুরিবনি, য়ুমদম্ব লৈতে আংকিষ্টম্ব লৈতে, লম্মাংদ অতিয়াদ কোইহুনদ লৈরব্রাও ? থবক ফত্তে, মথৌ থওদে, পূর্ব্বাচলগী মৌশিংসি অচৌব ক্ষম ওইবদ মত্তিক চাব ইয়াও য়াওদে হায়রুন মীরম মচান থীন চৈবসে ওম্মোক্ত ইকাইজখ্রেদা।

লশীং— ঐবু করি থবক শোই হায়বিবগে ?

নোং— নংন লুহোংবগী মমিং চনবশিংন্থ চাহ রাংপ চহি হেনব য়াম্ন য়াওই হায়রুন রা রা লাওয়ে চুমদব্রা ?

লশী:— লুহোংব মশীং য়াম্মগ চাক তাংওইদ্রাও ইতা ? মুংশি মুংওনগী ৱাসিদি ইতা ই:বয়া নংবু নহানি ঐশু নহানিন চহি ৫/১০দি ৱাংলবগু হাপ্লিব হেল্লবসু ককপিব—চুমসিদা। লুহোংবদ চহি থর কোন্সেসন পীবদি মুংশিবৈ লাইন নংবু ঐবু চানবিব ওইবনে। মুংশিব থওসিদ মুংশিবৈ।

নোং— চহি লাম্ন লুহোংখিবশিংডু নিপাসু নুপীসু লান্দ লোইন চংহন্দব য়াদ্রে। মুংশিব থওবশিংদো মরৈবাক মুংশিবসু থওকম থোক?, মুংশি লমদমগীদমক মথৱাই কংথোকপ কিৱোইদবনি।

লশীং— ঐ নোটিশ তৌবিগে, হায়ডুন য়েংবিগে মুংশিব মুংশিবীন লৈরিব লৈবাক্কি খুদোং থিরবদি মুপা মুপী থোক্ক লান্দ চংবিসি হায়গনি। পূর্ব্বাচল বাসীগী মীশিংবু লুহোংবদি পাম্ব লৈবাক্কি ফনব থবক্তি তনবিগদ্রা থওবিদে। য়েক্কবন নোংমৈ মক্ক কাপ্লে, ইরৈবাক মচান চেং লোৎপিডুন চাকথাওদ নোংমৈ কাপ্লে— কয়াদি ৱাৱে— ৱাব ফনব লুহোংবগী পাশ ঐন পাংপি পীবনি।

নোং— কোইন কৌথংলো— লানগী মৈমুংদ চংডুন লুহোংবগী পূর্ণাহুতি পীক্কচো হায়ক্ক ইতা— লৈবাক্কি য়াথংনি। মথন্দ চংপদি থবক পাংনি থাজদ্রে তাচৌসু থর পেংমিন্নক্কগদ্রা ? অডুগ ছাত্র ছাত্রী চহি ১৮/১৯ শুরব জাত্তি লান্দ লোইন থাবিখ্রে— লাইরিক হৈরোইদব তম্ব তল্লব লুহোংবগী লাইসেন্স চহি তাইব ৱারবশিংডু য়েন্নব থেংনহনবিক্ক ঐথোয়দ নিংতাই তৌহন্দোশক্কক।

বস— চং'সদন লশীংগৈ— লানগী থবক অরুবনিন পম্বৰ য়াত্রে।

নোং— চংমিন্নখ্রোনে ইতা, কৈদোন অমুক ইকাইশন্নরিবনো— লানগী মতমদবো।

লশীং— থেঙক য় ইতা।

( মখুং শন্নহুন য়াংন চংথি — লাঙ্গং ইশৈ ঙংহুন )



# ৮ শুবা উপ

দিলিপ— অডকপনি পূর্ব্বাচল নঙ্গী লৈচিং, মতম্ম ফরিবৈ ওইজ্র ওইথক্র ফংলিবৈদদি মীগী মী ভাক্ত, নিব লাকইব, কান্নব থিব লাকইব। হুজিক ঐগী ফিভম্ম থর ফংলক্কব উব্রব মতম্ম অ'সদদি ঐগী ইনাক্ত লৈনিংব মী লৈশিল্লক্কে — ওইজব ফংখিব তৌবিমল থডদব মী কচাশিংহু মথক ফাওব উংলদ্রে। নংখোয়গুম্ব মী জাংসিদি শাদগী হেম্ন তোনব জাংনি। মতিক চাদব য়ুম্তুমদ মরুপকি মরূ হুম্নুব ঐ। অপডব ভারেদো। নংবর্দ মতিক চাব মীদি ঐনি।

( নোংপোক লৈম শাওরংনন লাকই )

নোংপোক— সোমদ চিন্তাদ ঈরাব্রুর স্মবসিন করিগী ওইরবনো? নিভোল মন্না হায়বাসদি ইবুংভো ফনমক নথর ই মুংডাইত্রবম্ম মোথোন মোমোন নোক্তুন মরৈয়ু, ইথবাইসি থর মহরাওগ?

দি—তুরেঙ্গাও খোয় অহাওব চাব খোয় উন্নরক্তাও?

নোং— উম্নহুন মরোল পূম্নমক তমখ্রবনে। ঐখোয় হুপাগী মপাম লমদ লান্দারক্কে য়েক্রবন, লাগ্মা অমম্মুং শেল য়াম্ন থারকউ হায়বগী চে লাক্তুন জেনেরেল রঙ্গিংপু অথমব লাপ্মী লিশীং ১০ পুহন থাখ্রে, অরেম্ব লাগ্মী লিশীং ৩/৪ হু অহাওব নথোয়ন নিংথিন শিজিন্নহুন লৈবাক মরা তপহল্ল। অহুল শেল থুম, চান থক্কবম্মু থর থাথিব তাম্ন, বা তাম্নসি লাকউ

হায়হৌবনে হায়রবনে। মখোয়নীচু ঐখোয় ইবুংঙোগ উন্ন-
ফনি হায়চুন চৎখিবনি হুজিক ফাওব লাক্লমদ্রিবা ?

দি— লাক্কে, মখোয় লাকনি হায়বসু থাজদ্রে মুমুং মমুং লেনখ্রব-
নিন— ভম্মিমখৈ নৈখোক্লন নৈখ্রনি। নখোয় নৈবাক্কি মী
শিংসি ফন ভকপ লাংনি।

নোং— চাক কৌরগ দক্ষিনা অপাম্ব নীরোলাও হায়চুন পাও অমুক
চেন্সিরা ?

দি— মচুন ফব তায় মখোয়গ উন্নগে হায়রবদি। য়েঙ্খাং মখেল
হাওর হাওরব খোংদোরি, মান মান অপাম্ব ফম, ঠিকা,
শগোল, শামু, দোকান মফম, লৌ নিনফম, য়ুম শাব, ফি
শাব, লৌ উবগী লোনসু চাক তোক্লগ লৌনরে' হায়চুন
বার্তোন তৌব তারে।

নোং— সুক নংলব মতমসিদ কির্তোন তৌরগ দানসু তৌবা ? করি
করি য়েঙ্খাং মখেলদি পীজনি ? চাক্কি খুবাম অমমমদগী
হেন্ন হাপ্পুসি।

দি— য়েঙ্খাং মখেলদি হোংডুগ ভাক্রোগ থোংব অম, নৈচোইগ
খজিঙ্গ কেশোনপ বোরা অম, শরেংগ সুংকুপক থোংব অম,
নখোয় নৈপাক্ত সুংহ্রাই আচার চগেম য়াম্ন পাম্নৈ, মচুমসু
য়াওব তায়, তৌবদদি চগেম পোম্বচু পরপ পরপ মুন্নব ফক্লাং
ব্লাই তৈনব শুনু অহিংবচু টিনথ ইমুক্কং হাপ্ল তায় মী ১০০
চানব থোংবদ।

নোং— থঙজরে য়েঙ্খাং অচুগুম্বদি করিসু রারোই, লীমোন্দু পাঙ্গং
দৌন কক্লগ ইরোনহজগে, শিংজুচু পৌরপ শোইহল্লগ আধা

ইকিগী য়োংপীহ্ন সের মথাই অমত্তং মরোইদোন য়াবক্তে পমব মুংঙাইরুনব।

দি— অহুদি উংসবসি কুইন য়ৈথব য়াম্রে, নংন চান থক্কব শিল্লুরো ঐ বার্ত্তোন চৎহল্লুবগে। অরেম্ব পাহ মীদি মতিক চান ইকাইহল্লগ ফরকপম্ব থম্বনে। চংসি, ঐ দিল কয়া মুংঙাইতে, চাক্ল ঙহাক্ত হিম্প্লু খিগে।

(চংমিম্বখি)

নোং— ফনি ইবুংডো।

# ৯ শুবা তঙ্কপ

অহিং অমম্বদ কার্ণেলগী পোষাক শেংপ, পিস্তোল পায়ব তুরেঙ্গ্ল'ও মিএং', লেশ নাইক ভূটিয়া অমসুং অতোপ্প সিপাহি অমগ লোইননা লোম্থুপ লোঙ্গাননা লাকই। চুম্লাক অহুম পূনবগুম্ন মতোন অহুম অহুম পূম্ন মথুং নাম্ন নামন্না পায়-রকই বোম! তরুকথক ভূটিয়াগী মথুং অনান। সিপাহি অমম্ভন অমম্বদ রাইফল্ল শিংসন্থন ফিভম তোন মকলাপ্তি থক থক নিক্ল লাকই। কিগল্লব, থঙ্গল্লব কাংবুনি— কিদব শানৈ অহুম্মক – ।

তুরেঙ্গ্লাও— করিমত্ত কিগম্নু ঐ ম্নাওরি, কনাবু কিরিবনো?

(মশাদি নিকই কিবন)

ভূটিয়া— করিগী কিক্লদগে নিপা নত্র ঐ:থায়বো — শিববু করিনো অনীরক শিগদব নত্তে।

( মশাদি নিকই, মকল্লাপতুম্ন থক থক )

রাইফল নং মাং থংলো। করিগীনো অহুক পাংত্রিববো।

সিপাহি— উচেক কাম্ল, উরেনবী তাম্নবদি নত্তবনিন কলাপ লৌম্নাই মচাসিন কৈস্নু কিবিদব ঐডোম্ন নিকপ হৌরক্লুন তৌরিবান। লৈরমসম্নু পূর্ব্বাচলগী হিন্দুমথৈ থেক থেক কাপথেকলগ লোইরে।

ভূটিয়া— হিন্দু মথোয়দি মুল্লামগী ইপা ইপুশিংনে চাওথংপ তম্নি-রকপনে। মথোয়বু ঐথোয়না করিদোন কিদোরিবনে? হায়

কলাপ নং নমাই পান্দব তৌম্মু, বাদশাহশিংনা থাব্বা লক্রাও নংবো ? অতুম্ম নিকপাক্নলনি ক্লিক্সো থোবদগী হেক্লমত্রিবা।

তু— য়েংউ ক্লিক্সা রালা, নংন থাদগদব বোমশিংন্থু মকম এাক্ল তাক্কে। তু— আদ উরিব কৌন্সিল হোল অচৌবসিদ হয়েং মুংদাং চাক চান্নগদৌরি, মসিদ ২ থক থাদদোবনি। অমন খৈরেন্দ থাদৌ মীয়াম্ম কিননব, অমন হাসপাটাল অচৌব লাম্মা অনাবেশিং লৈভমদ থাদৌ।

ভূটি— অরেন্ন অনীহুদি থোক্তদ অম মীয়াম ত্রিনক্রম লাইশং অচৌব নত্রগ স্কুল কোলেজগুম্ব মী য়াম্ম তিনব মকমদ থাদব তারেদনঃ।

ভুরে— ক্সোয়নে নবুদ্ধি লৈব নংন ব্রাখল তৌহুন মী য়াম্ম শিগদব মফম য়েংলগ থাদৌ হায়রিবসিনি।

ভূ— অহুদি থাদব হৌজ্জরগে ? (লঙ্গে তৌই)

তু— হায়, হায়, ভাইথো ! ভসি নক্তে হয়েংনিনে। থাদগদব মত্তমদি ঐন তাক্কনি। ভসিদি লম্মিং তুমিং উহনগে, বোম্ম কদায়দ থাদনি, কদোমদ লান চঙ্গনি, করম্ব লম্বীদ চেন্নগনি অসিনচিংব তাকপিগে পুরকপনি। নংন বোম থাদরগ হয়েং চাক চানবদ য়াওব অচৌ অশাং অভম অথৌ মখৈ থোইরেন মশা পাইবগুম চেস্থোরক্কনি কোম থিনব— অকুৎপদ কুমগ-দবগী— মতুদ রাইফল পায়ব নংন কমদৌনি ?

সিপাহি— হুজুর মথোয় ময়াম্ম চেস্থোরকপদ ঐন থুং খত্তুন ইনাক্ত কৌশিনগনি, থর নক্লব শোইদন পাম্লদোব মতম্মদ রাইফলন লেক্লেক লেক্লেক কাপ্তুন লোইশিনগনি।

তু— মান থাদথিব যোমহুন পোকথাইরকপদ য়োংতেক থাংভেক মিশি মচেৎ ময়ামহুন পাইথোরকপদ নঙ্গোন্দ পাংল্লোইদ্রাও ?

সি— ঐথোয়গী মীচংন থাদব বোম্ম ঐথোয়দ শোকপ হৌনদে, থাজবিরুনু।

তু— বুহুসিদে, নখুংন পাযবিব নোংমৈতু মীন মুল্লগ নঙ্গোন্দ কাপ-লকপদ নং শিরোইদ্রাও ? খুংলাইনবু মপুনি মীচংনি হায়ব মণক থণ্ডব্রাও ? নোংমৈ মরুনবু পাল্লবদি হেক্ত শিব য়ারিবনি, পান্দনব পোজিসন লৌহুন নৈগদবনে শিবিদব মীমুথাং।

সি— ভাব তাজবে, বোম পোকথায়রমদাইদ কুন্দুন কোঙ্গুত্ত নৈব, খুংলাই পায়দব মী লাক্লগ চোংথোক্লুন কাপ্প, খুংলাই পায়ব লাক্লগ লাম্বা চাবোইদব ওইরবদি চেল্লগ লোইরে তোলোব কুইন চানব।

তু— মহু ভাব তাগদবনি, লান্দ নরিংজেল পংক ফম্ভু, নথল্লাই মাংজনি। নংনে ভমগদব ওইরবদি কাপ্পগনি থিম্মগনি, নফম চাওনব শিহৌদ্রগ, শিথিব থোক্লগ মুপী অভাংদ মনা পীরক্কনি।

ভূটি— হন্দক্কি লালহৌসিন মাই পাকপ থোক্লবদি কর্ণেল সাহেব ঐবু মন্ত্রী অমত্তদি হাপ্পিয়ু নৈবাক কোইন চৎপ য়ানব, ইরৈবাকসিংদি মুপী অমত্তন ঐভোন্দ নৈগে হায়দ্রে।

তু— নংন মীরৈবাক্ত কোইন চৎনিংইববু করিগীনো— তশেংব মুপী থিরুনত্রা ?

ভূ— মীরৈবাক্ত চৎলগ ওইদব অমুক্ত পেম্ম ভাংজক্লগে ইরৈবাক্তদি

ইচিন্থী হায়ব থঙহুন কনানসু থাজবিদে, মুপী অমত্তন ঐবু ইম্নং লৈদ হায়বিদ্রে।

তু— নংন লংকৈদ ওইদব ডা ঙুগে হায়রবদি ঐখোয়গী লৈবাকপু থাগৎলু, য়েক্কববু থীন পাদরম্ । ঐখোয়ন হন্দক লৌরিব পূর্ব্বাচল হায়ব লৈবাকসি হায়দি চাদ থক্তবন মী পূম্নমক মচৌদ হৌব মতুংদ্ কাপ কাপ শাংলম্মে, ঐখোয়ন ডাকপ হৌগৎলকপদগী মবুক ফাওব হুইত্রিবুক কংলবনি, জ্ঞান তার-বনি চাওখৎলবনি হায়গদবনি। ওইদবসিদি ভোইন ডাংলপ ওইনম্মক্তুন অচুম্ব ওল্লকপনে থঙডু ।

ভূ— তুবু কবি লৈব বানো, বিক্সে থৌবনুক রাকদব নত্তে হায়ব। থঙডোইদব মক্ষদ ওইদব ডাংলুবদি মুংডাইখ্রপোৎনিনা— নিংথৌ মচা শাক্লগে ।

তু— ভাবন দমাল শাবদন কান্নবে, নথুং য়াওগদবনি চেক মথং মথং লেনখৎপ। লাও ইতুং ইল্লকউ লাঞ্জাও চংসি, নমিৎ শিংউ। হবেঃ উংসবতা যোম্ন পকৌড়া ওইন য়েনগদৌবনি।

( অমম্বদ ধাক তৌহন চংখি, মখোয় মশেল থেংনবদ থডনৈ, লাওনৈ "হ কনানে ! নংলা শিত্রুথাক" । )

---

# ১০ শুবা উৎপ

মুংথিল পোবে'প্পু নোংপোক লৈম অমদি মমাসি সনারৈ থুংম্বোক নত্রগ কোম্পাক পুতুন উংসবকি পোৎচৈ লৈব থৈবেম্ম কারি, ঝারী শারহুন।

সনারৈ— চেং চাক স্থক ভাংথ্রব মতমদ মুপীমচা উংসব চাওন কংপ মথুং লোম্নহুন ভক্তগী ফিজ্রেত্ত নাপল তোহুন মী থরদ মবুক কায়নব পীঙ্গব মীয়াম্মুন মতিল কুং কুং য়োংহন্দুন থম্ব ধর্ম্ম নত্তে মুপীমচা।

নোংপোক— মহুগী উংসবতু নত্তে ইমাসি য়াম্ম থোং থাক্তুন মাং-হনগদব নত্তে; মাইক পান্দুন পকোড় হাপ্পয়ো, ঙাক্ত্রা অতাওব য়েম্নে হায়হুন লাওরণ চানব চাক্তহুম্ম নত্তে। হন্দক্লিসিদি লৈবাক্তি মবুকচেলদ নারব মীশিংবু লাইম্নেংনব হিদাক ওইন তৌব চক্তানি। মমিং ওইনব ঙা থর মোসপা থর লৈরগ হিঙ্গোল লম্ফাংদ হৌব পাংথোক, লম্বাল, হোংড, ১ম্পকপী, সম্মক মনা, থাংজিং মকুন চংবগ থোংগদৌবন অম্মাম্বনি।

সনা— নংথায়গীসি অহুম হায়ন চানব তৌব তারব্রাও? ইয়া মুপাহুদ নংন হায়ব ভমত্রগ ঐ অমুক্ত থেমহুন য়েংসিরা?

নোং— ময়াং লৈবাক মচাহুদ নংন থেমহুন কাম্নশোং নত্তে, মমিং-মেল থাব জাংনি। তৌরগে হায়ন নিংথ্রবদি মবুকচেল চপ হেক্ত য়ুংব জাংনি। ঐথোয়গী লৈবাক মচানম্ম মবুক্তি

করা ফংখিদ্রে, ওইতবন পান্নরিব তৌবিমলন থডনদ্রিব কঞ্জনা। মতিক চাব জাংনি হন্দক্কি উৎসববসি পীজবদ খান্নুব কান্নদে— ইবৈবাক্কি মীচং চংই হায়খিনি।

সনা— মান যান্ন শাওরিব মীতাংসি কনা কনবুনা— ইমাদ তুক হায়য়ু তাগে?

নো— তানগী মতম্ন, চানব চিঙ্গাক তাংলে, ঐখোয় লৈবাক্কি— চেং লৈকোনব থো পৈব মতাং জন লোকান্দারশিংগী মী চায়; তানগী খুৎলাই লৈনব সনা পুখ্রাবকউ হায়বদি যাদে, লুহোং খোংদাংবব, কুম্ম কি হেংব, জলকেলীদদি নুপী নুপীগী মক্কু সনান খোমজিন্নগ খোংকপ্পি, লাম্নাদ মতেং পীনিংদে অচৌবোং তাংবন খুৎলাই ওইতুন মীচম লাইরবশিংবু ওং লৈবগী ভগৈথ লৈত্রে মিভমাসদ নয়া নিপাসি মথন্নাই ঙ্মংচাইবন ঐবু থায়নবীলবনি ইমাসি। মপান অসোমদৈ চেরকইব, সেংমদ মগী মচংনি হায়দুন লৈরিবশিংগী মখোং লৈদুন চেন্নবি— খোইদোদি পাওখুংলবান মহাক্কি।

সনা— মচুদ চুমই শাওবদ মতিক চাব, জৌবমদয় চারমদায়দন যৌ মৌ মকপ্নি মপানি হায়দুন চোংখারকপ, মীন অব্রাব তাবব সুবব চিন্নব মতমদন মশক ফাওব উৎলবব— থিরুবদ কৈন লৈন লৈতে হায়ব— মস্তুক চেংপ্প লৈবাক মচাশিংদি ল রুবদ মতিক চায়। নংখোয়নীগী ব্রারেপ্তু ঐস্থু য়ারে, হোংডু পীজদৌবনি, য়োংপী, মুংতুম য়েঙ্খংদ থাক্লগ পীজদৌবনি।

(লালুপচিংব মমং মুংডাইতন থোরকই মুংথিল তুম্মু-বদগী কাঞ্জিবুদ কম্মুগে হায়দুন নিথম থাগী কিজোন্দ)

লালুপ— নিংথমথাদ ভারেন চারগ কোক্ন উরুমদ লোংতুন য়ুমজাওগী মাঙ্গোন্দ ভূয়সিদ সত্য লুংঙাইরে। শিব ভাইবু য়ারব ঐখোয়না মতম লেনবদ লুংঙাইবসি মচুন মরোইরে থল্লম্মবনি। অতুবু মডু লুংঙাইতনা মিকপ থোকপসিদ কাংজৈবুংদ চংলগ লৈপুং ফমফমদ তমথোক্লিংলে। পেনবু নাইদে অহিংব মী শিথ্রিমখৈদে।

হায়, নমা নচাদ কদায়দ চংলিবনো নখোড়ন? রিক্সোদ তোংবগু নত্তা! বস ভাইবগ কাথংপগু নত্তা পূর্ব্বাচলগী লুপীন নখোডন খৈদেন কাবদি ইজং মাংত্রাও?

সনা— করি কায়ব লম্বীদ লুপী পূম্নমক হুন্দুন ভাংলিবনো। চরাংদ থোরকপ রিক্সো, বস পম্ব লুপী ওইরবদি ঐবু লালুপচিংবৈ ইমুংদ পংতুন লৈখিদ্রাও?

ল— করমদি তৌনি ইবেম্ম, ইমা ইপান নিংথৌ ওইনা পোকপিরমদবন নংবু ঐন মহারাণী ওইহনব ভমজদ্রে— মহুৎ মলোমতু হুজিক ফাওব শমফাবীদৌন শমজীদ থেংপিরিত্রাও?

সনা— পূর্ব্বাচলগী লুপীবু অনৌ অনৌব কয়া পায়বগে? ১০ গী মমুংদ নহা ১/২ দনে রিক্সো বস নত্রবদি খৈদেন কাও য়াদব।

লা— অনৌব পাম্ব ১/২ হুদ নখোয়বু য়াওদ্রবদি কৈনে। ভাইথো নমা নচা থুংলিংতুন চংলিবতুনা কনাগী দোকান মমাংদ বাসোক শকউদোরিবনো হুক্নিকপো?

সনা— দোকান্দ নত্তে ঙাংঙোনফমদনি। লৈবাক্কি অডম অংথৌ ময়াম নমাক্ক চাক্কোনি হায়রিবদু হুপ্রিক ফাওব তাবিদ্রিবাও ?

লালু— নত্তে মুপীমচা নথোয়দুবু চানন কৌদোরিব্রনে ? মীন ফন তৌবিমল খঙলক্ক্রবসু লম্মন চুশিংলিবনি হায়দুন বিশ্বাস ঘাটক তৌব হৌনদে। য়েপ্পাং অহাওবনি হায়ব থাজ- হল্লগ হেংউবু লেংহনব, শরেং থোংবনি হায়দুন চথোম চাওরপ হুকহল্লগ মুংজ্রেংন ময়া তেকহনব, শিংজুদ য়াওব অধা ইঙ্গিপী য়োংপৌন য়ারক মেনশিনহনব ধর্ম্ম নত্তে মুপী মচা তৌহৈদে।

নোং— পাবুং হন্দাকি রাফমসিমদি নমাক্র পাম্ব তৌজবদ থিংবিরনু মথবাই চাক্কুন তৌজরবনি— থোক্রব লাক্কনি— মফম তোক্র- বসু তোকচরগে হায়রে মহাক।

লা— বিষ্ণু বিষ্ণু। কয়াদ লুখ্রব রানোদো ! মডন মড ফত্তবনে করম্মো পূর্ব্বাচলদ হন্দক থোক্রদৌরিব দশাসিদে। ঐথোয়গী লৈবাক্কি মীশিংন খুল্লং লম্মন খণ্ডবনে, মনুড লেল্লগ হন্ন য়েংলমদবসি কয়াদি রামখ্রে, মশা মশাগী কান্নবসু য়েংউ মীনি, ময়াম্‌গী লৈবাক্কিসু মান মান ভম্ব খরদি য়েংনফেদনা ! মতুগী খল্লুরবদি— থাম্মরোই নথোয়ন থোকপ তৌক্রো।

সনা— অতুদি ঐথোয় থৈদেন্দ চংচক্কখিগে। (মমা মচা চংখ্রে)

লা— পূর্ব্বাচলগী আইন অম ওইন থামগেদি হায়দন, ঐন ইন্সিল্লু- রিবসিদি চুম্মিব্রা লালুপাচিংবা ? নংবু অডাংলা ? ফত্তনুংদ থোক্রবদি ঐসু য়াওরাইদ্রাও ? নংন লৈবাক্ত হায়কোরট্ট

ওইরিবসিবু মতিক চারিব্রাও ? চাক্কোবদ য়েম্মোনব পেং হাপ্পাম্ম হায়বগী কেশ থাঙ্গংলক্লবদি নংবু নুপীনে, নচানে নম ক্রেক্ফাতোক পীব তাবকওইদ্রাও ? ঐবু ইকমসি কাথোক-হৌবসিবা ? মন লোইহিদ্রিইডদ হোৎলোং হাংগ তাবদ্রা ঐবে ? মফম চাওব তাইবং মীন নুংঙাইদিবসিবু কনায়নানো —নৈপুং ফজত্রন ব্রাবেন ডাংব শংলিব্রা ঐবে ! কান্নাদ সুক হন্দুন কেচাব তোক্লনব য়াবে চক্রু পম্লগা।

( মমুমদ হ...খ )

# ১১ শুবা উদেপ

দিলিপ অমসুং অহাওব রারী শাতুন থোরকই, দিলিপপ শাওন উই, অহাওবন থৌশাদে, ইথিহুম খিগংলি।

দিলিপ— হন্নক মরক নাখোয় রোমদগী তারিব পাও অসি চুম্মিব্রা ?

অহাওব— ঐখোয় রোমগী খংনবগী ব্রাব্রাও ?

দি— মানিনে, মখোয়ন করিগীনো তাডান্ন তানিংইবা ? মীরৈবাক মচা সমুদ্র রাংদগী লাকপশিংন ইনসিল্লগ ঐখোয় সুক কুইন তিন্নরকপশিংগ থংননিংইববো ?

অ— মখোয় মনীং মথ তন্ন লৈরগ মন্ত্রী ওইনিংব, নিংথৌ ওই-নীংব য়াওরে, পূন্ন লৈরবদি মীন করিসু ওইন উবাদব মাগী মাগী মুপীগী মমাংদ পংচাওদ চাওব পাম্ব মী থরন লাল হৌবনে।

দি— হুজিক ঐগী ইপান ডাকইব লৈবাক্ত য়েক্রবন লান্দারক্লুন য়াম্ন ব্রানরে। পূর্বাচলগী মীশিংন মতেং পীব তারি লাম্মা অমসুং চানব। লুরব মতংসিদ মখোয়ন লাল হৌরকপসিদি ঐ য়াম্ন শাওনিংখ্রে। নাখোয়ন করিগী থামজিন্দবগে ?

অ— ঐদি লাল হৌপগ্নু, মীদ শিতুন তোক্কনি, মুপী অতাং য়াম্ন ব্রাগনি হায়রিবনে। মখোয়ন য়াজদবগী ময়ুম থাদোক্তুন কোইরোং লোংলে কয়া ব্রারে, মখোয়দোন লম হেন্দকী

ঐখোয়দি কয়া মুংভাইরে ভমোক পীজ পীজহুন থেম্বিরে, অপাম অপাম্ব পীবিরে।

দি— মখোয় থরন লম হেন্দুন লাল হৌরে, লোংতুম লৈরগ নোংমৈ ক'প্পে প্রস্তাব ও'লে। মখোয়ন লমহেনবগী মহৈন নখোয়ন করিমত রাদন ফমহুন চারে। লমহেনব আইন শিংনব কাংবুহুবু ফাহুন দণ্ডি পীব নখোয়গীসু নথৌ নত্রা ?

অ— ঐখোয় মী খুদিঙ্গী মথৌনিন কনাগীসু মথৌ ওইদন অসুম লৈনরিবসিনি। ( নোকফেৎ তৌই )

দি— নখোয়বু লোম লোম লৈমুংদ চংখ্রব লালহৌবশিংহুগী মতেং পীদ্রাও ? (শাওরপ)

অ— এঃ কদায় পীগবনো? কিনান হায়বনো— ওইদব রানি।

দি— মিষ্টর অহাওব ! মতম ফত্রবনিন পুকচেল শেংব কৈ। ঐখোয়দ অম ডাং মখোয়দ অম ডাং— অকা অকুম চাবদি ফত্তে — ঐদি হায়রিবসিনি— মবুকচেল শেংদব মীনি হায়ব হেক থভবগ মী অহু জেলদ পীগনি।

অ— পীগদবনি, সরকারগী তোলোব চারগ য়েরুবগী মতেং পীব আইন কায়ব থবক্নি। নখোয়গী ইবেম্মা লৈতব্রা? চিঠি ইচনবুপীন পীরকপনি থর পীবিগেরা ?

দি— কদায় পীরম্মু য়ানি।

অ— ঐ চংপিখ্রগে— থৈদেন্দ পোৎ থর লৈগদব লৈ।

দি— নং হয়েং চাক চানব লাকওইদ্রাও? ব'র্ত্তোন ফংলব নত্রা?

অ— করিগী লাকওই, ঐদি হয়েং য়েঙ্খাং অহাওবদ চাব পাম্ব

মীনিনা—। দক্ষিনাস্থ য়াম্ন পীন্নি হায়ন তায়। ঐগী দক্ষিনাদি হন্দক্তি তমদ শাৎপী ফজবী লৈরাং অতুম পীবিয়ুকো।

দি— চাক শোইদন চারো, অপান্ব তমগী লৈরাংস্থ মশক থঙ্গরো।

অ— থেঙক য়ু সার, মত্থদ শোইবিগনু। ঐ চংপিরে। (চৎখি)

দি— মসিস্থ মচিন্দ অম ভাংব মবুক্ত অম থম্ব লুখ্রব নিপানি। ঐখোয়গ উন্নব মতমদ ঐখোয়গী মীচং, লৈমুংদ লোৎপ লালহৌবশিং উন্নরগ মখোয়গ অমত্ত ওইন তিন্নরগ লৈবাক্কী মাংনব তাক্লব জাৎনি। মখোয়সিবু লৈবাক্ত তিন্নগদবসি কয়াদ লুখ্রবনো! অঙ্ক মযেক ভাক্ত ইরিবসি করি চিঠিনো!

(কর্ণেল আয়ুব লাক্লগ শলাম তৌরৈ।

দি— (তুরেঙ্গাও): নং উনব য়াম্ন নুংঙাইরে কর্ণেল সাহেব।

তু— করিগুম্ব তাকপিগদব— এস সার।

দি— লাম্মীশিংগী মরক্ত মনীং থুংদব থরন লাল হৌহৌদোরে হায়ন তারিবসি অচুম্বা?

তু— নো সার, কনাগীস্থ মতিক লৈতে, থাজবিক্কনু। কর্ণেল আয়ুবন লাম্মীগী মকোক ওইন লৈরিভেদ— লাল হৌরক্কদব লাম্মী মরু ফাওব হুন্দ্রি। নীংভাইদন লৈবিয়ু রাজা সাহেব।

দি— চেকশিল্লু কর্ণেল, জেনেরেল রঞ্জিৎন লাল চৎখ্রিভৈদ লৈবাক সিদ লাম্মীশিংন নিংভাই তৌরক্লবদি— লম হেল্লবদি নঙ্গীস্থ ঐগীস্থ ইমাই থীগনি। মরম অতুন লাম্মীবু মতিক মতিক চান রারকউ।

কর্ণেল— ঐবু থাজবিয়ু রাজা সাহেব, পূর্ব্বাচলগী অচম অথৌব মবুক শেংদব অতৈগুম ঐবুদি থনবিয়ু। ঐন থম্বাই য়াওন

লম্মীগী মকোক ওইহনু পুরিউংসিদ কনানসু লাল হৌরকপগী মতিক লৈতে। করিমত চিন্তা তৌদনা মুংভাইনা পোথাবিয়ু।

দি— নং হয়েং মুংদাং চাক চাবগী বার্জোন ফংজ্রিবা?

কর্ণে— ফংহবে, থবক হেক লোইবগ লাকচনি। হুজিক্কি হপ্তা-রগী, মণিপুর রেজিমেন্টকা নেপালী রেজিমেন্টকা ফুটবোল শান্নব অমুক্ত য়েংজকখিগে— মতা চাদ্রবদি থংনব য়াই— ঐন থামদোক্লবদি ওম্মোই।

দি— অাং বিজ্রাং থায়গনু, মীচং মীথাই নাইগনু কর্ণেল, অরেম্বদ লাম্মী মশেল মলোম লৈনহনগনুকো।

কর্ণে— এস, সার, ঐ লাইন থংলৈজে।

( সালাম তৌরম্মগ এবাউট টর্ন লৈহুন চংথি।)

দি— থবকসু হওদব, মবুক ফত্তব, খ্বাইদগী থাজব য়াদব মিপাদি মাসনি। মাবু ঐন লাম্মীগী মকোক ওইহন্দুনা কুইনা থম্ব চুমদে। মথক্ত লৈনব ব্রিগেদর অম থীন্দনা কৌব তায়। লৈবাক পুরিব মাইকৈ থুদিংনা মতিক চাদব ভাক্ত ওইরক্রবদ কনান লৈবাক্কুবু চাওথংনব শেব ওমগদগে? লৈবাক্কি মা থংদে, মরম্মাই মুংভাইরগ লোইরে হায়ব ভাক্ত ভাইরবদ লৈবাক্কুন লৈবাক ওইখিদ্রাও! মথোয়বু থাজব, মথোয়দ অরুব থবক শিন্নব, মরম্মাই ভাকচব তম্বিব, সন ইরোইদ ব্রাণ য়াওবন শেনব ঐগী ইরাল্লদি লৈত্র!

(রাখল তৌহুন চংথি)

---

# ২২ [illegible]া উপে

নুংদাং পুং ৯ তারে, লালুপচিংবন ময়াম্বু থুক্নমদুন চাক ত'কই।

লালুপ— চাক লোইরে, ময়াম লেংশিনবিব য়ারনি, ঐ মুন্নাইদ সুম থুক্নমজরে। অপাম অপাম্ব য়েক্ত'দে থন্দুন হাবিয়ু মথেল য়াম্বনি। হায়দে হায়নি মুন্ন য়েংলগ হৈনদব জাত্তি হাবি-রুম্ন। নুংদাংনিনা মুন্ন য়েংলগ হাবিয়ু।

( নবদ্বীপ, লশীংচৈ, বসন্তনচিংব ঈশিং গ্লাস অমমম পায়দুন চংলকই। ) চাকশাদ লেংশিনবিয়, লোইনমক চনগ'ন। হাওরম্বু হাৎত্রবম্বু হাওই হাওই হাইদুন হাবিয়ু। হেক ওক্তু বমথৈ হাপ্‌নগনি।

নবদ্বীপ— নাত্তে, অমুক কোলহৌদুন কৈদোদগে লালুপচিংব, চাক-লুক অরেম্বদ লেমদনব কংমিমুরুবসে লেংলকও। (চংথি) মথেন্দি য়াম্নমনিদকো কে'মুংনিনা।

লশীং— ঐদি দক্ষিণা য়াম্মগ লোইরে।

লালু— কদায়দগী আজ্ঞা ঐন য়ুম্বু হায়বদু থোকই, ময়াম্ন পেম্নব হাবিরগ অরেম্বদু ঐন থুজ্ঞনি। ভসিগী উংসবসিদি ভম্নমথৈ হাবিয়ু, ঐগী শরুক খাকপিরমদ্রব ফাওব করিমত বেরা লৈজবে লোইন হাবিথো। (ময়াম চংখ্রগ) ঐবু কদায়দ লোংলুদগে ময়াম্ন খিগংতুন থোরকপদ উন্নদনবা। লাপ্ন

চেনখ্রসি হায়রবস্থু মখোয়ন মথেল ময়াম ফদং ফদং চিঞ্চং· পত্থ য়ে'নিংইদে। হায়স, য়েংদব হৌনদে, দোত্তালাগী মিহুত্খেংদ লোম্ন য়েংব য়ানি কৈনো। (লালুপ চংখি)

( নোংপোক লৈম অমস্থং দিল্লিপ পোৎ ময়োম অম, ট্রংউপু অম পায়ত্থন চেল্লকই )

নোংপোক— মবুক শেংদব আয়ুবন ইন্সিন্দুন লান্মী ময়াম লাল হৌনি হায়ত্থন লেপ্পহৌরে। ইমানী চীংয়া তময়াদ চেন্দুন লে'ৎলুবসি। (দিল্লিপকি মখুৎ পায়ত্থন চে'ল্লি)

দি— ভাইংখো, তপথৌ মুনী— ঐ আয়ুবগ ফিন্নত্থন রা ভাংনখিগে, ক'রগী লাল্লহৌনো হায়ব হংখিগে মী মচাত্থদ। (শাওই)

নোং— কান্নদে ইদুংভো য়াররোই। খর'ই হিংনব মতম খর লোৎলু'খিসি। লৈবাক মীয়াম্থু মব লশিংথু ভা'ব তাহন্নব অন্নাব নংহনখি'সি। লেংভসি—

দি— ফরে চৎলু, মত্থুগী ওইরবদি।

( মখোয়নী অরে'নব লম্বীদ চেনখ্রব মতুংদ, আয়ুব, ভূটিয়া অমস্থং সিপাহি বোম খর, নোংমৈ অমমম পায়ত্থন লোম্ন কিন লাকই। চাক চানভমদ বোম খরত্থু লংশিল্লি, পাকথত্থন লৈনৈ— মীয়াম পায়থে'ক্কুন চেন্নরকই থিংব নং- হৌদবন সিপাহিন নোংমৈ অমুক অনরীক কাপ্প তাবদ কোইন চেম্নৈ— মফম মরাং থঙদন লোংনৈ। খরন য়েক্লব সিপাহিগী মতুংদ, ভূট্টেগী মনাক্ত লোৎপ য়াওই, কিবন থক থক নিক্লৈ, হন্দোক্লৈ। আয়ুবন "হেন্দস অপ" লাউবদ

মপুং থাঙ্গত্তুনা মীয়ামদু হৌগংলি : চাবগী মচিন তেংগ্রিব, মখুং হামদ্রিব, লেংইব, পাল্লব অহাওব চাব, লশীংবৈ, সনারৈ, নবদ্বীপ, লালুপচিংব, বসন্ত। আয়ুবন ভূটিয়া ১দি সিপাহি অমত্তুগী মতেংন মখোয়বু পূন্ন লেপহল্লি, মশাদ খুংলাই য়াওরা চেক তৌই, শেল য়াওব লৌখোকই, চুরুট য়াওরম্ব চমত্তুন থক্তোকই।

অ যুব — ঐন ফাগে তাম্নরকপ মরু ওইব মীশক অনীদি ব্রাংলিরা করিনো ? কদায়দ লোংখ্রে অথওব চুমী য়াওরা তাকউ। (কাবক কাবক য়ৈত্তুন হংই— কান্নদে খওহৌদ্রে ত্তাক্ত হায়নৈ) মখোয়সি লোইন কৈশুমশাদ থম্মু তোডান তোডান্ন। পূরো চংলো মখোয়নী জেল তান্ন। ঐন পান্নার পায়রে হায়ত্তুন রেডিওদ লাওখোকউগে — চংলো পুখ্রো।

(পূথি ময়ামত্তু)

লালু — (চংন চংন) ঐন মড ফত্তে হায়ন চিংনবত্তুদি মসি থোক্তদব সন ওইরে। ঐগী ইমাকসু ইচাসু অহুমডাই— অহল লম্মন্ন থাঙ্খ য়াদেদো, ধর্ম্ম কায়ব থবক তৌক্রবদি অকায়ব কয়া খুদোং থীব কয়া নংদব হৌনদব তাইবংনে।

নব— শরেং থোংবত্তু লালুপচিংব হাওদি হাওখ্রে হায়ববু সুং মচা কোলাস থাবদ শিক্তিন্নবত্তু থর য়াওরম্মনে। সুংত্তু চুপ্পবু ফনবু হাওই— ।

অহাও— ডক্রো থোংবত্তুদি করিনো নৈসি তরং তরং তংপমথৈ লেংইনে কার পোং থাকখ্রবনো খওদে। নৈসি ডাক্তরদ শিললমুত্রবদি য়াররোই।

লশীং— শিংজুহৃ হাওবিখ্রে হায়হূন চাবিবদ ঙা মরুরা য়োংপীরা করিবো য়ারিব ৫/৬ য়ুখ্রে। অহূবু বোম তারকপ মথোল ভাবদ লোইন য়োংখ্রে, য়াদদি ঈ ঙাক্ত ঙাইরম্মে।

ভূটি— রারী শাম্ন তুম্নিন তুমিন্ন চংলু। চাবগী রাদ ঙাংই পূর্ব্বা-চলগী চাকয়াম চাবশিংসি।

সিপাহি— নিপা মথৈ রারী শাহল্লবস্নু নুপীমথৈদি শাজ্জসন্নু। হোলদার সাহেবন কনবানিন নিপামথৈ শেন্নবিয়ু— ঐ নুপী মথৈ শেন্নজগে।

ভূটি— মীশক থঙঙ্, দোকানগী বোর থাংবদ নামং চংলব অব-তুন্না, থেলা গাড়ী নত্তে নবেম্মশিংত। লৈশাবী অম য়াওর বহুদ রা হেজ্জিল্লুন্নু নোংমৈ চানিংদ্রবদি থডব্র ?

সি— এস স'র। (চংথি)

( রেডিওদ কর্ণেল আয়ুবন র ঙাংই )

আয়ু— তাও পূর্ব্বাচলগী প্রজা পূন্নমক, ঙসি আহং পু' ১০।০ ভাবদগী পূর্ব্বাচল ঙাকপগী দায়ী তুংবঙ্গাও হায়ন থডনরম্ব কর্ণেল আয়ুবন রাজাসাহেব অ'য়ুবথান ওইরহূন পুরগনি। মতাং তোরম্ব, প্রজা ওংলম্ব মীরৈবাক্তগী লাকপ দিলিপ কুমার পাংদ্রবহূ লৈবাক্কি থুঙ্গী লংথোক্লমহূন চেনখ্রে নোং-পোক লৈমগ লোইনন। মথোয়নাবু হিংন নস্রগ শিন ফাহূন পুরকপ ঙম্ব মীশক্কুদ লুপা লিশীং ৫০ মনা পীগনি। প্রজা পূন্নমক্কি অরাব কোক্কব আইন হয়েংদৈ শেম্মনি, য়ুগান কৈবান ফগংনব নীতি অনৌব থোরক্লনি, মী পূন্নমক হরাওবিরো। হান্ন মন্নুম পানথিব লুহোংথিব পূন্নমক আইন্ন ককথংলে,

অমুক ইনৌ নৌন অপাম্ব মুপী থিনব, থম্নব য়ারনি। লালুপ চিংবন অহানবদ লৌরম্ব সনাঠৈবু ঐগী যেগম অথোইব ওইন হাপ্লনি, ঐন হান্ন লৌরম্ব মুপী ৪ ভু খায়নরে হয়েংদগী, অপাম্ব শিংন লৌথিব য়ানি। মথা, মুংঙাইরব সরকারগী পাও অতৈ হয়েং অয়ুক পূং ৭॥৹ তাবদ তাবিব ফংনি— মেদিয়ম, কিলো সাইকল ১২২৪ সেকেণ্ড থুদিংদগী। ঙসিদি সিন লোইরে— তাবিরিব পাওসি অকাশবানী পূর্ব্বাচলদৈনি।

(থম্মি) নিপামচানবু লাইবক য়েংব কিব হৌনব্রাও?

(ফম্দুন চংখি)



# ১৩ শুবা উঁপে

চীংয়াদ তাব খুল অরাপ্প অমদ দিলিপ অমসুং নোংপোক লৈম লৌ উতুন লৈরে। অয়ুক অঙনবনি নোংপোক থংব অতিয়াসি কোরৌহনবন লৈঙাং ফিতুপকুম্ন শংলে, লৌ খোইবদ মতৈমনাওগী অরাবগ্ন খর কোকচনব নামিব মুংশিংন লীরি লীরি তুন্দীরি। লৈখোম লৈনাং ইতৈ তৈরব দিলিপ্ন নোংপেন শেগাইরব ১ তাখৎতুন শেৎলি, সার্ট শেগাইরব মনজুনব হাফ অম লিৎলি, মকোক্ত খুদৈ অরাংব ১ য়েৎলি। নোংপোক লৈমন খ্বাংজেৎ ১ শেৎলি, মকোক্তসু কোকশেৎ শেৎলি, মুগা ফুরিৎ অককপ ১ লিৎলি। লৈখোম লৈনাংদি খর তৈরে।

অয়ুক অঙনবদ দিলিপ্ন সাইক্ল ১ পায়তুন লৌ খোইব, নোংপোক্ন লৌরি খোনব য়োং অচা ১ পায়তুন।

দিলিপ— অর অরনে, তি তি, তি তি নংবু পৈন চৎকনুনে। লিংজেল মাম্নত্রবদি খবক পাংব শৌনদে নহায়। দানান হাওন চানিংইব খবক্ন ফত্রিবা!

নোংপোক— হৈদি হৈতন সন্দ তাইনরিব্রাও? ব্লাররিনি ঙহাক্ত পোত্থাখো। ঐ অমুক হৈব্রা য়েংগে, অমুক্ত খোইগে, সে।

দি— নখোয়গী পূর্ব্বাচল মচাদনবু নিংথৌ মচানি, ব্রাহ্মন মচানি লৌ উব য়াদে, চাত্রা চানি লেম্ন,— মীন শূরগ চাবদি

য়াওনি হায়জরবনি ইবেম্ম'। ঐখোয় নৈবাক্তদি লৌউব, কি শাব, লৌবুক্কি পাৎকি কারখানাগী থবক অওম্বমথৈ তমশিন্নৈ। য়োৎলৈ অনীদং কাংবদ নখুত্তু পোকখোক্লরিনি খওই। ওসিদি মোরোক শান পূর্ব্বচনগী ইরোনব চাদোরিবনি উত্তী অমগ, নখুৎতু কমদোদোরি ?

নোং— উত্তীত্তুবুদি হোংউ ফজরব মকা অম থাক্লুন ফজন থোংবিনি, ইরোনবদি রাজকুমারন লোনবিব তায়, থুৎসি য়াদ্রে, য়াম্ম পোকথোক্লে।

দি— নৈশারিবৈদ কৌ শুবক্তাও ? উতাংবী ওইন পুন্সি চুপ্প হিংনব তম্মকপ্রাও পিক্লিবৈদো ? য়োৎলৈ অনীদ খুং পোক-থোকপী মুপী অম পুত্নন ঐন লৌ উত্নন চাদোরিবসি করম থোক্লগবা খওদ্রে ; তি তিনে।

নোং— নহাল য়েঙ্গাং মখেল ময়াম চাখিব মীশিংত্নন উরবদি ইমানীবু কল্লক পেন্নরনিদা ! অতুক হাওব য়েঙ্গাংশিংতু বোম তাবগী পাখৎনবদ মহাওদি খওওরিরোই ।

দি— মখোয়ন চাবত্ন ঐদি য়েংনিংব জাৎনি ইরাইবক্ল য়াদব হায়ত্নি ।

নোং— মীবু য়াহম্নিংবগী নংহম্নিংবগী তৌরুব পাপ্তু— খুদক্ত মহৈ ফংলেদো লৌমী।

দি— ফংসমু রাজগে, লৌমী, উতাংবী ইবেম্মা। অরনে—তিতি।

নোং— কোন্নুং লোমদৈ মীন উখ্রবদি নোক্লনিদকো— অচোব নৈ-বাক্কি রাজকুমার লাইবক থীবাও। নখোয়গী ইকু ইবুংডোন উখ্রগ করি হায়রগদগেনে সনা মতুম লৈখোম তৈবাও। থম্মু

পোখ্যরো হায়মি, ঐ অমুক শিনগে, হোরেল ফমুংদ পোপ তাখিবদগী ৱাবন মিকপ থোক্লরোইয়ে।

দি— তুম্ব মুংডাইবছু ৱাজমন্নে, নৈবাক্তি ৱায়েন্দ কোক ডাওহুন অহিং তুম্ব য়ারমদবছু ছুজিক কয়া মুংডাইরে, কোক ৱাইশংন খ্রো খ্রো নাথোকপ য়ারেদো।

নোং— ৱাদে, ইকাইদে— নশান মুংডাইজ্ঞে হায়রবদি ঐগীদি য়েংব কয়া মুংডাইতে হায়বদনি বেরা নৈতে। কৌ য়ান্ন থোক্লব কন্ন উবিয়ো পাখৌ ইবুংডো।

দি— ( ইশৈ ওইন )

মুংশি মশুং লাঙ্গিনি খল্লু
পাম্মুব মাগীদমক্তি খুম্মু
কনাবু ইকাইনি করিবু ৱাগনি?
অরনে, তিতি — তিতি নহায়!
চাঁদ কাছুন শিংমু চনবিগে,
লৌবুক্ত কুমছুন কৌমু লিংবিগে,
কনাবু ইকাইনি করিবু ৱাগনি
ৱাথডবী নংন ৱাবিব ম্নাওরিঙ।
মুংশি মশুং লাঙ্গিনি খল্লু,
পাম্মুব মাগীদমক্তি খুম্মু.
মাংজখো তাংবন নিংখৌগী নাপন
লেংবিমু পাম্মুবী নংদ ঐহাক্তি।
তিতি, তিতি নংবু লখী চুম্ন চৎলুনে।
ৱাদে হায়ন থল্লগ ৱাদবনে। ঐদি ৱাদে—

নোং— চুরুটসি থক্তুন অমুক্ত পোথ্'থো হায়ব সনা মতুম, রাম্ন-নিয়ে।

দি— রাসন্থ ইবেম্মা নশুং লাংগিনি। অরনে— তিতি। সন-শিংদি মরম্নাই রাজব ঙ'ক্লি—, ঐথোম্ননীদি য়েম্নহুন রাবনি অমদ থিংতনি।

নোং— অহুবু ঐদি য়েংব ঙমস্ত্রে হায়ব।

দি— নংন ভাবোক ওইত্রবন্থ সজ্নিংসি মরম্নাই চিংজনি। য়েংব রারগ নং ঙহাক পোথ্'রুনে। ঐদি র'দে লোইনব থোই-থিনি—তিতিনে।

নোং— অমুক্ত-শিনগে হায়বন্থ য়াদে—, অহুগা ঐ চা লোল্লুথিগে। ঙহাক থক্তুন পোথানব—।

দি— ইবেম্ম নংন লাইয়ব ইফম তারব লাইবক থীরব ঐবু অহুক পীজ পীথক নিংইবহুবো করিননো? ইপাপকি রারিবনে রাজসনো— অর, তিতিনে। হা?

নোং— অহুবুরাও?

দি— হোয়নে—করিগিনোনে?

নোং— সুরাইদ চংবিরকও লোম্ন ত'কচগে—ফোংন হায়ব ইকাই-ঠৈজয়ে।

দি— থবক লোইত্রিউঁদ তারদি ঙমজরোই, অর তিতিনে—কোম্ন হায়মু মাংথিদোব রা নত্রবদি—ডারুরাক্ত ডারৌ লীব-গুম অহুম থমজিল্লু নবুক্লিংদ—তিতি, অম হেল্লিদা!

নোং— (খোল্লি) হে ঈশ্বর ইবুংঙো! মত্রুক মুংশিব নিপাসিবু ত.ইবংপান্দ অনী অথিত্রাও নংন শেম্বদ? থাজদে।

দি— থবক কন্না নোঙ্গ মৌদি ঈশ্বরন শেঙ্গ য়াম্ম লৈয়ে।

নোং— ( ফোংন ) য়া হায়রগে লাকও হায়বা—, লৈথোমলৈনাং
- তৈব সনা মতুম, মুংশি মপঙ।

দি— য়া হায়দোক হায়জিন শান্নবতুন চাকতাংবদ পুক থনব য়াপোং নত্তে। নংন চানব লো উরিবনে ঐগসে, নংগী হায়নিংব য়াশিংদো চরু ইকু পৈথংপদোন অতুম পৈথংথো করিম্ম পংলোই, থবক থারব কান্দ হায়নিংব হাইয়ু, পীজ-নিংব পীজো—অর তি তি—তিতি নহায।

নোং— মসি নিপাসি ওসি লৌবুক্ত য়ান্থব তারে, চাম্ম লোল্লুগে, ইশিং অইংবম্ম থর থোয়াং তোদব য়াদে। ( চংথি )
য়াম্ম শূরগ খিংত চাব আসগুম্ব নিপাসি ডাক্ত ডাইরবদি পূর্ব্বাচলগি মুশীমথৈ ইশূ শূবনা মবুক কায়নব চাজব য়ানিদ।
( দিলিপ্প ইশৈ অমুক শক্কুন লো অহুম থোইহোই )

# ১৪ শুব উৎপ

কার্ণেল আয়ুবন স্যুট শেৎলে, দিলিপ্ন য়েংশয় কোয়েৎ আঙমীর য়েংলগ চৈ মচা অম পায়তুন লাকই। মতুংদ ভুটিয়া'ন অহাওববু মখুং পুম্নগ চিংহুন পুরকই।

আয়ুব—অহাওবা !

অহা— কার্ণেল সাহেব। ( চপ লেপ্পি )

আয়ু— কর্ণেল হায়বসু রাজা সাহেব হায়বসু মিষ্টর অহাওব চাব।

অহা— রারৌবিসু রাজা সাহেব ঐ কাওথোকপিরুরে।

আয়ু— নংবু য়াম্ম কাওগনব্রাও ? অতৈডে নোংপোক লৈমবু নংন য়াম্না মুংশিখি, মাবু লোগে হায়তুন হোৎনখি। কাওবব্রা ?

অহা— মতুদি কাওবিদে, নোংপোক লৈমন ঐবুদি য়াম্ম মুংশিব জাৎনি।

আয়ু— নোংপোক লৈমন নংবুদি য়াম্ম মুংশিবনি মহাক্কি হুজিকসু নংডোন্দ লৈনি হায়রিবনি— নংনা মাবু মুংশিদ্রে ময়াংন লৌরুরে পামদ্রে হায়গদ্রা ?

অহা—ইস, করি ব্র'নো রাজা সাহেব, ঐদি মাবু পাম্বিব্রবনি, মগি মুপাহু লৈবন করম তৌসিন্না থনবদনি।

আয়ু— নং রেডিওগী পাও তাদ্রিবা ? হাম্ম লোনরম্ব মুপী' মুপা লোইন থায়নরবনি আইনগী মতুং ইন্ন,- রাজাসাহেব আ-য়ুবকি আইন অনৌব,—অরিব কান্নদব চৎনবী পুম্ব য়েন্দেম থারাক শোইবগুম থবং থবং তৎলবানি। ভুটিয়া, জেল

থানাদ রেডিও অম লাউদ স্পিকর অহোব অম পান্দুন থম্মু চংলু—হুজিকমক। চংলু—মাবু থাদোক্লম্মু।

ভৃ— আজ্ঞা, স্র য়াথং। ( সলাম তৌরগ চংখি )

অহা— হায় লৌন লৈনখিব মুপী মুপাক্কু লোইন থায়নব তারব-নিনে রাজা সাহেব?

আয়ু— থায়নব তারে, অমুক হৃপ্তিন্ন নিংব কাংবুন হায়ন শিংনহুন হৃপ্তিন্নব তারে। হৃপ্তিন্নরোই হায়রগ অতোপ্প অম থম্নহুন অমুক লুহোংব য়ারে, আইনগী মতুং ইন্ন। মরম অদুন দিল্লিপক নোংপোক লৈমগম্বু থায়নরে, নংন মাবু লুহোংজব য়াবনি নখোয়নী পাম্নব মতুং ইন্ন।

অহা— দিল্লিপ্তু কদায়দ লোৎখ্রবগে, মাবু হায় কাহুন জেলদ থম্মগ লুহোংবন খুদোং চাব তায়। ঐ মাবু ফারুগে। নোংপোক লৈম পুরক্কে—। সনা য়াথং অমত্ত পিবিয়ু।

আয়ু—দিল্লিপ্পু নংন চংন থওদে হিংন থডদে— ফারকপ ঙম-লবদি মনা লুপা লিশিং ৫০ নি; নং তাত্রিবাও?

অহা— ননাই ঐ লাইবক য়েংজরুগে। মখোয়নীহু লোৎপ রা-গদব মীশক ডাকনি—। লোৎনিংব মফমদ লোৎলমসন্নু অউপ্প উনা লোংন হায়গৎতুন থিজরক্কে—নমহুন ফাজরক্কে—নোং-পোক লৈমহুদি ঐবু য়াম্ন মুংশিন্নিব জাৎনি—ঐ মুন্ন থডভি, থাজবিয়ু।

আয়ু—নং চংলা থিরুরো। ঐগি খুদোপসি উৎলগ সনাবৈহু জেলদগী থাদোকউ ঐগি হুকুম্ন হাইয়ু,—মডোন্দ খুদোপ্তু পীরকউ। মহাক্ক বেগম ওইরদোবনি ঐগি, রাজা সাহেবকি।

নংন নোংপোক লৈম লৌরগ যুবরাজ ওইগদবা। ( ফাক ফাক নোকমিন্নৈ )

( মপুং শোক্লৈ )

অহা—অহৌদি রাজা সাহেব, ঐ দিলিপকুমারগি মতুক থিব চৎচরগে।

অায়ুব—থীহ্নবনি তহাওবা। নংন দিলিপ হাংলগা নোংপোক লৈম হেক পুবকপদ—নংবু ঐন রেডিও পূর্ব্বাচলদ যুবরাজ ওইরে হায়দুনা লাওথোক্কনি।

( সলাম তৌরগ চৎখি )

চৎলো, সনারৈদো রেডিও ষ্টেসনসিদ লাও হায়রস্মু।

( হঙ্গং হন্দা চংতূন মবুক্লিং মুংঙাইন লৈ )

ঐগ লৈরিব মুপী অমনবী ৪ সিদি মথোয় মথোয়না থোকপ জীবিকা ওইনব হিদাক মনাবু য়োল্লুগে, তাম্বু মরুম্বু থিক্লগে থিজরুরো চৎলো হায়দুনা তাম্মোকখিব তারে। ঐবু মীন ফজে হায়নরোইদ্র? মথোয়না কৈ হায়রগ ঐঙোন্দ করিবু থাদ্রগদগে? ঐন মুংঙাইরগ লোইরে, তাঙাং ওই-দোরিব ঐগি সনাহুন মুপী লোইরবদি ঐ লৈব ঙম্মোই হায়-রক্কনব লৈ—ঐ রা, খঙদব তারোইদ্র! শিরগ ঐবু লাক্কু-গদ্রা? হয়েং মপোক্কি রা সোরদো—হয়েংমপোক্কি মংলান-গিদমক হন্দক মপোক্কি তাইবদ মুংঙাইবসি বন্ধক থম-লোকপ চুমদ্রাও? অপাংব মীগি মতৌ লাইন থারকপ রাজা সাহেবন তম্ব হৌনদ্রা।

( সনারৈ কেন থেক থেক লাকই )

সনাহৈ— তা তুরেপ্পাও, ঐবু কৌই হায়রবু করি থবক্নিনো ? খুবাক ময়ি য়েংবিগে হায়ব্রাও ? খুদোপসিন করিগিনো ? (পীথি)

আয়ুব— খুবাক ময়ি য়েংগদব নত্তে সনা, ময়িগী ফোগ তাকে তৌবনি—লাইখকফবী।

সনা— করি ফোগ ফংব তারবগে তাতুরেপ্পাও ?

আয়ু— নং বেগম ওইব তারে মহারাণীগুম্বী।

সনা— কনাগি মহারাণীনো ? করম্ব ওইদোরিবা তাতুরেপ্পাও ? ঐখোয়গি মাপি পাবুং, নং তাডাংন করি ওইব তারে ? ( হরাওন হংই )

আয়ুব— তাদ লালুপচিংবন ওইব য়াব ফমদি লৈকাই চৌকিদার নত্রগ খুনগি গাংবুরা। সনা নংন ঐগি মহারাণী, ঐনা রাজা সাহেব। পূর্ব্বাচলসি ঐন হুজিক্কি ডাক্লদৌবনি। হায় হোডখিব লুহোডব পুম্নমক আইন্ন য়াব্র, অনৌ অনৌব হোংব য়ারে। সনাগ দ অতৈ থিরুরগ্ন রাজা সাহেব ঐ লৈরে।

সনা— তাকপিরিব য়াসিবু অওইদ মওইব্রানে ?

আয়ু— ওরাং নহাক রেডিওদলা ওথকখিবহ তাহৌব্রাও ? ষ্টেটকি গেজেট্টম্ন পাওশিংসি ফোংখ্রবনি, থবর অতৈদম্নু য়াওবনি।

সনা—ঐদি নহাল মথৈ খডদে, তাতুরেপ্পাওদি ঐডোন্দ ভাব অম লৈবির্ম্মব রা ওইরে, ঐদি ডসিদ খডইবসি ডাইদা !

আয়ু—তাইবং মীগি পুক্নিংদ লৈব য়াসদি ফোংবু ফোংদোক্লব্রদি খডনদে ইবেম্মা পূর্বাচলগি থোইবেন থোইবী, ঐগি থম্রাইগি তুংনফম। নংন পীব থৌনান ঐন সি য়ৌরকইবনি।

সনা—হান্না নুপী ৩/৪ লোল্লি হায়বগুম তৌবহৃদি কমদৌব ভাৱিবা?

আয়ু— লোইন থায়নখ্রে নথন্দ ভাইরে সনা, ঐগি মহারাণীদি।

সনা— ( কেম ) রা অমত্ত হঙ্গংচগে। ঐদি চহি অচাং নত্রে—২০ হেল্লবীনিদো। চহি ১০/১৮ গি নৈশাবী ফত্র ফজ্জরব নৈ অম অনী খল্লগ মহারাণী হাপ্লিব য়াত্রাও?

আয়ু— ঐন পূর্ব্বচনগি মনুংদ খ্বাইদগি নুংশিব কল্লকপ নুপীসি নংন মরোইবে সনাবৈ ইবেন্ম। ঐবু খাঙ্গৌ, ঐ অরানব ভাংদব অরানব লৌচৎ চত্তব ধর্ম্মবীর আয়ুব থাম্লি।

সনা— ফরে অদু মভাইরে, থরাইন চপ্পুনুংবিরবদি—আইন কাইব য়াদবনিন মহারাণী ওইব ভারেনন ইরাইবরু ভম্বনিন। অদুবু রাণীসি ২ দদি শুনব নহা অমত্তংদি সেকেণ্ড রাণী ওইনব হাপখিসি ইথন্দ ভাইবসি চহিন অভাং নত্রবন ঐম্নু ইকাইরপ তৌই। ঐন হায়রিবসিবু আইন কায়রব্রা?

আয়ু—আইনগি মতুং ইন্ন ঐদি নুপী ৪ থিব য়াই—ঐদি অমদৈ হেন্নিংহবনি অদুবু নংন পামজরবদি—নংগি সেবা তৌহন্নব ২ শুব রাণী অম হাপচৌ য়ানি।

সনা—জেলদ হুজিক নৈহৌরিবী নশিংনৈ হায়বী নৈশাবীদু মশা কৈ, মশক মতৌম্নু কৱিমত রাংতে, মাহাক অম হৌজিল্লু-রগে খুং থর কন্নব হায়ববু—রাজা সাহেবন থবাই ভাবিদব্রা?

আয়ু— ঐগিদি নংন হায়রগ লোইরে প্রিয়ে মুরজাহান। ননিং থুংনব মাবু জেলদগি থাদোক্লগ পুরকউ, ঐগি স্নায়াথংনি হায়ব্র—কনামত থিংলোই।　　　　　　( খুদোপ পীথি )

সনা— অদুদি মহাক লোথোকচক্লরগেদো। ( কেন )

( কেন চৎথি, আয়ুবন দিশ মুংডাইন য়েংদুন লৈহোই )

তুম্বে—তাইবং মীগি লাইবক কনান তম্ব ঙম্বগে হা হা—। মীবু স্থম থোইদো শাঙগৎন মীথাদ পোন্দুন লৈব হোনব্রাও ? নিপা মচা থোক্লবদদ নুপীমচা ইতুং ইনবিনব থোক্লকইব—নব্রাও ?

( রেডিওদ চংদুন রা ঙাংই )

ঙসি পূর্ব্বচলগি আফিস অমস্তুং স্কুল কোলেজ পুম্নমক রাজা সাহেব আয়ুবকি লুহোংব য়াওনব ছুটি থারনি। ননিং তম্ন চারো, থকলো—হয়াউনরো। তারিব পাওদু আকাশবাণী পূর্ব্বচলদগিনি। ঐগি ইতেং পাংথিব লাম্মীশ, নথোয়দ ঐন তৌবিমল খঙব উংপ ওইন নংন নংন পাম্ব নুপী অমমম মুন্দুন লোক্সব য়ানি ; কুম অমগি চাব ওক্লব ফৌ-চেং—অবৈব মহাক্সনগি কোট্রগি নত্রগ লৌউব লোমী-শিংগি চেংফুদগি তডথায় অম থাকলম্মগ নংগি নংগি কোট্র চেংফুদ হাপচব য়ানি। মসি পূর্ব্বাচল নিংথৌন ঙাক্লব লাম্মী য়োক্লব চলাইদব য়াদ্রব আয়ুবাকি ক্ললনি খঙডু। লম্মী ওইবন ফরনি থল্লব মীন লাম্মদ ঙসিমক নমিং চল্লব য়ানি। তারিব পাওসি আকাশবাণী পূর্ব্বাচলদৈনি, ডাংইব ঐন রাজা সাহেব আয়ুব থামি।

( সনাবৈ অমদি লশিংনৈ রা তামদুন লাকই, ছুবী অনমম লোম পায়রকই )।

( সনাৱৈন বাসক মতেক অম ভংলকই, লশীংলৈন শ্রীমতী রাধিকা শায়কই, আয়ুবন ভাইচুন হরাওন লৈ )

ইশৈ :　　( অপাম্ব শকউ )

ব্রজের পথে যাইয়ে ধ্বণী কুঞ্জর গমণী—...............—......—

আয়ু— মশান য়ারব্রা অতোপ্বীচুবো ?

সনা— ( মনাক্ত কেন চংলগ নাকোংদ ) মমিং ওইনব লৈ পরেং অমত্তদি ভকশমদ চুকচগে হাইবে ?

আয়ু— লৈ পরেং ভকশমদ চুকপ হা হা হা করি য়াদনি— পূর্ব্বাচলগি চৎনবিনি। চুকচরো লাও—লশীং লৈমা।

লশীং— মসিনি ঐন চুকচিনিংব লৈ পরেংদি। ( হায়রগ ছুরৌন থিল্লি—মথোয়নী চাচুন হাংলি আয়ুবপু )—অয়ো য়ো লাওন আয়ুব ফর ফর ওন্দুন, ই-শিং কোবদ থাং পিথক্তুন হাংথি।

সনা— ( রেডিওদ লাওথোকই ) আয়ুবখান লুহোংবদ লৈ পরেং অনীন মতক্ত চুকপদ শুম চারমচুন মঙক কেল্লক্রে—শিরে, লৈবাক অসি অমুক হন্ন দিলপ্ন ভক্লনি। দিলিপ থিব থঙত্রিভৈগী মরকসিদ সনাৱৈ মতৈ লালুপ চিংবন লৈবাক পুংগোগনি—জেনদ লৈরিব চগুাল আয়ুবন ফারম্ব মী পুম্নমক চুজিকমক থাদোকউ। পাওসি আকাশবাণী পূর্ব্বাচলদৈদনি —সনাৱৈ দেবীন লাওথোকচবা।

লালুপ চিংবনচিংব নবদ্বীপ থোয় হরাওন চেল্লকই অশিব আয়ুবত য়েংলৈ, শিরমদবম্ভ থঙদে হায়চুন ময়াম হাংলি। থরন অশিব পুংখ্রা—থরন দিলপ থিক্লরো হায়-চুন চৎহনাথি।

লাম্লুপ— ( রেডিওদ ভাংই ) হুজ্রিক্তি পূর্ব্বাচম্পদ শান্তি লৈরনি—হিংচাব কংস শিখ্রে, কৃষ্ণ শাব য়ারিব ননাই লাম্লুপ-চিংবন লৈবাক্তি নুংঙাইনব য়েংহুন—প্রঙ্গা পূম্বগি ফনব য়েংহুন ইমাক দিলিপ হল্লকত্রিব ফাওব ঙাকচরনি। লানগি অকিব লৈবিরম্লু, চাক তাংবগী নুংশা থিবিরম্নু, য়ুম কায়-বগি নুংশা থিবিরম্নু। চাব রাংতনব মী মথল পূম্নমক্তি ওই-জব মাংদনব, অচুম্ব চেংগী নীতি, লোমী শিন্মী—মীচম—মহাজন পূন্ন তানরগ অম শেম্লব পূর্ব্বাচগগি দরবারদ লম লমগি অহৈ অশিংব পূম্ব কাবিরকউ হয়েং পুং ১০ তাবদ। লান ঙাক্লব অমদি চাক তাংদনবগি মিংদ নয়' পৈশা ৫ থায়রগ য়াগদব মক্ষমদ ৯৫ মুন্দুন আয়ুবকুম্ম মী ওংচরোই। তাবিরিব ঈ-পাওসি আকাশবাণী পূর্ব্বাচম্পদৈ লৈঙাক থুজ্জী পায়রব, সনারৈ থায়নদব লাম্লুপচিংবন লাওথোকচবনি।

---

# ১৫ শুবা উপ

চীংয়া খুন্দোন, লৌ উ শংদ মুমিং তারে। নোংপোক লৈম লালটেন থাঙ্গংতুন ফৌ শুব লোইরগ চেং মচং খল্লি ইমুংদ য়াঙ্কোক অমদগী। শিং চনব চংখিব দিলিপ মুমিং তারব ফাওব হল্লকতুন নোংপোক—মথৱাই য়ান মওন মওন খল্লি করি থোক্লমগবা। থোঙদ নিপা অমন কাক থংপ তাবদ লাক্লে হায়তুন হরাউবন নোংপোক পয়প পয়প হৌগংলি থোঙ হাংদোকপ।

নোংপোক— করি তৌরবনো মুনিং তারফাওব হল্লকত্রে হায়তুন ঐদি মুংশা থীরুরেদা।

(থোঙ হাঙলগ দিলিপকি মহুৎত অহাওব ওইরম্ব উতুন ইণ্ডক ঙকই)

অহাওব— ঐনিনে মুংশিবা, করম করম্ন পানব ওইরিবা? রাজকুমার দিলিপ্তি কদায়দ চংখিব ওইবা?

নো:— ঐদি মহাক ওইরবোই নিংলুতুন থোঙ হাংদোকলুরিবনে। শিং চনব চৌংদ কাখিবদগী হল্লকত্রিয়ে মাদি। ইবুংবু করি থবক্কি লাকপিবনে?

অহ:— থবক অতৈগী লাকপিব নত্তে, নংবু মুংশিমনব ওইবগী লৌরুগে লাকপিবনে। দিলিপ ওইরবোই নৌংউবগী থোঙ

চাংদোকপ ওইরবদি ঐহাক ওইরম্বগী থোঙ অমুক লোন-
বিগে হায়ব্রা ?

নোং— করিগী লোল্লুদগে ইবুং লাক্লগা! ফালসিদ ফম্বিসি।

( ফাল থায় )

অহা— থোঙ লোম্লিংঙ্রবদি ঐন নংবু মুংশিবিবগুম নংসু ঐবু অহুম
হুৎক্রিক ফাওব মুংশিব ওইব ত'য়। নত্তব্রা ?

নোং— করিগী মুংশিদদগে ইবুংবো।

অহ— হো, নংন মুংশিরবদি ঐ নংবু লৌবিরগে লাকপনি।
আইনগী মতুং ইন্ন হুজিক্কি ঐন নংবু লৌব য়ারে।

নোং— করিনো হায়রিব য়াহ্নু ঐহাক ভাব তাদ্রে। করম্ব আ-
ইন্ন য়ারিবা ?

অহা— নথোয়ন চেনখিব মতুংদ আয়ুবন রাজ্য সরকার ওইবিখ্রে।
মাগী আইন্দ হায় লুহোংখিব পুম্ব লেইন থায়নব তারে,
অমুক অপাম অপাম্ব থন্নহুন মৌসু লুহোংব য়ারে। নংগী
ইমাশিবু মহাক্ল মহারাণী হাপখ্রে, নংবুন ঐডোন্দ আয়ুবন
লৌহরো হায়হুন পীবিরে, ঐন যুবরাজ ওইব ত'রে।

নোং— করি য়ানো, ঐদি আয়ুবকি মচা নত্তে, রাজকুমার দিলিপ-
তুসু নৈরি হুজিক্কি, মহাক্কি আইন্দু ঐথোয়দি তাদে, দি-
লিপপু আইন্দু য়ারোই।

অহা— পূর্ব্বাচলগী নিংথৌ আয়ুবন নংসু, ঐসু য়াওব মী পুম্নমক্কী,
মপূ ওইরে। মাব নংগী ইপা ওইব্রবসু নিংথৌ ওইবগী
নংবু ঐডোন্দ পীবনি। দিলিপপু ফাব নত্রগ হাংপ মীদ লুপা

লিশীং ৫০ মনা পীগ্নি। মহাক্কি লৈত্ৰবগুম্বনি থল্লু।

নোং— করি ঝানো হায়রিব য়াদুবো। মাগী করি মতিক লৈহন ঐগী মুপা হাংকনি?

অহাও— নংগী মুপা ঐ হিংই মান হাংলোই, নংগী মুপা ওইদ্রব দিলিপ্পু নি মান হাংতোরিবদি।

নোং— আয়ুবন নিংথৌ ওইব ঐখোয়দি য়াদে, মাগী আইন ঐখোয় চত্তে ইবুং।

(মকোক্ত শিংপোং পুবদুন শিংজং অম পায়রগ দিলিপ লাকই, কোম্ভোংদগী নোংপোকপু কৌরকই)।

দিলিপ— নোংপোক্ত শাংপী পাম্বোইবী, নংবু ভারিব্রা? দিলিপকি থব্রাই পুবী হিদিঙ্গা মচাও! মহুবু অচিকপ লৌউশংসিদ মথন্দ লৈবিবৈ কবুই কৈওইবগুম্ব লাক্কুন ফাদুন পুম্বব্রনে! তম্পাক্ত তাবম্মে তক্ষ গুম্ন ডানবী, —নংবু তুপ্পীব্রাও? শিংসি অমুক্ত থারো লাওও, নশক উরগ অব্রা পোম্থারগে?

নোং— (চেম্বোক্লগ হবাও হরাও) লাকচরে ননাও, মুংশি- মচি অনভব, পাম্মু-মচং অশেংবাও।

(শিং থামিনৈ)

(হুমাং তৈথোকপিরগ) ঝাবন অমুক্তোইন লোইররিনি — শিং য়াম পুরকপসিন থেংলকইবনিদনা।

দি— চৌংথোড লম্বাদ কৈশাল অম থেংনদুন হাংতোক্লম্মে, অদুন থেংবনি।

নোং— শাস্ত্র থেংনরকপ—অদুদি ঝাবনা শিব তারে, থরদ পুরকপ য়াদ্রাও?

দি— কুইম থানব চল্লিঁউদ য়াম্নপ চনবন কৈ, নং উবদ অয়াব পূন্নমক মুমিংন থোকপদ অময়ন লোংথিবগুন মাংখ্রে। পাঙ্গল কল্লক্লে, নুমিৎ লৈম, অভোপ্প কৈজাও অম লাক্লরবসু ঙম্মনি ঐ। কনানো মাঙ্গেঃলৈন্দসিদে—মীরা শারা ?

( মুন্ন য়েংই )

নোং—অহাওবনি লাকইবসি। ( তপ্প )

অহা— লাওনে দিলিপ, ঐনি করিসু কিগনু। শাগুম মীনি—হায়-সিরা নংগী য়েক্লবনি হায়সিরা নংন পাম্ব হাইয়ু।

দি— করি থবক্কিনো নোংজুথাদ শকলোংপ, পোইমুগী মক্লপ্লো ? ফৌ য়ানব পাম্নু ?

অহা— নংগী মুগী ওইবম্ব নোংপোক লৈম শকহেনবী হুজিক্তি আয়ুবন ঐডোন্দ পীবহুন ঐগী মুগী ওইয়বীসিবু লৌবিগে লাকপনি।

দি— আয়ুবন নঙ্গোন্দ পীরব হায়বদি ? মাগী করি মতিক লৈর-ভুন, মাগ করি থোক্লভুন. ঐগী মুপীবু নাঙ্গোন্দ পীথোকলে হায়ব থাজরিবনো নংন, অপঙব চৌংজুম থকপা ?

অহা— চৌংয়া তময়াদ লোংতুন থাডব, লৈবাক মীরক তিন্দব রেডিও তাদব, পাংদব নানি পঙইবদি যুবরাজ। আয়ুবন পূর্বাচলগী মপু ওইরে, ননেম্বোক সনারৈবু মান লৌহুন মহারাণী হাপখ্রে, মথুংন শেম্ব আইনী থাংজোন হায় লু-হোংথিব কিশি পুম্ব ককথংখ্রে, নংগী মুপীসি মপা থোকপ নিংথৌ আয়ুবন আইনগী মতুং ইন্ন ঐডোন্দ পীরে. নংবু হাৎপ নত্রগ ফাব মীদ লুপা লিশীং ৫০ য়োখ্রে, মনা পীদোরিব।

নথৰাই হিংনব নং চেঞ্জখ্রে', নংবু ফানিংদে নংগী নুপীদি ঐ লৌবিহৌৰগে। মহাক্তি নঙোন্দগী ঐবুন হেন্ন মুংশিরিবনে থৃডগ্নৌও।

দি— হা হা হা হা... ... আয়ুবন নিংথৌ, অসুংকি অনৌব আইন, লুহোংখিব পূম্ব হন্দোকনৌ, নুপী থিব খডলমদব নখোয় অমুক ঐখোয়গী ইন্নুং শিননগে হায়বনিনে। হা হা হা হা...... মতুংগী নিংথৌদুদি, আইন্দুদি নারক্ত চৌংলক্ত চৎনরু, নখোঙ মরী মরী পাল্লগ মো মো থোঙতুন শা ওইন চৎলু, থাজব হাৎপ অপডবা। পূর্বাচলদ মতুম্ব নিংথৌ, মতুংগুম্ব আইন কৈদৌইডদমু লৈব য়াবোই; পাম্বী পুন্নমক্কী উশাশিংন নমাই থারবশিংতুদ কম্বরক্কনি, চৌংমায়দৈ মুংপাকশিংন ওম্বরক্কুন নথক্ত ননগে হায়রক্কনি, তম্পাক্ত লৈব সন ইরোইনফাওব নবুক অচৌবশিংতুদ মচীন থিঙ্গাইতুন হাংকে হায়রক্কনি, হুই হৌদোংশিংন নশক্কু উবদ তুক্কচতুন নবুক্ত চীকে, নমায়দ খোংকে হায়রক্কনি—মীগী রাদি থনখো হৌনব খডনব লমতুই, লম্বাগী উফুলন, ফাওব মুংশিং ডাইদন নমিৎত মরন্নাই পাইশিল্লকনি থডডু—।

নোং— ওক্লে থীন হায়মল্লে। ঐখোয় য়ুমদ লাকপ অতিথিনি রাজকুমার।

অহাও— মতম পুন্নমক মান্নদে মীরৈবাক্তগী লাকপ রাজকুমার, নফম তাবগী নুপী মাংগদবসিগি নথরাই মুংডাইতব য়াই, নংন শাওবতু চুমই, মুংশি নং মীনি ঐ থডই। অহুবু ভাই

মতমগী ঈচেল অকনববু নংগুম্ব মীয়চা অমন থিংব ঙম্ব হৌনদে। নো'জু থ'দ তাব নোং নং থাম্ব ঙম্বা? নিংথম থাদ নিংথম্ব—, কান্নেন্দ মুংশা শাব থিংবগী মতিক নংগী লৈব্রা? পুর্বাচলগী সিংহাসন্দ আয়ুবন কাখ্রকাওব নং চৌংদ শিং চন্দুন লৈরি, রেডিওদ মাগী আইয় নংগী মুপী পীথোকপ. ননেম্বোক মান মুনথিব, অচা অথক নমতুন লৌরগ মাগী লাম্মীদ, মীচংদ পংপি পীথোকপদ ন'ন করি তৌব ঙম্মি? নং লৌদি থোইব ঙম্ব য়াই, সনসেনবদি ঙম্ব য়াই—আ-ইনবু শিংনব, মতমগী ঈচেলবু নথবাক্র থিংবদি নংগী নতিক নত্তে। য়া কয় ভাংমন্দুন নথনাও পোকথায়হনবদি নংন ঙম্ব য়াই। হা হা হা হা...—ফন মুংশি তাইবং মী নরাই-বক থীবা।

দি— অহাওবদ চাব, অপামবদ ফ'ব ল'ইবক ফবা, চৌন্দন শায়ব কাংজেলদি ইমানীগিসি পাঞ্জল থোইফম থডনরয়োই; নংগী করি কাংজৈ য়াওরকই? আয়ুবকি আইন্দুন পায়রগ শায়-গের, করি খুংলাই পীয়ুগে? ঐখীদি শিংজংসি পায়তুন পনভাকপ তারি, পুতুন চেল্লু ঐগী মুপী কাংক্রুম লৈমনি?

( শিংজং পায়থংতুন ফিভম তৌরগ লেপই )

অহা— আইনবু ইকাই খুম্নৌ, হিংসাগি থবক থাদোকউ দিদিপ আয়ুবকি লাম্মী মেসিন গন পায়ব অমন পেন্দ্রেক পেন্দ্রেক কায়দ শিংজংদু কায়রোই। ঐ নংবু নোংমৈন হাংতোক-হল্লগ নংগী মুপীবু নতুংদ লৌব পামদে। নং নথয়াই হিংনব

নৈরবাক্ত চেঞ্জ:খ্র', নংগী মুপী ঐগ নঙোন্দ হেন্ন মুংশিনবসি নবুকচেন্স চাওন মরৈবাক মচা, মান পিক্লিডৈদগি মুংশিন-রকপ ঐডোন্দ অমুক পীরম্মে'। ঐ নথোয়নীবু য়েক্কব আ-য়ুবকি নোংমৈদ পীথোক্লীংদে, ঐবু শক থঙডু, নথোয়গী মরুপ্নি। অহিংসা অমদি প্রেমগী কাংজৈ নিয়ম চুম্ন, কাং-লোন কায়দব, লেম-ন শান্নসি, নং রাজকুমার অমনী হায়রগ মহু কিত্রা ?

দিলিপ— অহিংসা অমদি প্রেমগী কাংজৈ! কৈ, মদোমদ লেম্ন শান্নসি হায়রবসু কিগদব নিংথৌ মচা নত্তে ঐ। (শিংজং ছুম্নৈ) মুম্ন ভাও নোংপোক লৈম, ঙসি শান্নদোরিব কাংজৈসিগী কাংক্রুব ওইদোরিবী। নংন ঙস বিচার পতিগী আসন্দ ফমহন ইমানীগী মরক্ত অমবু থনব তারি, মতম থর ইমা-নীন তিম্নরকইব অসিগী হেঙ্গংনফম খোকপ মুংশিবহু ম্লাগুদন বিচার তৌ। ইমানবু নোন দরখাস্ত থারকপ কেন্দিদেটনি থম্নু, ইমানীগী মরক্ত কনাবুন নংন হেম্ন মুংশিবগে অশেংব প্রেমগী রাই পীম্নু।

অহাও— অশেংব প্রেম পুক্নুংদগী থোরকপ ঈকুংন অপাব থন-গনি হায়ন জঙ্গন রাশকপ তারে।

নোংপো— পূর্ব্বাচলগী চৌং তুরেল, অতিয়া মুমিৎ থ', থব্রানমিচাক্ল সাক্ষী ওইসনু, ঐ মীনমজরোই, অশেংব প্রেম্ন তাক্লকপ মতুং ইম্ন ঐ অপাব খঞ্জনি।

দিলিপ— নংন অতিথিনি, লৈবাক অসিগী মচানি, নোংপোকলৈমন

মুংশিবিনব হায়ন্নিংব য়া হায়তুন থেম্মো হায়।

অহাও— ইমানী পিক্লিবৈদগী শক খঙনরকই পূর্ব্বাচলগী লৈম-য়োলদ শাংগী ইবেম্মা। মসি অচুম্বা নত্রা ?

নোং— মানি অচুম্বনি।

অহা— ঐন নংবু ইপি ভাম মুংশিজৈ হায়ব নংব খংবীথি নত্রা থম্বালদৈ হেন্ন ফজবী ?

নোং— মানি অচুম্বনি।

অহা— নংনসু ঐবু মুংশিবিবগী খুদম কয়া উথি, মুংশিবিথিব অচু ওসি ফাওব মাংদ্রি হায়ন নীংই—, শ্লেট্ট কাংগ্রুন ইবদি ইশিংন মুথংলগ কোকপ য়াই, নংন ঐবু মুংশিবিথিব অচুদি দিলিপ্ত মতম থর লৈরুবন মুংথিরোই নীংই। ঐন হায়রিসি অচুম্ব নত্রা শকহেনবী ?

নোং— অচুম্বনি পাখঙ, মুংশিব হায়বসি পাক শাক কোকপ মচু নত্তে।

অহা— নংন দিলিপ্ত লৈরুবচু মাইবী পাঞ্জি পংথা থাজব অহল লমনশিংগী থোইনশিন্দৈনি; দিলিপকি লাইরা মন্ত্র মতাংন শুমহংখিব ওইবসু য়াই। মতোন্দ লৈরুবসু নংগী নথরাই-নদি ঐবু মুংশিদব তোদে। অচুম্বা নত্রা ?

নোং— মানি অচুম্বনি।

অহা – দিলিপ্ত লৈরুবচু নংগী লাইবক ফব ওইগত্রা থল্লবনি, মচু হুজিক লাম্লে হায়ব নশান থল্লে, চীংয়াদ চেন্দুন নখোয়নী লোৎলে, লৈবাকসু কায়রে লৈভাক পথাপ[illegible]লানবদগী। নংগী

নিপা ওইরম দিলিপ হুজিক আইম ফাগে তাম্নরিব মীচেন ওইরে। অচুম নত্তত্রা ?

নোং— মানি অচুম্বনি।

অহা— ঐবু হুজিক ঙায়ুবন যুবরাজ হাপ্নিরে নহাক লৌরনি হায়বগীদমক। মরম অতুন ঐবু মুংশিবিরিব ইবেম্ম নংন ঐঃতান্দ অমুক নয়ুম নাইতুন নরাইবক ফবী ওইবিয়ু। মিষ্টর দিলিপ ঐগী দরখাস্ত লোইরে, নংগী অপাম্ব হায়ব য়ারনি।

দিলিপ— ঐন অহানব পূর্ব্বাচলদ খোংদারক্লগ মৈরানবীগুম্ম মণি-রৈম নংগী নভান্দ পাইশিল্লুব মতমদ নংন থরাই তাব চীংজাও খোইমু অতৈ লৈরমগনি হায়ব থল্লুদ্রে। নংবু মুংশিবদগী নরৈবাক্তি মীয়াম্বুসু মুংশিদুন মতিক চাব চাদব থিদন কম পীরুই. মমল লৈব পোৎ কয়া—পীথোকউই লৈবাক কোয় ভাকউই হুজিক ঐ অপঙব তারে, মাইথীরে; ঐন মদৎ পীথিব মীশিংদুন ঐবু হাংকে তানরে। ঐন য়ারব লাই-বক থীরব মতমসিদ পোকপদগী মুংভাইন হৌরকপী য়াব হৈনদবী নংন ইতুং ইনব চুমদে। মংন পিক্রিভৈদৈ মুংশি-নরকপ হুজিক্র মরাইবক ফগৎলকইব পাখঙ অসিদ অমুক নয়ুম পাল্লো। নংগী য়াইফবন ঐগী মুংভাইবনি, ইশান য়ারে— ইবেম্ম নংন মরুপসিদ লৈখিবদ ঐগী আপত্তি অমত্ত লৈরোই।

( অহাওবন চোংশিন্দুন মথুং শোকই )

নোং— ঐগী ইয়া তাখো ইবুং অপাওব। ঐ নংবু মুংশি, অতুবু

ঐ নঙ্গোম লৈব ভগ্নোই। অতৈ য়েংদন মুংশিব অপাম্বন থন্দুন তাইবং মীন লোন লৈনব হৌনদে। নংদি পাখণ্ডনি, নরাইবক ফগৎলকইব—, ফত্রবী অতৈ অমন নংগী মুগী ওইরদ নংগী করিম্নু অকায়ব লৈতে। মরাইবক থীরব, ইগুং লাংদিমক মরল মাংলব, মক্ম তারব নিপাসিগি মুপীদি অতৈ অমন পাক পাক ওইব ভয়োই। অরাব মতমদ মাবু হুন্দোকপ পূর্ব্বাচল নিঙোলগি গৌন লীচং নত্তে। মরম অসিন মুংশির। ইবুং ঐবু আশা তৌতুন নংন লাকইবসি কাম্নত্রে হায়ব খঙঙ্, মতম কুইন লৈবিতুন ঐগি মথরাই মুংঙাইত্রব মরুপকি অরাব হেজংহনবিরম্ন। য়ারৌবিম্ন—।

অহাও— তৌম্ন নোংপোক লৈম, নং লুখ্রাবী ওইজনি, নংগি নিপাসি আইম্ন মঙক তাম্নরবনি হায়ব খঙঙ্।

নো— মরম অতুনস্নুন ঐন মাবু থাদোকওইদোরিব— য়েংসি নোংপোক লৈম ঐন হিংলিঙৈদ করম্ন আইম ঐগি ইবুংঙোগি থুর ইদগি মতু নাম থংলবগে হায়বত্র। চংলো ইবুং, আয়ুবত তাকউ, দিলিপ অমদি মাগি থরাই শেম্নবী নোংপোক লৈম চীংয়াসিদ লৈহৌই হায়ন তাকপিরু মনা ফংনবা। ঐবু মুংশিবিথিবগি লম্মন মতুন শিংব ওইজগে। নমস্তে।

( দিলিপ মখুং পাম্নতুন ইমুংদ চংথি )

অহাও— ইকাইব নাইদব, মুপীগ মমিংপু থাজগনব অপঙব ঐ হিংবগি করি কাম্নরি। ( থাং লৌথোকই নাকম্লগি ) মুরাইদদি ফত্তে, শিংব হকচাংম ঐগি, মীতোন্দ ওংহনব হৌনদে।

লোকচপ্তু চৎলগ চৗ', অমম্ব ঈচেল্দ চেম্বহনখিব তায়—পুন্সি. কাপ্লম্রব ঐগি।

(রাথম মুংঙাইশুন চংথি)

ঙহাক লৈরগ মৈরা পায়ব মীয়াম্ব অরাপ্পদৈ রা রা লাওন কৌরকপ তায় "দিলিপকুমার, নোংপোক লৈমা, দিলিপ, নোংপোক..." হায়হুন কৌরম্ব ঙহাক তারগ তুমিম্ন লেপখি।

থা'মৈ পায়হুন নোংপোক লৈমন মাং থাহুন দিলিপ্ন শিংজং পায়রগ থোরকই।

দিলিপ— আয়ুবন থারকপ মীয়াম ওইরম্ব তায়, শিংজংন থায়-হুন হাৎলগ লোইরে।

নোং— অমুক্ত তপথবিথো, ঐগ থেংনজগে। লাকসনু কনা কনানো পূর্ব্বা;ল বাসী ঐগ রা ঙাংনগে, লম হেল্লবদি তৌবিমল খণ্ডদ্রবদি ইথুংতা পায়রিব ছুৱিসিন ঐহাক কনানো হায়বহ্ ভাব তাহনগনি।

দি— শিব কিদ্রব ঐহাক্ল কিগদব মী কনানো—লাকনিংব য়েক্লব লাকসনু—নহাক মুপীন নিপা ঐ লৈরিঙৈদ করিগি মীয়ামগ রা ঙাংনগদগে ?

নোং— ইরৈবাক মচা মশেলনি ঐদি, অহুন ঐগ হাম্ন রা থর ঙাং-নজগে তুমিম্ন তাবিয়ু।

লালুপ্ন চিংহুন ময়াম হায়বদি নবদ্বীপ, বসন্ত, লশীংলৈ মৈরা পায়হুন লাকই। উবদ হরাউনৈ।

নোং— হৈমা, ঐখোয় পাবুংখোইনীনা লাকইবশিংসিদে।

লালু— মুপীমচ, নোংপোক লৈমা ! নখোয়গীদি ওন্থোকপ চীথোঙ অমদ লৈরা মদা ! ঐখোয়দি নখোয়গী খিবক লম্মাংনরু-রেদবা।

( অনীহুব মপা মকুবোক খুরুম্বই )

লাকও লাকও চৎসি—পূর্ব্বাচলগি নিংথৌ খুভম হাং-হৌরে—ইংন অমুক পাল্লুরসি।

দি— খায়ুবপু করম তৌগ্রবগে ?

বসন্ত— লমংেনব মী উশিংত্তব থকসি খাসি লাইদব নিপাহু মথ-রাই থাখ্রে। মুপী অভাংদ করেম্নবগি।

লশীং— ঐন হাংপনি রাজকুমার—মহাক য়াম্ন ভাওশিন্নবগি—ছুরী চাবনে।

লা— শিরব তুংদ খুং পেম্নব থাংন থিনব ঐস্ন য়াওই।

নবদ্বীপ— পূর্ব্বাচলগি প্রজা ময়াম্ন রাজকুমারবু অমুক হন্ন লৈবাক ভাকপিরনব কৌব লাকহরিবনি।

নোং— হুজিক্কি কনান নিংথৌ খুভম শেম্নখ্রেরিবা—? পাবুংদি সোমদ—।

লালু— হেরা, নখোয় খিবিনব মত্তিক চাব মী লৈত্রহুন—ঐন লুচিংহুন লাকইবসিনি—। নমাসিবু ঐন রাং চাওই হায়হুন নিপাগি ফিজেৎ শেংহল্লগ নিংথৌ শাহুন থনম্মবনি, ঐন শাবহুনদি পিকত্তক চেংতক তৌবনিন মীন কয়া উশিং-লোই হায়হুন নখোয়বু কৌবদ ঐবু শিঙ্গিম্নরক্লবনি। চৎ-লসি খীনব য়াদ্রে।

দিলিপ— অহুদি থিনব চুমত্রে মতম্ন ফত্রবনিন।

নোং— ফরে, ময়াম্মক লেংলসি। ঐথোয় ইমাসিন নিপা শা- হুন ভাকহৌবকো পাবুং ?

লা— নমাসিন নিংথৌ শাবদি করি হায়নি ইবেম্মা ইম্বোক্ত ফজ্জংথ্রে —ঐগি রা নত্তেকো— লৈবাক্ত হায়নবনি।

নবদ্বীপ— ফজব অশেংবনি ইবেম্মা।

জৈ জৈ রাজকুমার দিলিপকি জৈ।

( ময়াম্ন খুমই )

দি— জৈ জৈ পূর্ব্বাচল প্রজাগী জৈ।

( ময়াম্ন খুমই )

( লাওহুন চংথি )

---

লোইরব।